# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা ( খণ্ড নিপালশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস-কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনমোল য়াওবা

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা ( খণ্ড নিপালশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা

অহানবা সংস্করণ

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেসদা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহনা নম্বা
অমসুং শীতলজিৎনা ফোঙবা।

ফংফম— ১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন প্রেস, ইম্ফাল।
(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশামথোং,
তোপ লৈরক, ইম্ফাল।
(৩) পাইওনিয়র্ ট্রেডিং কোং,
বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড, ইম্ফাল।

ইং কুমদা ১৯৯৭



মমল লুপা ৩০/-

শ্রীজগন্নাথগেহে—শ্রীজগন্নাথগী মাঙোন্দা, মন্দির পরিক্রমা তৌবা মতমদা। রথযাত্রাগী মতমদা গৌড়ীয় ভক্তশিংনা নীলাচলদা লাক্লগা মখোয়গা লোয়ননা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা সঙ্কীর্ত্তন তৌদুনা শ্রীমন্দির পরিক্রমা তৌরম্বা মতমদা সাত্ত্বিক-ভাব-নচিংবা ভাব খিবিক পোক্লবদা প্রভুগী শ্রীঅঙ্গদু চাংদম্নগাই লৈতনা ফজরম্মী।

বিশ্বং—বিশ্ব টাইবংদা লৈবা মীশিংবু। প্রেমবন্যাভিমগ্নম্—রথযাত্রাগী মতাঙদা ময়কৈ অতৈ অতৈদগী মী ময়াম নীলাচলদা তিল্লম্মী; ভাবখিবিক্লা লৈতেংলম্বা মহাপ্রভুগী শ্রীঅঙ্গগী ফজবদু উরগা মখোয় লোইনমক প্রেমগী ঈচাওদা লুপ্লম্মী; উদ্দণ্ডনৃত্যগী মতমদা প্রভুগী শ্রীঅঙ্গদগী প্রেমগী ঈচাও চেপ্পারকুম্লম্মী; মদুগা থেংনবদা মীপুম খুদিংমক কৃষ্ণপ্রেমদা লুপ্লম্মী।

## মূল ২

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ২ ॥

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যবু, শ্রীনিত্যানন্দবু, শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু অমদি গৌরগী ভক্তশিংবু খুরুমজরি।

## মূল ৩

আর দিন সার্ব্বভৌম কহে প্রভুস্থানে—।
অভয়দান দেহ, তবে করি নিবেদনে ॥ ৩ ॥

### শব্দার্থ

আর দিন—অতোপ্পা নুমিৎমদা; সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌমনা; কহে—হায়; প্রভুস্থানে—প্রভুগী মফমদা; অভয়—কিদবা; দান—পীবা; দেহ—পীয়ু; তবে—অদু ওইরগদি; করি—তৌগে; নিবেদনে—হঙ্গৎপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমদি সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা প্রভুগী মফমদা হঙ্গংখি—কিহন্নবদি হায়বদি শাউরোই হায়রগদি রা অমা হঙ্গংকে।

## মূল ৪

প্রভু কহে কহ তুমি, কিছু নাহি ভয়।
যোগ্য হৈলে করিব, অযোগ্য হৈলে নয়॥ ৪॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; কহ—হায়য়ু ; তুমি—নঙ ; কিছু—করিস্থু ; নাহি—লৈতে ; ভয়—কিনঙাই ; যোগ্য—নাতৈচাবা ; হৈলে—ওইরগদি ; করিব—তৌগে ; অযোগ্য—নাতৈ চাদবা ; হৈলে—ওইরগদি ; নয়—য়াদে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা খুম্নী হায়য়ু, করিমতা হঙ্গোইন্নু। নাতৈচাবা ব্রা ওইরগা তৌগে, নাতৈচাবা নত্ত্রগদি য়ারোই।

## মূল ৫

সার্ব্বভৌম কহে—এই প্রতাপরুদ্র রায়।
উৎকণ্ঠিত হঞা তোমা মিলিবারে চায়॥ ৫॥

### শব্দার্থ

সার্ব্বভৌম কহে—সার্ব্বভৌমনা হায় ; এই—অসী ; প্রতাপরুদ্ররায়—প্রতাপরুদ্র নিংথৌ ; উৎকণ্ঠিত—খোৌরাংবা ; হঞা—ওইদুনা ; তোমা—নঙগা ; মিলিবারে উনবা ; চায় পাম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা হঙ্গংনম্মী—প্রতাপরুদ্র নিংথৌসিনা নঙগা উননীঙবনা খোৌরাংলে।

## মূল ৬

কর্ণে হস্ত দিয়া প্রভু স্মরে 'নারায়ণ'।
সার্ব্বভৌমে কহে—কহ অযোগ্য বচন॥ ৬॥

### শব্দার্থ

কর্ণে—নাকোঙদা ; হস্ত—খুৎনা ; দিয়া—মেন্দুনা ; প্রভু—প্রভুনা ;

স্মরে—নীঙশীঙঙী ; নারায়ণ—নারায়ণবু ; সার্ব্বভৌমে—সার্ব্বভৌমদা ; কহে—হায় ; কহ—নঙনা হায়রে ; অযোগ্য—নাতৈচাদবা ; বচন—ৱা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খুৎনা নাকোঙ মেল্লগা প্রভুনা শ্রীনারায়ণবু নীঙশীঙঙী অতুগা সার্ব্বভৌমদা হায়রম্মী —হে সার্ব্বভৌম ! নঙ নাতৈচাদবা ৱা হায়রেনা ।

## নৈনরোল

**কর্ণে হস্ত দিয়া**—খুৎনা নাকোঙ মেন্দুনা । সার্ব্বভৌমনা হায়রম্বা ৱাদো তাবস্থু চুমদে, মহা-অপরাধগী মশক্নী হায়বগী ভাব উৎননবা হায়দুনা প্রভুনা মনাকোঙহু খুৎনা মেল্লম্বনী—মেল্লবদি অদুগুম্বা ভাবা য়াদবা ৱা মখা তানা নাকোঙদা চঙলরোয় ।

**স্মরে নারায়ণ**—নাকোঙন তাখিবা ৱাদু নাবগী অপরাধ লৈবদু কোক্লনবা হায়দুনা নারায়ণগী নাম প্রভুনা নীংশীঙলম্বনী । "যঃ স্মরেৎ পুণ্ডরীকাক্ষং স বাহ্যাভ্যন্তরশুচিঃ ।"

## মূল ৭

সন্ন্যাসী বিরক্ত আমার রাজদরশন— ।
স্ত্রী-দরশন সম বিষের ভক্ষণ ॥ ৭ ॥

## শব্দার্থ

সন্ন্যাসী—লম্বোইবা , বিরক্ত সংসার-থাদোক্লবা , আমার—ঐগী , রাজদরশন—নিংথৌবু উবা ; স্ত্রী দরশন সম—নুপী উবগা মান্নবা ; বিষের—হু ; ভক্ষণ—চাবনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সংসার-থাদোক্লবা সন্ন্যাসী ঐনা নিংথৌবু উবদি নুপী-উবগা মান্নবা হু হায়বদু চাবনী ।

## নৈনরোল

সার্ব্বভৌমনা হঙ্গৎলম্বা ৱাদো চুমদবনী হায়বগী মরম প্রভুনা হায়রম্মী । "হে সার্ব্বভৌম ! রাজা প্রতাপরুদ্রদা দর্শন পীননবা নঙনা ঐঙোন্দা হায়রি ;

অদুবু নঙনা খঙলিবদুঙায়—ঐদি সংসার-থাদোক্লবা অপাম্বা-নৈত্রবা সন্ন্যাসীনী ; হু চাবনা হকচাঙগী মাঙননবা ওইবগুম নিংথৌ উবা অদুগা নুপী উবা হায়বা অনীমক্না ঐগী সন্ন্যাসগী মরমদা অকায়বা অমনী।"

**স্ত্রী-দরশন**—মীওইবগী পুক্নীঙদি খ্বাল্লগী ওইনা কামিনী (নুপী) অমসুং কাঞ্চন (সনা) হায়বসিগী মায়কৈ-পাঙবা ঙাক্লী ; সনাদগী নুপীনা হেন্না খ্বায়না পাম্নে। মরমদুনা শাস্ত্রদসু হায়রি—"মাত্রা স্বস্রা দুহিত্রা বা নাবিবিক্তাসনো ভবেৎ। বলবানিন্দ্রিয়গ্রামো বিদ্বাংসমপি কর্ষতি॥ শ্রীভাগবতম্, ৯/১৯/১৭॥—পাঙ্গনবা ইন্দ্রিয়শিংনা জ্ঞানী ওইবা মীফাওবগী পুক্নীঙ চূঈ ; মরমসিনা অতোপ্পা নুপীগী রাদি থম্বু থমগদুনা মমা, মচন্ করি হায়নী মচানুপীগা ফাওবা মফম অমতদা লৈমিন্নবা য়াদে।" ভশেংব-মক্তি নুপী উবদা, শোক্ল-শম্নবদা নুপীশিংগা লোয়ননা রারী-রাতায় শাবদা, করি হায়নী অয়েকপা লাইগী নুপী-মূর্ত্তি অমদি অশাবা লাইগী মূর্ত্তি-উরগসু অয়াম্বা মতমদা নুপীনা শীজন্নবা ফি-রোল উরগসু অমদি শোক্লবগসু ভাব পোক্লকপা মরম্না পুক্নীঙ লাঙতক্লহল্লী ; মরমদুনা ব্রহ্মচারী অমদি সন্ন্যাসীনা নুপী য়েংবনচিংবা তৌহেদে ; নুপীগা শম্নবদগী মখোয়গী ব্রহ্মচর্য্য অমদি সন্ন্যাসতু মাঙবা য়াই—হু চারগা থরাক মাঙবগুম্না।

**রাজ-দরশন**— বিষয়সম্পত্তিদা লুপ্পা মীশিংগী মপুক্নুংদা বিষয়-পাম্বা হায়বদুনা—মৈচাক ফনা ফরবা মৈগুম্না—মতম পুম্বদা মরৈ তম্-তম্দুনা চাত্তুনা লৈ ; মখোয়দুগা শম্নকবা মী অতৈগী থম্মোইদসু মৈচাক অদু চঙলকয়ি। অদুদগীদি বিষয় পাম্বা হায়বদু মখোয়গী চিত্তদা চঙলকয়ি। নোং নুংশীং কন্না শীংপা মফমদা লৈবা মী কনামত্তনা নোং-নুংশীতুদগী চেম্থোকপা ঙম্দবগুম্, বিষয়-পাম্বা কৌবা ঈথক্লা কন্না কারবা থম্মোইগী মীতাগা শম্নক্লবা মীতুন ঈথক অদুন য়ৈরকপা হায়বদুদি শোয়দ্রবনী। মরমদুনা, সংসারদগী লাপ্না লৈনীঙবা মীশিংনা বিষয়ীশিংদগী লাপ্না লৈবা চুম্মী। নিংথৌগী নিংথৌ ওইবগী থবক্তি বিষয় সম্পত্তিগী থবক্নী ; রাজ্যদা লৈবা মী পুম্বগী বিষয় য়েংশন্বনা নিংথৌগী থবক্নী ; মরমদুনা নিংথৌদি মতম পুম্নমক্তা বিষয়গী রাদা লুপ্পুনা লৈগদবনী ; মরমদুনা বিষয় কৌবা অমোৎপদুনা মাগী চিত্তবু মোৎহন্বা য়ারিবনী, সাধারণ ময়ামদগী ফাওবা

হেন্‌বা য়ারিবনী নিংথৌগী মোৎপনা। থোইদোক্পা ঐশ্বর্য্য (মপু ওইবা অমদি লন্‌থুম) মরাঙ কায়না লৈবনীনা, অহাওবদা চাত্থনা, কে-মৌবদা ময়ায় কাবগী তাঙ্গা নিংথৌনা হেন্না ফংঙী; অতুগা কনাগীস্থ মথা পোন্দবনীনা মপূক্কীঙ রারাক-রাতেস্বগী মতাঙদা মনীঙ তম্মী; মরমতুনা অয়াম্বা মতমদা নিংথৌশিংনা ভোগবিলাসদা অমদি নত্তবা লীচত্তা ময়ায় কাত্থনা লৈগল্লী। অসিগুম্বা ফীভমদা নিংথৌগী চিত্তদা ভোগ তৌবগী অপাম্বনা কল্লবদি মাগী অপাম্বগী ঈচেন্দা তারুরবদি সন্ন্যাসী হিংবগী থবক্তি লৈত্রে। মরমতুনা ভগবান্‌বু নীঙজনীঙবা সন্ন্যাসীনা নিংথৌ দর্শন তৌহৈদে হায়— তুনা থরাই মাঙহন্‌বগুম্ব নিংথৌগা শম্নবনা সন্ন্যাস-ধর্ম্ম মাঙবা য়াই।

মূল ৮

নিষ্কিঞ্চনস্য ভগবদ্ভজনোন্মুখস্য
পারং পরং জিগমিষোর্ভবসাগরস্য।
সন্দর্শনং বিষয়িণামথ যোষিতাঞ্চ
হা হন্ত হন্ত বিষভক্ষণতোঽপ্যসাধু॥ ৮॥

শব্দার্থ

নিষ্কিঞ্চনস্য—লনথুম-থাদোক্লবা; ভগবৎ-ভজন-উন্মুখস্য—ভগবান্‌বু নীঙথৎলক্লবা; পারং—তোর্বান্; পরং—অতোপ্পা; জিগমিষোঃ—চৎনীঙ-লবা; ভবসাগরস্য—সংসার কৌবা ঈপাক্কী; সন্দর্শনম্—ফজনা য়েংবা; বিষয়িণাম্—লন্‌থুম-তাল্লিবা মীশিংবু; অথ—অতুগা; যোষিতাম্—নুপী-শিংবু; চ—সু; হা হন্ত হন্ত হাই, হাই; বিষ—হু; ভক্ষণতঃ—চাব-দগী; অপি—সু; অসাধু—অমঙ্গলগী মশক্কী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সংসার-ঈপাক্কী রাংমদা লাম্থোক্লীঙবনা বিষয়-লন্ থাদোক্তুনা ভগবান্ নীঙথৎলবা মীগী মতাঙদদি বিষয়-লন্দা লুপ্পা মীতাশিংবু অমদি নুপী-নহা-শিংবু ফজনা য়েংশন্‌বা ( হায়রবদি উনরগা রারীরাতাইনচিংবা ঙাংনে,শানবা ) তৌবদি হু-চাবদগী হেন্না অমঙ্গলগী মশক্কী।

## মৈমনরোল

**বিষভক্ষণতঃ অপি অসাধু**—দেহ মাঙবদগী লাইনীঙবা কায়বনা হেন্না অমঙ্গলগী মশক্নী ; মরমদি মহুনা জীবগী স্বরূপকী ওইবা মথৌ পাঙথোকপদা অকায়বা ওই। হু থক্লগা হকচাঙদমক মাংঙী ; বিষয়লন্না লুপ্পা মীগা মুপীনহাগা অনীসী শন্নবদদি ভজন মাংঙী ; মরমহুনা মসিবু হু থক্পদগীসু হেন্না অমঙ্গলগী মশক ওই হায়রিবনী।

## মূল ৯

সার্ব্বভৌম কহে—সত্য তোমার বচন।

জগন্নাথ-সেবক রাজা কিন্তু ভক্তোত্তম ॥ ৯ ॥

## শব্দার্থ

সার্ব্বভৌম কহে—সার্ব্বভৌমনা হায় ; সত্য—অওইবনী ; তোমার—নঙগী ( প্রভুগী ) ; বচন—ৱাদো ; জগন্নাথ-সেবক—জগন্নাথগী মনাই ; রাজা—নিংথৌ ; কিন্তু—অদুবু ; ভক্তোত্তম—ভক্ত অথোইবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা হায়রম্মী—হে প্রভু, নঙগী ৱাদো অওইবনী। অদুবু প্রতাপরুদ্র নিংথৌদি শ্রীজগন্নাথদেবগী সেবক-নী হায়বদি সেবায়েত নী অদুগা উত্তম ভক্তনী।

## মৈমনরোল

শ্রীপ্রতাপরুদ্রদি নিংথৌ ওইরবসু শ্রীজগন্নাথগী মনাইনী। শ্রীজগন্নাথগী লন্থুম্ ( সম্পত্তি ) য়াম্না লৈ ; পুরীগী নিংথৌনা লন্দুগী য়েংশন্বা মীনী ; মরমহুনা নিংথৌহুনা শ্রীজগন্নাথগী সেবায়েত হায়বদি সেবকনী। মরমসিনা রাজা প্রতাপরুদ্রবু **জগন্নাথ-সেবক** কৌরিবনী।

## মূল ১০

প্রভু কহে—তথাপি রাজা কালসর্পাকার।

কাষ্ঠনারীস্পর্শে যৈছে উপজে বিকার ॥ ১০ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; তথাপি—অদুম ওইনমক ; রাজা—নিংথৌদি ; কালসর্প-আকার—খারৌগী মওংনী ; কাষ্ঠনারী—উনা শাবা

নুপীগী (মূর্তি) ; স্পর্শে—শোকপদা ; যৈছে—মতৌগুম ; উপজে—পোকয়ি ; বিকার—ফীভম-কায়বা।

**লৈতেলোন্দা হন্দোকপা**

প্রভুনা হায়রম্মী—অদুম ওইনমক নিংথৌগী মূর্তিদি খারৌগী মওংনী ; মদুদি উনা শাবা নুপীগী মূর্তি পায়বদদা পাম্নরুবা মীগী ফীভম কায়বগুম্বনী।

## নৈনরোল

**তথাপি**—অদুম ওইনমক। প্রতাপরুদ্র নিংথৌদো বিষয়-পাম্বা নত্রবসু অদুগা ভক্তোত্তম ওইরবসু।

**রাজা কালসর্পাকার**—নিংথৌ হায়বা সিংসিমক খারৌগী মওং-গুম্বনী। লৈখোম্না নত্রগা উনা শাবা খারৌগী মওংদা (মূর্তিদা) হু য়াংদে ; অদুম ওইনমক খারৌগী মূর্তিদু উরগা অকীবা পোকয়ি ; মতৌদু গুম্না রাজা প্রতাপরুদ্রদু বিষয়-লন্-পামদবা অমা ওইবা য়াই ; অদুবু মহাক্কী রাজবেশ অমদি নিংথৌগী হৌনবী চলন ব্যবহারদু উরগা অকীবা পোকয়ি—মঙোন্দা বিষয়-পাম্বগী চিহ্ন লৈ হায়দুনা মহাক্কা শম্নবদি কিনঙাইনী।

**বিকার**—পূক্নীঙগী ফীভম কায়বা। উকংনা শাবা নুপীগী মূর্তিদা নুপী ওইবগী (নারীত্বগী) করিমতা য়াওদ্রবনী ; অদুম ওইনমক মদুবু শোল্লগদি থরাই-পান্বা নুপীবু শোক্লরগা তৌবগুম্না পূক্নীঙগী ইরাং অমা পোকয়ি। মতৌ অদুগুম্না, রাজা প্রতাপরুদ্রদি বিষয়-পাম্বা নত্রবসু মহাক্কী রাজবেশ-নচিংবদু উরগা মহাকপু বিষয় পাম্বা মীনী হায়না খল্লী অদুগা নরমদুনা মহাক্কা উনবসু কি।

রাজা প্রতাপরুদ্রদি পরম ভাগবতনী অদুগা বিষয়-পামদ্রবা অমনী অদুগা প্রভুগী মফমদা মহাক্কী প্রীতি য়াম্না লৈ হায়বদু প্রভুনা খঙলিবনী ; তশেংবসু প্রতাপরুদ্রগী প্রীতিনা চিংদুনা প্রভুসু মঙোন্দা দর্শন পীনীঙবগা খৌরাংদুনা লৈবনী ; অদুম ওইনমক, প্রভুনা প্রতাপরুদ্রদা দর্শন পীফম থোক্কে হায়দুনা অসুক য়াম্না রা ঙাঙলম্বদি করিগীনো হায়ববু—লোকশিক্ষা (মীয়ামদা সন্ন্যাসগী লোন্চৎ তম্বিবা) পীগে হায়বা মরমগীদমক্কী অদুগা রাজাপ্রতাপরুদ্রগী উৎকণ্ঠা হেন্গৎহন্নবগীনী অমসুং মহাকপু শাথীবা পরীক্ষা লাম্থোক্হল্লগা প্রতাপরুদ্রগী মাহাত্ম্য ফোঙদোক্কে হায়বা মরমনিগীদমক্কী।

## মূল ১১

আকারাদপি ভেতব্যং স্ত্রীণাং বিষয়িণামপি ।
যথাহের্মনসঃ ক্ষোভস্তথা তস্যাকৃতেরপি ॥ ১১ ॥

## শব্দার্থ

আকারাৎ—মওংদগী, লৈখোম্নচিংবনা শাবা মূর্তিদগী ; অপি—সু ; ভেতব্যম্—কিনঙাইনী ; স্ত্রীণাম্—নুপীশিংগী ; বিষয়িণাম্—বিষয়দা লূপ্লবা মীশিংগী ; অপি—সু , যথা মতুংগুম্না ; অহেঃ—লিন্দগী ; মনসঃ—পূক্নীঙগী ; ক্ষোভঃ—লাঙতক্নবা ; তথা—অদুগুম্না ; তস্য—মহাক্কী ( লিন্গী ) ; আকৃতেঃ—মূর্তিদগী ; অপি—সু ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোক্পা

নুপীনহা অদুগা বিষয়-পাম্বা মীশিংগী লৈখোম্না শাবা মূর্তিদগীসু ( ভজন-পাম্বা মীগীদি ) কিনঙাইনী । মস্তদি লিন্দগী পূক্নীঙগী লাঙতক্নবা পোক্পগুম লিন্গী মওংদসু অকিবা পোক্নি ।

## শৈনরোল

শ্লোক অসী শ্রীচৈতন্যচন্দ্রোদয় নাটক অদুদগীনী ( ৮/২৮ ) ।

লিন্ অশেংবা উরগা মীনা কিনৈ ; থৃংনা শাবা লিন্ উরগসু লিন্ অশেংনবু নীঙশীঙবদগী অকীবা পোকয়ি । মতৌ অদুগুম্না ভগবানবু নীঙশীঙবা মীশিংনা মখোয়গী চিত্তবু চাবা-থক্পা তৌবগী নুংঙাইবদগী লাপ্না থম্নীঙঙী—মখোয়না নুপী অমদি বিযয়দা লূপ্না মীতাগা শম্নরুগনী হায়না কিনরিবনী : অদুদা নত্তনা, নুপীগী মূর্তি অমদি বিষয়গী মূর্তি উবদসু—অশেংবা নুপী অমদি বিষয়ীগা শম্নরুরগা অমাঙবা ওইবতু নীঙশীঙবদগী—মখোয় কি ।

"কাষ্ঠনারী স্পর্শে যৈছে"-নচিংবা পয়ারদা হায়বা রাদুগী প্রমাণী শ্লোকনী ।

## মূল ১২

ঐছে বাত পুনরপি মুখে না আনিবে ।
পুন যদি কহ, আমা এথা না দেখিবে ॥ ১২ ॥

### শব্দার্থ

ঐছে—অদুগুম্বা ; বাত—ৱা ; পুনরপি—অমূক হন্না ; মুখে—চীন্দা ; না আনিবে—পুররক্নু ; পুন—অমূক হন্না ; যদি কহ—হায়রবদি ; আমা—ঐবু ; এথা—মফমসিদা ; না দেখিবে—উজরোই ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগুম্বা ৱা অমূক হন্না চীন্দুনা পল্লন্নু । হন্নমূক হায়রবদি মফমসিদা ঐবু উজরোই !

### মূল ১৩

ভয় পাঞা সার্ব্বভৌম নিজঘরে গেলা ।
হেনকালে প্রতাপরুদ্র পুরুষোত্তমে আইলা ॥ ১৩ ॥

### শব্দার্থ

ভয়—অকিবা ; পাঞা—ফংদুনা ; সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; নিজঘরে—ময়ুমদা ; গেলা—চৎখি ; হেনকালে—মতম অসিদা ; প্রতাপরুদ্র—প্রতাপরুদ্রদু ; পুরুষোত্তমে—পুরীদা ; আইলা—লাকখি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কিরদুনা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ময়ুমদা হনখি । মতম অসিদাইদা প্রতাপরুদ্রদু পুরীদা লেঙলকখি ।

### মূল ১৪

রামানন্দরায় আইলা গজপতি-সঙ্গে ।
প্রথমেই প্রভুরে আসি মিলিলেন রঙ্গে ॥ ১৪ ॥

### শব্দার্থ

রামানন্দরায়—শ্রীরামানন্দরায় ; আইলা—লাকখি ; গজপতি-সঙ্গে—রাজা প্রতাপরুদ্রগা লোয়ননা ( গজপতি শব্দসী রাজা প্রতাপরুদ্রগী উপাধিনী ) ; প্রথমেই—ইহান্ হান্‌বদা ; প্রভুরে—প্রভুবু ; আসি—লাকুনা ; মিলিলেন—উনখি ; রঙ্গে—হরাওনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরামানন্দরায়না গজপতি প্রতাপরুদ্রগা লোয়নননা লাক্লম্মী। মহাক্না ইহান্ হান্না লাক্লুনা প্রভুগা ঙুংঙাইনা উনখি।

মূল ১৫

রায় প্রণতি কৈল, প্রভু কৈল আলিঙ্গন।
দুইজনে প্রেমাবেশে করেন ক্রন্দন ॥ ১৫ ॥

শব্দার্থ

রায়—রামানন্দ রায়; কৈল—তৌরম্মী; প্রণতি—খুরুম্বা; প্রভু—প্রভুনা; কৈল—তৌরম্মী; আলিঙ্গন—কোন্বা; দুইজনে—মখোয় অনীনা; প্রেমাবেশে—প্রেমগী আবেশদা; করেন—তৌয়ি; ক্রন্দন—কপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামানন্দ রায়না প্রভুদা খুরুম্নম্মী অদুগা প্রভুনা মহাকপু কোন্শন্-বিরম্মী। প্রেমগী আবেশদা অনীমক কপ্লম্মী।

মূল ১৬

রায়-সনে প্রভুর দেখি স্নেহ ব্যবহার।
সবভক্ত-গণ মনে হৈল চমৎকার ॥ ১৬ ॥

শব্দার্থ

রায়-সনে—রামানন্দ রায়গা লোয়নননা; প্রভুর—প্রভুগী; দেখি—ঐনা উই; স্নেহ ব্যবহার মচা-মনাই ওইবগী ঙুংশিবা মতৌ; সবভক্ত-গণ-মনে—ভক্তপুম্নমক্কী মপুক্কীংদা; হৈল—ওইরম্মী; চমৎকার—ঙকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামানন্দগদি প্রভুনা মচা-মনাই ঙুংশিবগী মতৌ তৌরম্মী। মতৌ অদু উবদা ভক্ত পুম্নমক্কী মপুক্কীংদা ঙকখি।

**তৈনবরোল**

**চমৎকার**—রায় রামানন্দদি য়াম্না রাংনা চাউরবা নিংথৌগী অওম্বা

অমনী, মপাম্বোংদা উবদদি মহাক বিষয়ী অমনী ; মরমতুনা প্রভুনা মহাক্কা জোয়ননা উনগনী হায়বসী ভক্তশিংতুনা আশা তৌরমদে। অদুগা অমুকসু রামানন্দ রায়দি শূদ্রনী, মরমতুনা সন্ন্যাসী ওইরবা প্রভুগী মফমদদি শোক্ল-পন্ন-য়াদবা অমনী। অসিগুম্বা ফিভমদা প্রভুনা মাবু কোন্শল্লগা প্রেমা-বেশদা কপ্ মিন্নরম্বতু উবদা ওকফম থোকপনী।

## মুল ১৭

রায় কহে—তোমার আজ্ঞায় রাজাকে কহিল।
তোমার ইচ্ছায় রাজা মোরে বিষয় ছাড়াইল ॥ ১৭ ॥

## শব্দার্থ

রায় কহে—রামানন্দ রায়না হায়দোকয়ি : তোমার—নঙগী (প্রভুগী) ; আজ্ঞায়—য়াথংনা ; রাজাকে—নিংথৌদা ; কহিল—ঐনা হায়জরে ; তোমার—নঙগী ; ইচ্ছায়—ইচ্ছানা ; রাজা—নিংথৌনা ; মোরে—ঐবু ; বিষয় ছড়াইল—থবক থাদোকহনবিরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামানন্দনা প্রভুদা হঙ্গৎলম্মী—প্রভু ! নয়াথং মতুং ইন্না ঐহাক্না নিংথৌদা হায়জরে। নঙগী ইচ্ছা মতুং ইন্না নিংথৌনা ঐবু থবক থাদোকহল্লে।

## শৈনরোল

**তোমার আজ্ঞায়**-নচিংবা—নীলাচল দা লাক্নুনা নঙগী চরণ-নাক্তা লৈহন্নীঙতুনা তৌবা নয়াথংতুগী মতুং ইন্না নীলাচলদা লৈননবা রাজা প্রতাপরুদ্রদা হায়জরুরে।

**তোমার ইচ্ছায়**-নচিংবা—ঐনা নীলাচলদা লৈবতু মহাক্না পাম্মী হায়বতু নিংথৌনা খঙলদুনা মহাক্কী থবক্তগী ঐবু থাদোকপীরে।

## মুল ১৮

আমি কহিল—আমা হৈতে না হয় বিষয়।
চৈতন্যচরণে রহোঁ—যদি আজ্ঞা হয় ॥ ১৮ ॥

## শব্দার্থ

আমি কহিল—ঐনা (নিংথৌদা) হায়জরম্মী ; আমাহৈতে—ঐডোন্দগী ; না হয়—ওইররোয় ; বিষয়—বিষয়গী থবক ; চৈতন্যচরণে—চৈতন্যগীচরণদা রহোঁ—লৈজরগে ; যদি—বদি ; আজ্ঞা—য়াথং ; হয়—লৈবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( রামানন্দরায়না পাউদম্নম্মী )—"ঐনা নিংথৌদা হায়জরে ; ঐহাক বিষয়গী থবক্সী হৈনদ্রে । শ্রীচৈতন্য প্রভুগী চরণাক্তা লৈজরগে—য়াথং পীনবিরবদি ।

## মূল ১৯-২৩

তোমার নাম শুনি রাজা আনন্দিত হৈলা ।
আসন হৈতে উঠি মোরে আলিঙ্গন কৈল ॥ ১৯ ॥
তোমার নাম শুনি হৈল মহাপ্রেমাবেশে ।
মোর হাথে ধরি কহে পীরিতি-বিশেষে—॥ ২০ ॥
তোমার যে বর্ত্তন—তুমি খাহ সে বর্ত্তন ।
নিশ্চিন্ত হইয়া সেব প্রভুর চরণ ॥ ২১ ॥
আমি ছার যোগ্য নহি তাঁর দরশনে ।
তাঁরে যেই সেবে—তার সফল জীবনে ॥ ২২ ॥
পরমকৃপালু তেঁহো ব্রজেন্দ্রনন্দন ।
কোন জন্মে মোরে অবশ্য দিবেন দর্শন ॥ ২৩ ॥

## শব্দার্থ

তোমার—নঙগী (প্রভুগী) ; নাম—মিং ; শুনি—তারগা ; রাজা—নিংথৌনা ; আনন্দিত হৈলা—নুংঙাইজখি ; আসন—ফিদা ; হৈতে—দগী ; উঠি—হৌগংলগা ; মোরে—ঐবু ; আলিঙ্গন কৈলা—কোন্‌বিখি ; তোমার নাম শুনি—নঙগী মিং তারগা ; হৈল—ওইখি ; মহাপ্রেমাবেশে—য়াম্না কনবা প্রেমাবেশ ; মোর—ঐগী ; হাথে—খুত্তা ; ধরি—পায়রগা ; কহে—হায়খি ; পীরিতি—নুংশিবা ; বিশেষে—থোইদোকপনা ; তোমার—নঙগী (রায়গী) ; যে—মচু ; বর্ত্তন—তলব ; তুমি—নঙ (রায়) ; খাহ—চাও ; সে বর্ত্তন—

তলব অদু ; নিশ্চিন্ত—নীঙডাইদবা ; হইয়া—ওইদুনা ; সেব—সেবা তৌ ; প্রভুর—প্রভুগী ; চরণ—খোঙ ; আমি—ঐ ; ছার—অতোন্‌বা, লাইবকথীবা ; যোগ্য—মতীকচাবা ; নহি—নত্তে ; তাঁর—মাগী ; দরশনে—দর্শন তৌবদা ; তাঁরে—মহাকপু ( প্রভুবু ) ; যেই—মহাক্না ; সেবে—সেবা তৌয়ি ; তার—মাগী ; সফল—মহৈ য়াল্লে ; জীবনে—পুন্সীদা ; পরম কৃপালু—থৌজাল-হৈবা মকোক ; তেঁহো—মহাক্তি ; ব্রজেন্দ্রনন্দন—ব্রজনিংথৌমপারি ; কোন—করিগুম্বা ; জন্মে—মপোক্তা ; মোরে—ঐঙোন্দা ; অবশ্য—লেপ্পমক ; দিবেন দর্শন—দর্শন পীনবিগনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( রাম রায়না মথা তানা প্রভুদা হঙ্গৎলী )—"প্রভু ! নঙগী মিংলেন মনাকোঙনা তারগা নিংথৌনা মুংঙাইজথি অদুগা আসন-দগী হৌগৎলগা ঐবু কোন্‌শল্লম্মী । নঙগী মিংলেন তাবদা নিংথৌগী মহাপ্রেমাবেশ ওইখি । অদুদগী ঐগী খূৎ পায়রগা থোইদোকপা নুংশিবা অমগা লোয়ননা হায়রম্মী—রামানন্দ ! নঙগী তলব অদু নঙ অদুম চাও, অদুগা নীঙডাইদবমখৈ প্রভুগী চরণ সেবা তৌ । ঐদিনে অতোন্‌বা লাইবকথীবা মীনীনা প্রভুগী দর্শন ফংবদা মতীক চাদ্রে । প্রভু মাবু সেবা তৌজবা মীদুগী পুন্সীদি মহৈ-য়াল্লবনী । য়ৌনা থৌজাল-হৈবা ব্রজনিংথৌ মপারিনী মহাক্তি ; অদুনা করিগুম্বা ইপোক অমদা ঐঙোন্দা দর্শন শোয়দনমক পীবিগনী ।

## মুল ২৪

যে তাঁহার প্রেম-আর্ত্তি দেখিল তোমাতে ।
তার একলেশ প্রীতি নাহিক আমাতে ॥ ২৪ ॥

## শব্দার্থ

যে—মদু ; তাঁহার—মাগী ; প্রেম আর্ত্তি—নুংশিবগী থোয়রাঙবা ; দেখিল—উরে ; তোমাতে—নঙোন্দা ; তার—মদুগী ; একলেশ—খুজিন্মুক ; প্রীতি—নুংশিবা ; নাহিক—লৈতে ; আমাতে—ঐঙোন্দা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রতাপরুদ্রনা হায়বা রা মথা তম্লম্মী )—হে রাম রায় ! নঙনা প্রভুবু নুংশিবগী থোয়রাঙবা ঐনা উরিবসিগী খুজিন্মুক ফাওবা ঐঙোন্দা য়াওদে ।

মৈতৈলোল

প্রভুবু প্রতাপরুদ্রনা কয়ামুক নুংশি অদুগা প্রভুবু দর্শন তৌনিংবনা কয়ামুক খোয়রাঙবগে হায়বদু লৌশিং তৌদুনা প্রভুদা থজহনখিবা

মূল ২৫-২৬

প্রভু কহেন—তুমি কৃষ্ণ-ভকত-প্রধান।
তোমারে যে প্রীতি করে সেই ভাগ্যবান্॥ ২৫ ॥
তোমাকে এতেক প্রীতি হইল রাজার।
এই গুণে কৃষ্ণ তারে করিবে অঙ্গীকার॥ ২৬ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহেন—প্রভুনা হায়রম্মী ; তুমি—নহাক ; কৃষ্ণভকত-প্রধান—কৃষ্ণভক্তমকোক্নী ; তোমারে—নঙবু ; যে—মহাক্না ; প্রীতি করে—নুংশি ; সেই—মহাকমক ; ভাগ্যবান্—লাইবক-ফবনী ; তোমাকে—নঙবু ; এতেক—অস্থুক ; প্রীতি—নুংশিবা ; হইল—ওইরে ; রাজার—নিংথৌগী ; এইগুণে—গুণ অসিনা ; কৃষ্ণ—কৃষ্ণনা ; তারে—মাবু ; করিবে—তৌগনী ; অঙ্গীকার—লৌশন্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা (রায় রামানন্দদা) হায়রম্মী—নঙদি কৃষ্ণগী ভক্তলক্না মকোক্নী ; নঙবু নুংশিবা মীডুদি লাইবক ফবা হায়বদুমক্নী। নিংথৌনা অস্থুক য়ৌনা নঙবু নুংশিবা! মাগী গুণ অসিমক্না মাবু কৃষ্ণনা লৌশন্‌বিগনী।

মূল ২৭

যে মে ভক্তজনাঃ পার্থ ন মে ভক্তাশ্চ তে জনাঃ।
মদ্ভক্তানাঞ্চ যে ভক্তাস্তে মে ভক্ততমাঃ মতাঃ॥ ২৭ ॥

শব্দার্থ

যে—মখোয় অদু ; মে—ঐগী ; ভক্তজনাঃ—ভক্তশিং ; পার্থ—হে অর্জ্জুন ; ন নত্তে ; মে—ঐগী ; ভক্তাঃ—ভক্ত ; চ—সু ; তে—মখোয় ;

জনাঃ—মীশিং ; মদ্ভক্তানাম্—ঐগী ভক্তশিংগী ; চ—স্থু ; যে ভক্তাঃ—ভক্ত ওইবশিংদো ; তে—মখোয়ছুনা ; মে—ঐগী ; ভক্ততমাঃ—ভক্তখোইবনী ; মতাঃ —( হায়না ) লৌয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী- হে অর্জ্জুন ! ঐতগী ভক্ত ওইবা ( অদুগা ঐগী ভক্তবুদি নুংশিদবা ) মখোয়দুগুম্বদো ঐগী (অখোইবা) ভক্ত নত্তে ; অদুগা ঐগী ভক্তগী ভক্ত ওইবা মীশিংদুদি ঐগী ভক্তখোইবনী হায়না শীঙথানৈ।

## লৈনরোল

শ্লোকসী লঘুভাগবতামৃতগী উত্তরখণ্ডদা য়াওবা ( ৬ ) আদিপুরানগী বচন অমনী।

## মূল ২৮-২৯

আদরঃ পরিচর্য্যায়াং সর্ব্বাঙ্গৈরভিবন্দনম্।
মদ্ভক্তপূজাভ্যধিকা সর্ব্বভূতেষ মন্মতিঃ ॥ ২৮ ॥
মদর্থেষ্বঙ্গচেষ্টা চ বচসা মদ্গুণেরণম্ ॥ ২৯ ॥

## শব্দার্থ

আদরঃ—লুনা তৌবা, নুংশিবা . পরিচর্য্যায়াং--সেবাদা ; সর্ব্বাঙ্গৈঃ হকচাঙ-কায়াৎ লোয়নমক্কা লোয়ননা ; অভিবন্দনম্—খুকম্বা ; মদ্ভক্তপূজা—ঐগী ভক্তবু তৌবা পূজানা ; অভ্যধিকা—হেল্লী ; সর্ব্বভূতেষু—জীব পুম্নমক্তা ; মন্মতিঃ—ঐ লৈ হায়না খন্‌বা ; মদর্থেষু—ঐগীদমক্তা ; অঙ্গচেষ্টা হকচাঙনা তৌবা ; বচসা—রাহৈনা ; চ—স্থু ; মদগুণেরণম্—ঐগী গুণবু শক্‌শোন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধব-তা হায়রম্মী—ঐবু সেবা তৌবদা লুনা নুংশিনা তৌবা, হকচাঙ-কায়াৎ লোইনমক্কা লোয়ননা ঐবু খুরুম্বা, ঐবু তৌবা পূজাদগী হেল্লী হায়দুনা ঐগী ভক্তবু তৌবা পূজা, থরাই পান্‌বা খুদিংমক্তা ঐবু লৈ হায়না খন্‌বা, ঐগীদমক্তা হকচাঙ শীজন্নবা, অদুগা রাহৈনা ঐগী গুণ শক্‌শোন্‌বা—( মসী পুম্নমক ঐঙোন্দা ভক্তি লৈনবগী মরম্নী )।

**নৈমনক্লোল**

শ্লোকসী শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌দগীনী ( ১১/১৯/২১, ২২ )।

**অভ্যধিকা মদ্‌ভক্তপূজা**— ঐবু তৌবা পূজাদগী ঐগী ভক্তবু তৌবা পূজানা হেন্নী। ভক্তবু কনাগুম্বনা মুংশিরবদা শ্রীকৃষ্ণনা পেন্‌বহুমুক, ভক্তবু মুংশিত্রগা শ্রীকৃষ্ণত্তবু মুংশিরগা শ্রীকৃষ্ণনা পেন্‌দে। শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌবদগীদি কনাগুম্বনা ভক্তবু তৌবা পূজাহুনা হেন্না শ্রীকৃষ্ণবু পেল্‌হল্লী।

**মদর্থেষু অঙ্গচেষ্টা**—হকচাঙ-কয়াৎশিংনা তৌবা থবক থৃদিংমক শ্রীকৃষ্ণগীদমক তৌগদবনী। হকচাঙ শীজন্নহুনা দেহেনা নোমহুনা—লন্ তান্‌শন্‌গদবনী কৃষ্ণসেবাগীদমক, শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তশিংগী সেবাগীদমক ; পোংচঙ পূম্বা থিজন্‌গদবনী—কৃষ্ণ সেবাগীদমক ; মল ( অমাংবা ) মূত্র ( হক্কী ঈশীঙ )-নচিংবা চংথোকহন্দুনা হকচাঙ শেংদোক্কুনা পাথংতনবা তৌগদবনী কৃষ্ণ সেবাগীদমক।

**মূল ৩০**

আরাধনানাং সর্ব্বেষাম্ বিষ্ণোরারাধনং পরম্।
তস্মাৎ পরতরং দেবি তদীয়ানাং সমর্চ্চনম্ ॥ ৩০ ॥

**শব্দার্থ**

আরাধনানাম্—ঈড়াংপা হায়বা থৌ-মরক্তা ; সর্ব্বেষাম্—পূম্নমক্কী মনুঙদা ; বিষ্ণোঃ—শ্রীবিষ্ণুগী ; আরাধনং—ঈড়াং-পূজানা ; পরম্—অথোইবনী ; তস্মাৎ—মতুদগী ; পরতরং—হেন্না থোইবনা ; দেবি—হে দেবী ; তদীয়ানাং—বিষ্ণুগী ওইবশিংগী হায়বদি ভক্তশিংগী ; সমর্চ্চনম্—ঈড়াং পূজানা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

( মহাদেবনা পার্ব্বতীদা হায়রম্মী )—"হে দেবী! দেবদেবী পূম্নমক্কী আরাধনাদগী বিষ্ণুগী আরাধনানা পুঙথোই থোইবনী ; মতুদগীসু ( বিষ্ণুগী আরাধনাদগীসু ) মহাক্কী ভক্তগী ( বিষ্ণুভক্তগী ) আরাধনানা অমুক হেল্লী।

**নৈমনক্লোল**

শ্লোকসী লঘুভাগবতামৃতম্‌গী উত্তরখণ্ডদা য়াওবা ( ৪ ) পদ্মপুরাণগী বচন অমনী।

দেবদেবী পূম্নমক্কী মুল ( থোম্নক্কফমদি ) শ্রীবিষ্ণুনী ; উপাস্বীগী মরুদা ঈশ্বীও চাইরগা উশা অমদি উশাগী মশাশিং পূম্নমক্কা পেন্‌বগুম্ বিষ্ণু অমখক্তুবু আরাধনা তৌরগা দেব-দেবী পূম্নমক্কা পেল্লী ; মক্কমত্তুনা দেব-দেবী পূম্নমক্কী আরাধনাদগী বিষ্ণুগী আরাধনানা খ্বাইদগী হেল্লী। মসিগী মরম অমস্যু লৈ ; বিষ্ণুনা পীবা ঙম্বা পোৎ অদু অতোপ্পা দেব-দেবীশিংনা চত্ত-চত্তুনা পীবা ঙমদে ; শ্রীনারায়ণনা সারূপ্যনচিংবা মুক্তি পীরগা বৈকুণ্ঠবাস পীবা ঙম্মী ; শ্রীকৃষ্ণনা প্রেমভক্তি পীরগা মাগী পরিকরবু য়াওনা মাগী সেবা তৌহল্লী ; অদুবু মদু দেব-দেবীশিংনা পীবা ঙমদে। অদুগা অমুক, ভক্তগী মফমদা কনাগুম্বগী প্রীতি লৈবা উরগা ভগবান্না পেন্‌বগী শক্কক্তো য়ৌনা ভগবান্ মছাবু পূজা তৌবদা ভগবান্না পেন্দে ; মসীদগী ভগবান্‌বু তৌবা পূজাদগী ভক্ত পূজানা হেল্লী। ভক্তনা পেল্লবদি ভক্তমছামক্কা শ্রীকৃষ্ণবু পীবা ঙম্মী, কৃষ্ণসেবা পীবা ঙম্মী ; থোইদোক্না কৃষ্ণকৃপাসু ভক্তবু পাবু ঙাই ; মরমসিনা ভক্তপূজানা হেল্লী।

## মূল ৩১

> দুরাপা হ্যল্পতপসঃ সেবা বৈকুণ্ঠবর্ত্মসু।
> যত্রোপগীয়তে নিত্যং দেবদেবো জনার্দ্দনঃ ॥ ৩১ ॥

### শব্দার্থ

দুরাপা—রানা ফংনঙাই ওই ; হি—সু ; অল্পতপসঃ—তপ-খ্বাৎপা মীশিংগী ; সেবা—থৌগল ; বৈকুণ্ঠবর্ত্মসু—ভগবান্ ফংনবা লম্বী ওইবা ভক্তনা ; যত্র—মফমদুদা লম্বীগী মশক ওইবা ভক্তশিংগী চীন্দা ; উপগীয়তে—শক্ শোল্লী ; নিত্যং—মতম পুম্বদা ; দেবদেবঃ—দেবগী দেব ; জনার্দ্দন—জনার্দ্দন।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মৈত্রেয়গী মফমদা বিদুরনা হায়রম্মী )—দেবগী দেব জনার্দ্দনগী গুণ-শক্-শোন্‌বা মীতাশিং, ভগবান্‌বু ফংনবগী লম্বীগী মশক ওইবা ভক্তশিংদুগী সেবা তৌবদি পুণ্য-খ্বাৎপা মীতাশিংনা ফংবদা খ্বাঙ্ঈ।

## নৈনরোল

শ্লোকসী শ্রীমদ্‌ভাগবতমদগীনী ( ৩/৭/২০ )।

**বৈকুণ্ঠবস্ত্র সু**—বৈকুণ্ঠগী ( বিষ্ণুগী নত্রগা বৈকুণ্ঠ-লোকগী ) বস্ত্র ( লম্বী )-গী মশক ওইবা মহৎলোকশিংদা ( ভক্তশিংদা )। বৈকুণ্ঠগী অর্থদি বৈকুণ্ঠলোক ( লমদম )-সু ওই, বৈকুণ্ঠগী অধিপতি বিষ্ণুসু ওই। মহৎ-লোকশিংদি বৈকুণ্ঠ ফংননবগী লম্বীগী মশক্কী; মরমদি, **যত্রোপগীয়তে** নচিংবা—মহৎলোকশিংসিনা মতম পুম্বদা ভগবানগী কথা কীর্ত্তন তৌহুনা লৈ; মরমহুনা মখোয়গা লোয়ননা লৈমিন্নবা ওয়বদি ইছা-ইছানা হোৎন-রুদ্রবসু ভগবৎ-কথা তাবা ফংঙী; ভগবৎ-কথাহু অসুম অসুম তারগা মহৎলোকশিংগী কৃপানা চিত্তগী অমোৎপা কোক্লগদি মোক্রবা চিত্তদা শুদ্ধসত্ত্ব ওইরক্নী; শুদ্ধসত্ত্বহুনা প্রেমগী মশক ওইখৎলক্লগা কৃষ্ণবু ফংনন-বগী মরম ওই। কৃষ্ণপ্রীতিগী ( কৃষ্ণবু পেল্‌হন্নবগী ) অমতা-ভায়বা মরমদি ( হেতুদি ) প্রেমভক্তিনী। প্রেমভক্তিগী থোরকফম্‌দি ( মূলদি ) মহৎকী কৃপানী। "মহৎ-কৃপা বিনা কোন কর্ম্মে ভক্তি নয়। কৃষ্ণভক্তি দূরে রহু, সংসার নহে ক্ষয়॥ ২/২২/৫১॥" মরম ময়ামসিনা মহৎলোকশিংবু— শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তশিংবু—কৃষ্ণফংনবগী লম্বীগী মশক্কী হায়রিবনী। অসিগুম্বা মহৎলোকশিংগী সেবাদি ভাগ্য থজিক্কংনা ফংবা য়ারোই।

কৃষ্ণভক্তবু মুংশিবা মীহুবু কৃষ্ণনা কৃপা তৌয়ি হায়বহু মথক্কী শ্লোক খরসিদা উৎলি। শ্লোক খরসী মূল পয়ার ২৬ তা হায়রিবা রাফমগী প্রমাণ্নী।

### মূল ৩১

পুরী ভারতী গোসাঞি স্বরূপ নিত্যানন্দ।
চারি গোসাঞির কৈল রায় চরণাভিবন্দ॥ ৩১॥

### শব্দার্থ

পুরী—শ্রীপরমানন্দ পুরী; ভারতী-গোসাঞি—শ্রীব্রহ্মানন্দ ভারতী; স্বরূপ—শ্রীস্বরূপ দামোদর; নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু; চারি—মরি; গোসাঞির—গোস্বামীগী; কৈল—তৌরম্মী; রায়- রামানন্দ রায়না; চরণ-অভিবন্দ—খোঙদা থুরুম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীপরমানন্দ পুরী, শ্রীব্রহ্মানন্দ ভারতী গোসাঞি, শ্রীস্বরূপদামোদর, অমসুং শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু—মসীসিগী থুয়া-খাদা রায় রামানন্দনা থুরমখি।

মূল ৩৩

জগদানন্দ—মুকুন্দাদি যত ভক্তগণ।

যথাযোগ্য সবভক্তে করিলা মিলন ॥ ৩৩ ॥

শব্দার্থ

জগদানন্দ—শ্রীজগদানন্দ ; মুকুন্দ-আদি—শ্রীমুকুন্দনচিংবা ; যত—লৈরবা কয়া ; ভক্তগণ—ভক্তশিং ; যথাযোগ্য—মাগী মাগী তৌফম থোকপা য়েংদুনা ; সবভক্তে—ভক্ত পুম্নমক্কা ; করিলা—তৌখি ; মিলন—উনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগদানন্দ অমদি শ্রীমুকুন্দনচিংবা লৈরবা ভক্তশিং কয়াদুগা মাগী মাগী তৌফম থোকপা য়েংদুনা রায় রামানন্দনা উনরম্মী।

মূল ৩৪

প্রভু কহে—রায়! দেখিলে কমললোচন।

রায় কহে—এবে যাই পাব দরশন ॥ ৩৪ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়, রায়—হে রামানন্দ রায় ; দেখিলে—দর্শন তৌরবরা ; কমললোচন—শ্রীজগন্নাথবু ; রায় কহে—রামানন্দ রায়না খুম্লম্মী ; এবে—হৌজিক ; যাই—চত্তুনা ; পাব দরশন—দর্শন ফংলগনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—হে রায়, শ্রীজগন্নাথদেব দর্শন তৌরবরা? রায়না খুম্লম্মী—হৌজিক চৎলগা দর্শন ফংলগনী।

**মৈনমরোল**

**এবে**—হৌজিক ; প্রভু নঙগী চরণ দর্শন তৌরে, হৌজিক শ্রীজগন্নাথ দর্শন তৌরুরনী। **পাব দর্শন**—দর্শন ফংলগনী। রায়না হায়রিবা রাকম-সিগী তাৎপর্য্যদি অসিনী মতুদি—প্রভু নঙগী চরণ-দর্শনগীদমক ঐগী উৎকণ্ঠা অয়ৌবী লৈবনী ; মরমতুনা খ্বাই উনবিরিদ্রৈদা ননাক্তা হান্না চেন্শল্লকপনী। অসিদা হান্না লাক্তুনা ঐগী উৎকণ্ঠাদু পুদুনা শ্রীজগন্নাথ-দর্শন তৌরুরবদি শ্রীজগন্নাথগী স্বরূপ দর্শন ফংদবা য়াই—মরমদি, দর্শন তৌবদা পূর্ণীঙ চঙদবা য়াই। হৌজিক্তি নঙগী চরণ দর্শন তৌতুনা ঐগী উৎকণ্ঠা কোক্লে, নঙগী কৃপাদগী হৌজিক শ্রীজগন্নাথদেবগী স্বরূপ দর্শনসু ফংলগনী।

**মূল ৩৫**

প্রভু কহে রায় ! তুমি কি কর্ম্ম করিলা ?
ঈশ্বর না দেখি আগে এথা কেনে আইলা ? ॥ ৩৫ ॥

**শব্দার্থ**

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; রায়—হে রায় ; তুমি—নঙ ; কি—করি ; কর্ম্ম—থবক্কো ; করিলা—তৌরিসে ; ঈশ্বর না দেখি—ঈশ্বরবু দর্শন তৌদতুনা ; আগে—হান্নবা ; এথা—মফমসিদা ; কেনে—করিগীনো ; আইলা লাক্লিবা ?

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়—হে রায়; নঙনা তৌরিবসে করি মতৌনো ? ঈশ্বর দর্শন তৌদতুনা হান্নবা অসিদা লাক্লিবা করিগীনো ?

**মূল ৩৬-৩৭**

রায় কহে—চরণ রথ, হৃদয় সারথি।
যাহাঁ লঞা যায় তাহাঁ যায় জীব-রথী ॥ ৩৬ ॥
আমি কি করিব, মন ইহাঁ লঞা আইল।
জগন্নাথ-দরশনে বিচার না কৈল ॥ ৩৭ ॥

**শব্দার্থ**

রায় কহে—রামানন্দ রায়না হায় ; চরণ—খোঙনা ; রথ—গাড়ীনী ;

হৃদয়—থম্মোইনা ; সারথি—রথ-থোবা ; যাহাঁ—মফমদা ; লঞা—পুতুনা ; যায়—চৎলী ; তাহাঁ—মফমতুদা ; যায়—চৎলী ; জীব-রথী—রথ-তোংবা জীবনা ; আমি—ঐনা ; কি—করি ; করিব—তৌগনী ; মন—পূক্লীঙনা ; ইহাঁ—মফমসিদা ; লঞা—পুতুনা ; আইল—লাক্লে ; জগন্নাথ-দরশনে—জগন্নাথদেব দর্শন তৌবগী ; বিচার—খল্লুবা ; না কৈল—তৌহৌদ্রে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামানন্দনা খুম্লম্মী—প্রভু ! খোঙনা রথ-নী, থম্মোইনা ( পূক্লীঙনা ) রথ-থোবা অতুনী ; রথ-থোবনা পুবা মফমদা রথ-তোংবা জীবতুসু অতুম চৎপনী। ঐনা করি তৌগনী ? পূক্লীঙনা মফমসিদা ঐবু পুতুনা লাক্লে, অতুনা জগন্নাথ দর্শন তৌবগী রাগা খল্লুবা তৌদে ।

## নৈনরোল

রামানন্দ রায়না হায়রিবা পাউখুমসিগী তাৎপর্যাদি অসিনী মতুদি—"মফমসিদা লাকদৌবগী মমাঙদা জগন্নাথ দর্শন তৌবগী রাখল পূক্লীঙদা পোক্লমদে ; পাঙ্গল্লবা উৎকণ্ঠানা থোবদগী ঐহাক চুমদ্রিং অতুম মফমসিদা লাক্লবনী ; মতমতুদা নখোঙ-থম্বাল উননবগী উৎকণ্ঠাতু নত্তনা অতৈ রা অমা খল্লুবা লৈরমদ্রে ।" মসিনা তাক্পদি শ্রীগৌরগী মফমদা রাম রায়গী নিষ্ঠা কয়ামূক লৈরম্বগে হায়বতুনী ।

## মূল ৩৮

প্রভু কহে—যাহ শীঘ্র কর দরশন ।

ঐছে ঘর যাই কর কুটুম্ব মিলন ॥ ৩৮ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়রম্মী ; যাহ—চৎলো ; শীঘ্র থুনা ; কর—তৌরু ; দরশন—জগন্নাথ দর্শন ; ঐছে—অতুম তৌরগা ; ঘর—য়ুম ; যাই—চৎতুনা ; কর—তৌ ; কুটুম্ব-মিলন—মরীমতা উনবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—থুনা দর্শন তৌরুচো। অতুম তৌরগা য়ুমদা চৎতুনা ইমুংগী মীময়াম উনৌ ।

## মূল ৩৯

প্রভু-আজ্ঞা পাঞা রায় চলিলা দর্শনে।
রায়ের প্রেমভক্তি-রীতি বুঝে কোন্ জনে॥ ৩৯॥

## শব্দার্থ

প্রভু-আজ্ঞা— প্রভুগী য়াথং ; পাঞা—ফংতুনা ; রায়— রামানন্দরায় ; চলিলা—চৎলম্মী ; দর্শনে—জগন্নাথ খুরুম্বা ; রায়ের— রায়গী ; প্রেম ভক্তি-রীতি—প্রেমভক্তিগী নাওং ; বুঝে—খঙগনী ; কোন্ জনে—কয়স্বা মীনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী য়াথং ফংতুনা রামানন্দ রায়না শ্রীজগন্নাথদেববু দর্শন তৌবা চৎখি। রামানন্দ রায়গী প্রেমভক্তিগী নাওং কনানা খঙগনী ?

## মূল ৪০

ক্ষেত্রে আসি রাজা সার্ব্বভৌমে বোলাইলা।
সার্ব্বভৌমে নমস্করি তাঁহারে পুছিলা— ॥ ৪০ ॥

## শব্দার্থ

ক্ষেত্রে আসি—ক্ষেত্রদা লাক্লগা ; রাজা—প্রতাপরুদ্র নিংথৌনা ; সার্ব্বভৌমে—সার্ব্বভৌমবু . বোলাইলা—কৌহল্লুই ; সার্ব্বভৌমে—সার্ব্বভৌমদা ; নমস্করি--খুরুম্লগা ; তাঁহারে—মঙোন্দা ; পুছিলা—হংখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ক্ষেত্রদা লাক্লগা রাজা প্রতাপরুদ্রনা সার্ব্বভৌমবু কৌহল্লুই। সার্ব্বভৌমদা খুরুম্লগা নিংথৌনা হংলম্মী।

## মূল ৪১-৪২

মোর লাগি প্রভুপাদে কৈলে নিবেদন ?
সার্ব্বভৌম কহে—কৈল অনেক যতন ॥ ৪১ ॥
তথাপি না করে তেঁহো রাজ-দরশন।
ক্ষেত্র ছাড়ে—পুন যদি করি নিবেদন ॥ ৪২ ॥

## শব্দার্থ

মোর—ঐগী ; লাগি—দমক ; প্রভুপাদে—প্রভুগী খুয়াখাদা ; কৈলে —তৌরবরা ; নিবেদন—( রা ) হঙ্গংপা ; সার্ব্বভৌম কহে—সার্ব্বভৌমনা খুম্লম্মী ; কৈল—তৌরে ; অনেক—অয়াম্বা ; যতন—হোৎনবা ; তথাপি —অদুম ওইনমক ; না করে—তৌরোই ; তেঁহো—মহাক ; রাজদরশন —নিংথৌবু উনবা ; ক্ষেত্র ছাড়ে—ক্ষেত্র থাদোক্কনী ; পুন—অমুক হন্না ; যদি—বদি ; করি—ঐনা তৌবা ; নিবেদন—হঙ্গৎপা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(নিংথৌনা হংলম্মী)—ঐগীদমক প্রভুগী খুয়াখাদা হঙ্গৎলবরা ? অদুদা সার্ব্বভৌমনা খুম্লম্মী—য়াম্না হোৎনরে । অদুম ওইনমক প্রভুনা রাজদর্শন তৌরোই হায়রে । ঐনা করিগুম্বা অমুক হন্না হঙ্গৎলবদি প্রভু ক্ষেত্র থাদোক্কনী হায়রে ।

## নৈনরোল

৪১-৪২ পয়ার অনীসিদা পাঠান্তর অমা উবা ফংঙী—"মোর লাগি প্রভুপাদে কৈলে নিবেদন। সার্ব্বভৌম কহে অনেক করিয়া যতন ॥ তোমার লাগি প্রভুপদে কৈল নিবেদন। তথাপি না করে তেঁহো রাজদরশন ॥ ক্ষেত্র ছাড়ে—পুনঃ যদি করি নিবেদন। কিরূপে কহিয়ে আর তোমার বচন।" তাৎপর্য্যাদি অমতনী ।

## মূল ৪৩-৪৫

শুনিঞা রাজার মনে দুঃখ উপজিল ।
বিষাদ করিয়া কিছু কহিতে লাগিল ॥ ৪৩ ॥
পাপী নীচ উদ্ধারিতে তাঁর অবতার ।
শুনি জগাই-মাধাই তেঁহো করিল উদ্ধার ॥ ৪৪ ॥
"প্রতাপরুদ্র ছাড়ি করিব জগত-উদ্ধার ।"
এই প্রতিজ্ঞা করি জানি করিয়াছেন অবতার ॥ ৪৫ ॥

## শব্দার্থ

শুনিঞা—( সার্ব্বভৌমগী পাউতম্ ) মনাকোঙনা তারগা ; রাজার

মনে— নিংথৌগী মপুক্কীডদা ; দুঃখ —নুংঙাইতবা ; উপজিল—পোক্‌খি ; বিষাদ—শক্‌হঙ্গনবা ; করিয়া—তৌদুনা ; কিছু—খরদং ; কহিতে— হায়বা ; লাগিল—হৌখি ; পাপী—পাপ চেন্‌বা মী ; নীচ—অতোনবা ; উদ্ধারিতে—লানবিনবা ; তাঁর—মাগী ; অবতার—নোংগুম্বনী ; শুনি— (ঐনা) হায় ; জগাই-মাধাই জগাই-মাধাই ; তেঁহো—মহাক্না ; করিলা —তৌখি ; উদ্ধার- লানবিবা ; প্রতাপরুদ্র ছাড়ি—প্রতাপরুদ্র নত্তনা ; করিব তৌগনী ; জগৎউদ্ধার—জগৎলানবীবা ; এই—মসী ; প্রতিজ্ঞা— রাশক ; করি—তৌদুনা ; জানি—ঐনা খঙভী ( খল্লী ) ; করিয়াছেন অবতার—অবতার তৌরে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( সার্ব্বভৌমগী পাউত্তম্ ) মনাকোঙনা তারগা নিংথৌগী মপুক্কীডদা অরাবা পোক্‌খি । থরাই নুংঙাইতনা শক্‌হনজল্লগা নিংথৌনা হায়রম্মী— "পাপচেন্‌বা অমদি অতোন-অতাশিংবু লানবিগে হায়বগীদমক মহাক ( প্রভুনা ) অবতার তৌরক্‌পনী । অদুনা জগাই-মাধাই অনীবু মহাক্না লানবিখি হায়বা ঐহাক্কী নাকোঙনা তাখি । "প্রতাপরুদ্র" নত্তনা জগৎ লানবিগে হায়বা রাশক অসী শক্লগা অবতার তৌরকপা জাৎল ?

মূল ৪৬

অদর্শনীয়ানপি নীচজাতীন্
স বীক্ষতে হন্ত তথাপি নো মাম্ ।
মদেকবর্জ্জং কৃপয়িষ্যতীতি
নির্ণীয় কিং সোঽবততার দেবঃ ॥ ৪৬ ॥

শব্দার্থ

অদর্শনীয়ান্—য়েংবফাওবা-য়াদবা (য়েংবফাওবা-মতীকচাদবা) ; অপি —সু ; নীচজাতীন্—জাৎ তোনবশিংবু ; সঃ—মহাক্না ( শ্রীচৈতন্যনা ) ; বীক্ষতে—মিংয়েং তারি ; হন্ত—হায় ওস্তোকপনী ; তথাপি— অদুম ওইন- মক ; ন মাম্—ঐবু দি য়েংবিদে ; মদেক—ঐ অসিমতংবু ; বর্জ্জং— লংশেল্লগা ; কৃপয়িষ্যতি—( অতৈপুম্বু ) কৃপা তৌবিগনী ; ইতি—অসী ; নির্ণীয়—রারেপ্পুনা ; কিং—করি ; সঃ—মহাক্না ; দেবঃ—শ্রীচৈতন্য দেবনা ; অবততার—অবতার তৌরক্‌পরা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যদেব অহুনা য়েংবফাওবা-য়াদবা জাৎতোন্‌বা মীশিং-ফাওবদা দর্শন পীনবিরে; হায় ওস্নোকপনী! অদুফাওবদা ঐঙোন্দদি দর্শন পীবিদবা! ঐহাক অসিমতংবু থাদোক্লগা অতৈ পুম্নমকপু কৃপা তৌবিগে হায়না রারেপ্তুনা মহাক অবতার তৌরকপা জাৎল?

## মৈনরোল

শ্লোক অসী শ্রীচৈতন্যচন্দ্রোদয়নাটক-তগী লৌথোক্‌পনী (৮/৩৪)। রাকমসী রাজা প্রতাপরুদ্রনা হায়খিবনী; মসী ৪৪-পয়ারদা হায়বা রাকমসু য়োক্‌খৎপনী।

**দেবঃ**—দিব্ ধাতুদগী দেব-শব্দ ওইরকপনী; মসিনা শান্নবা হায়বদি লীলা খঙনৈ; দেব-শব্দসিগী ধ্বনিদি (খোন্থাংদি) অসী ওইরম্বা য়াই, মতুদি—জগতা লৈবা মীপুম্নমকপু উদ্ধার তৌবিনবগীদমক অবতার তৌরক্ল-বসু শ্রীচৈতন্যদেবনা ঐঙোন্দা (প্রতাপরুদ্রদা) দর্শন-ফাওবা পীবিদরে, মতৌসে নীঙতম্বা লীলাময় মহাক্কী লীলা অমা ওইবা তাই, অদুগা লীলা-সিগী মরম করিমতা থিবদি ফংদে।

## মূল ৪৭

তাঁর প্রতিজ্ঞা না করিব রাজ-দরশন।

মোর প্রতিজ্ঞা তাঁহা বিনা ছাড়িব জীবন॥ ৪৭॥

## শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী (শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী); প্রতিজ্ঞা—রাশক; না করিব—তৌরোই; রাজ-দরশন—নিংথৌগী মশক য়েংবা; মোর—ঐগী; প্রতিজ্ঞা—রাশক; তাঁহা—মহাক; বিনা—নত্তনা; ছাড়িব—থাদোক্কনী; জীবন—থরাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিংথৌপ্রতাপরুদ্রনা হায়রম্মী—নিংথৌগী মশক য়েংলোই হায়বনা মহাক্কী (শ্রীচৈতন্যদেবগী) রাশক ওইরে; ঐগী রাশক্লা—মহাক নত্রবদি (মহাকপু দর্শন তৌবা ফংদ্রবদি) ইথরাইসী থাদোক্কনী—হায়বসিনী।

## মূল ৪৮

যদি সেই মহাপ্রভুর না পাই কৃপাধন।
কিবা রাজ্য কিবা দেহ—সব অকারণ ॥ ৪৮ ॥

### শব্দার্থ

যদি—বদি ; সেই মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুহুগী ; না পাই—ফংদ্রে ; কৃপাধন—কৃপা কৌবা লন্ ; কিবা—করিনো ; রাজ্য—লৈপাক্পা, রাজ্যনা ; কিবা—করিনো ; দেহ—হকচাঙনা ; সব—লোইনমক ; অকারণ—মরম লৈতবগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রতাপরুদ্রনা মখা তাথরম্মী )—মহাপ্রভুহুগী কৃপা কৌবা লনবু ফংদ্রবদি রাজ্যনা কদৌনী, দেহনা কদৌনী, লোইনমক অরেম্বা ওাক্লী।

### নৈনরোল

পয়ার মূল ৪৬-৪৭ অনীসিনা প্রভুগী মফমদা প্রতাপরুদ্রগী অনুরাগ ( নৌহুনদা লৈবা মনুংশি ) লৈ হায়বা তাকৃপনী। "প্রেমীভক্ত বিয়োগে চাহে দেহ ছাড়িতে। প্রেমে কৃষ্ণ মিলে সেহো না পারে মরিতে। গাঢ়ানুরাগের বিয়োগনা যায় সহন। তাতে অনুরাগী বাঞ্ছে আপন মরণ॥" অনুরাগনা গাঢ় ( নঙ-নঙ নঙশনবা ওইরবদি অনুরাগীহুনা হিংনীংঙক্তে।

## মূল ৪৯

এত শুনি ভট্টাচার্য্য হইলা চিন্তিত।
রাজার অনুরাগ দেখি হইলা বিস্মিত ॥ ৪৯ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসুক ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; হইলা—ওইখি ; চিন্তিত—নুংনাঙবা ; রাজার—নিংথৌগী ; অনুরাগ—প্রেম ( নুংশিবা ) ; দেখি—উরগা ; হইলা—ওইখি ; বিস্মিত—ওকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিংথৌগী ৱা খিবিক্লি তারগা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা চিন্তা পুখি। নিংথৌনা (মহাপ্রভুগী মফমদা) তৌরম্বা অনুরাগপদো উরগা ভট্টাচার্য্য ওকৃখি।

## মূল ৫০

ভট্টাচার্য্য কহে—দেব ! না কর বিষাদ ।
তোমার উপর প্রভুর হবে অবশ্য প্রসাদ ॥ ৫০ ॥

### শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্য কহে— সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা হায় ; দেব— হে দেব : না কর— তৌগনু ; বিষাদ—থরাই নুংঙাইতবা ; তোমার নঙগী ; উপর—থক্তা ; প্রভুর—প্রভুগী ; হবে—ওইগনী ; অবশ্য— লেপ্পমক ; প্রসাদ—চান্‌বীবা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা প্রতাপরুদ্রদা হায়রম্মী— হে দেব ! বাবিগনু ; নঙবু প্রভুনা লেপ্পমক চান্‌বিগনী ।

## মূল ৫১

তেঁহো প্রেমাধীন, তোমার প্রেম গাঢ়তর ।
অবশ্য করিবেন কৃপা তোমার উপর ॥ ৫১ ॥

### শব্দার্থ

তেঁহো—মহাক ; প্রেমাধীন—প্রেমগী মথা পোনবনী ; তোমার প্রেম—নঙগী প্রেমদি ; গাঢ়তর—থোইনা হেন্না নঙশল্লিবনী ; অবশ্য—শোয়দনমক ; করিবেন কৃপা—চান্‌বিগনী ॥ তোমার উপর নঙবু ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ভট্টাচার্য্যনা মথা তারম্মী)—মহাক (প্রভুদি) প্রেম-গী মথা পোন্‌বনী । নঙগী প্রেমদি থোইনা হেন্না নঙবনী । লেপ্পমক প্রভুনা নঙবু কৃপা তৌবিগনী ।

## মূল ৫২

তথাপি কহিয়ে আমি এক উপায় ।
এই উপায় কর—প্রভু দেখিবে যাহায় ॥ ৫২ ॥

শব্দার্থ

তথাপি— অদুম ওইনমক ; কহিয়ে—হায়গে ; আমি—ঐ ; এক—অমা ; উপায়—পাম্বৈ ; এই—অসী ; উপায়—পাম্বৈ ; কর—তৌও ; প্রভু দেখিবে—প্রভুবু উননবনী ; যাহায়— মতুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ভট্টাচার্য্যনা মখা তারম্মী)—অদুম ওইনমক, ঐ উপায় অমা তাক্কে। উপায় অসী তৌ. মতুনা প্রভুবু দর্শন তৌবা য়াগনী।

নৈনরোল

ভট্টাচার্য্যনা তাক্কে হায়রিবা উপায়দু মথঙগী পয়ার মূল ৫৩—৫৫-দা হায়রি।

মূল ৫৩-৫৫

রথযাত্রাদিনে প্রভু সবভক্ত লঞা।
রথ-আগে নৃত্য করে প্রেমাবিষ্ট হঞা॥ ৫৩॥
প্রেমাবেশে পুষ্পোদ্যানে করেন প্রবেশ।
সেইকালে তুমি একা ছাড়ি রাজবেশ॥ ৫৪॥
কৃষ্ণ-রাসপঞ্চাধ্যায়ী করিতে পঠন।
একলে গিয়া মহাপ্রভুর ধরিবে চরণ॥ ৫৫॥

শব্দার্থ

রথযাত্রাদিনে— জগন্নাথগী কাং চিংবা নুমিত্তা ; প্রভু—প্রভুনা ; সবভক্ত— ভক্ত লৈইনমক্কা ; লঞা—লোয়ননা ; রথ-আগে—কাং-মাঙদা ; নৃত্য— জগোই ; করে—শাই ; প্রেমাবিষ্ট—কৃষ্ণপ্রেমদা আবেশ ( চঙবা ) ওইবা ; হঞা—ওইদুনা ; প্রেমাবেশ—কৃষ্ণপ্রেমদা লূপ্খিবনা ; পুষ্পোদ্যানে—লৈকোল্দা ; করেন প্রবেশ—চঙঈ ; সেইকালে—মতমদুদা ; তুমি—নহাক ( প্রতাপরুদ্র ) ; একা নথন্তা ; ছাড়ি—থাদোক্লুনা ; রাজবেশ—নিংথৌগী ফীজোল ; কৃষ্ণরাসপঞ্চাধ্যায়ী—( শ্রীমদ্ভাগবতমদা য়াওবা ) শ্রীকৃষ্ণগী রাসলীলাগী মরমদা অধ্যায় মঙা ; করিতে—তৌনা তৌনা ; পঠন—থীবা ; একলে— নথন্তা ; গিয়া— চৎলুনা ; মহাপ্রভুর— মহাপ্রভুগী ; ধরিবে—পায়য়ু ; চরণ—খোঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগন্নাথকী কাং চিংবা হুমিত্তা প্রভুনা ভক্ত পুম্নমক্কা লোয়ননা কাং-মাওদা প্রেমাবেশদা জগোই শাই। প্রেমাবেশদা প্রভুনা লৈকোন্দা চঙ্‌ঙী। মতমহুদা নহাক নথক্তমক রাজবেশ-দি থাদোক্লগা শ্রীকৃষ্ণকী রাসলীলাগী রা য়াওবা অধ্যায় মঙাহু থীনা থীনা কনা অতোপ্পা অমা য়াওদবমখৈ চংলগা মহাপ্রভুগী চরণ পায়রু।

## মূল ৫৬-৫৭

বাহ্যজ্ঞান নাহি সেকালে কৃষ্ণনাম শুনি।
আলিঙ্গন করিবেন—তোমায় বৈষ্ণব জানি॥ ৫৬॥
রামানন্দ রায় আজি তোমার প্রেম-গুণ।
প্রভু আগে কহি প্রভুর ফিরাইয়াছে মন॥ ৫৭॥

শব্দার্থ

বাহ্যজ্ঞান— মপান্দা করি ওইরি হায়বহু খঙবা : নাহি—লৈরোই ; সেকালে—মতমহুদা ; কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী মিং ; শুনি নাকোঙনা তারগা ; আলিঙ্গন—কোন্‌বা ; করিবেন—তৌগনী ; তোমায়—নহাকপু ; বৈষ্ণব জানি—বৈষ্ণবনী খন্দুনা ; রামানন্দ রায়—রামানন্দ রায়না ; আজি—ঙসি ; তোমার—নঙগী ; প্রেম-গুণ—কৃষ্ণবু নুংশিবা অমসুং গুণ অতৈ ; প্রভু আগে—প্রভুগী মাঙদা ; কহি—হঙ্গৎতুনা ; প্রভুর—প্রভুগী ; ফিরাইয়াছে—ওল্‌হল্লে ; মন—পুক্নীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ভট্টাচার্য্যনা মথা তারম্মী )—মতমহুদা ( লৈকোন্দা লৈরিবৈদা ) মপাম্বোংগী করিমতা লৈররোই কৃষ্ণনাম নাকোঙদা তাবনা : নঙবু বৈষ্ণবনী খন্দুনা প্রভুনা কোন্‌শিল্লকনী। রামানন্দ রায়না ঙসিদি নঙগী কৃষ্ণপ্রেম অমদি গুণ অতৈশী মরমদা প্রভুদা হঙ্গৎতুনা প্রভুগী পুক্নীঙ হল্‌হল্লে।

## মূল ৫৮

শুনি গজপতি-মনে সুখ উপজিল।
প্রভুরে মিলিতে এই যুক্তি দৃঢ় কৈল॥ ৫৮॥

## শব্দার্থ

শুনি—নাকোঙনা তাহুনা ; গজপতি-মনে—রাজা প্রতাপরুদ্রগী পুক্লীঙদা ; সুখ—নুংঙাইবা ; উপজিল—পোকৃখি ; প্রভুরে মিলিতে—প্রভুগা উননবা হায়দুনা ; এই যুক্তি—তানরিবা রারম অসী ; দৃঢ়—অচেৎপা ; কৈল—ওইহল্লে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ভট্টাচার্য্যগী রা ) তারগা রাজা প্রতাপরুদ্রগী মপুক্লীঙ নুংঙাইখি । প্রভুগা উননবা হায়দুনা তানরিবা রারম অসী তৌগে হায়না চপ লেপ্‌খি ।

## মূল ৫৯

স্নানযাত্রা কবে হবে ? —পুছিল ভট্টেরে ।
ভট্ট কহে—তিন-দিন আছয়ে যাত্রারে ॥ ৫৯ ॥

## শব্দার্থ

স্নানযাত্রা—শ্রীজগন্নাথ দেবগী স্নানযাত্রা ; কবে—কদৌঙৈ ; হবে—ওইগনী ; পুছিল—( রাজাপ্রতাপরুদ্রনা ) হংলম্মী ; ভট্টেরে—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যদা ; ভট্ট—ভট্টাচার্য্যনা ; কহে—হায় ; তিন দিন—নুমীৎ হুমী ; আছয়ে—লৈরি; রাংলী ; যাত্রারে—স্নানযাত্রাগী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যদা ( রাজা প্রতাপরুদ্রনা ) স্নানযাত্রা কদৌঙৈনো হায়না হংলম্মী । স্নানযাত্রাগী নুমীৎ হুমী রাংলী হায়না ভট্টাচার্য্যনা খুম্লম্মী ।

## মূল ৬০

স্নানযাত্রা দেখি প্রভু পাইল বড় সুখ ।
ঈশ্বরের অনবসরে পাইল মহাদুঃখ ॥ ৬০ ॥

## শব্দার্থ

স্নানযাত্রা দেখি—স্নানযাত্রা উবদা ; প্রভু পাইল—প্রভুনা ফংখি ;

বড়—য়াম্না ; সুখ—নুংঙাইবা ; ঈশ্বরের—শ্রীজগন্নাথগী ; অনবসরে—দর্শন-য়াদবা মতমদা ; পাইল—ফংখি ; মহাদুঃখ—য়াম্না নুংঙাইতবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্নানযাত্রা দর্শন তৌবদা প্রভু য়াম্না নুংঙাইখি। শ্রীজগন্নাথগী দর্শন-য়াদবা মতমদা য়াম্না নুংঙাইখিদে।

### নৈনরোল

**অনবসর**—শ্রীজগন্নাথ দর্শনগী খুদোংচাদবা মতমদা স্নানযাত্রাগী মতূংদগী চতুর্দ্দশী ফাওবা শ্রীজগন্নাথগী অঙ্গরাগ ( রংথাবা ) ওই হায়দুনা মতমসিদা কনামতনা দর্শন তৌবা য়াদে। মতম অসিবু অনবসর কৌয়ি।

### মূল ৬১

গোপীভাবে প্রভু বিরহে বিহ্বল হইয়া।

আলালনাথে গেলা প্রভু সভারে ছাড়িয়া ॥ ৬১ ॥

### শব্দার্থ

গোপীভাবে—গোপীগী ( শ্রীরাধাগী ) ভাব অদুদা ; প্রভু—প্রভুনা ; বিরহে—কায়নবদা ; বিহ্বল—পাখৎপা ; হইয়া—ওইদুনা ; আলালনাথে—আলালনাথদা ; গেলা—লেংখি ; প্রভু—প্রভুনা ; সভারে—লোইনমক ; ছাড়িয়া—থাদোক্তুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরাধাগী ভাব-তা চঙদুনা প্রভুনা শ্রীজগন্নাথগী দর্শন ফংদবদা কায়ন-মৈচাক লাংলদুনা খ্বায় পূম্নমকপু থাদোক্লগা আলালনাথদা লেঙখি।

### নৈনরোল

শ্রীরাধাগীভাব-তা আবেশ ওইবদগী প্রভুনা শ্রীজগন্নাথবু শ্রীকৃষ্ণনী হায়না খল্লী ; স্নানযাত্রাগী মতূংদা 'অনবসর'-গী মতমদা শ্রীজগন্নাথগী দর্শন ফংদদুনা শ্রীরাধা-ভাবাবেশদা লৈরম্বা প্রভুনা খন্খি—মহাক শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন ফংদ্রে ; মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবদা থরাই নুংঙাইতদুনা মী লোইন-মকপু থাদোক্লগা আলালনাথদা প্রভু লেঙখিরম্মী।

### মূল ৬৩

সার্ব্বভৌম নীলাচলে আইলা প্রভু লঞা ।
'প্রভু আইলা'—রাজার ঠাঞি কহিলেন গিয়া ॥ ৬৩ ॥

### শব্দার্থ

সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; নীলাচলে—নীলাচলদা ; আইলা লাক্খি ; প্রভু লঞা প্রভুবু পুন্না ; প্রভু আইলা—প্রভু লেঙলক্লে ; রাজার—নিংথৌ-প্রতাপরুদ্রগী ; ঠাঞি—মফমদা ; কহিলেন—হায়রম্মী ; গিয়া চংতুনা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা প্রভুবু পুন্না ( আলালনাথদগী ) অহুগা রাজা প্রতাপরুদ্রগী মফমদা চংলগা হায়কই—"প্রভু লেঙলক্লে ।"

### মূল ৬৪

হেন কালে আইলা তাহাঁ গোপীনাথাচার্য্য ।
রাজারে আশীর্ব্বাদ করি কহে—শুন ভট্টাচার্য্য ॥ ৬৪ ॥

### শব্দার্থ

হেনকালে মতম অসিদা ; আইলা—লাক্খি ; তাহাঁ—মফমতুদা ; গোপীনাথাচার্য্য—শ্রীগোপীনাথাচার্য্য ; রাজারে—নিংথৌদা ; আশীর্ব্বাদ করি আশিষ্ তৌবগা ; কহে—হায়রক্যি ; শুন—নাকোঙনা তাও ; ভট্টাচার্য্য—হে ভট্টাচার্য্য ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমসিদা ( সার্ব্বভৌমনা নিংথৌগী নাক্তা লৈবা মতমদা ) মফমতুদা (নিংথৌগী নাক্তা) শ্রীগোপীনাথাচার্য্য লাক্খি—নিংথৌদা আশিষ্ তৌরগা হায়রম্মী—হে ভট্টাচার্য্য তাও ।

### মূল ৬৫-৬৬

গৌড় হৈতে বৈষ্ণব আসিয়াছে দুই শত ।
মহাপ্রভুর ভক্ত সব মহাভাগবত ॥ ৬৫ ॥
নরেন্দ্রে আসিয়া সভে হৈলা বিদ্যমান ।
তাঁ সভার চাহি বাসা প্রসাদ-সমাধান ॥ ৬৬ ॥

## শব্দার্থ

গৌড় হৈতে—গৌড়দেশদগী ; বৈষ্ণব আসিয়াছে—বৈষ্ণবশিং লাক্লে ; দুই শত—চনী ; মহাপ্রভুভক্ত—মহাপ্রভুগী ভক্তনী ; সব—লোইনমক ; মহাভাগবত—মহাভক্তনী ; নরেন্দ্র অসিয়া—নরেন্দ্র-সরোবরগী মপান্দা ; আসিয়া—লাক্তুনা ; সভে—লোইনমক ; হৈলা বিদ্যমান—লৈহৌরে ; তাঁ-সভার—মখোয় পুম্নমক্কী ; চাহি—পাম্মী ; বাসা—লৈফম য়ুম ; প্রসাদ সমাধান—প্রসাদ ফংননবা শীল্লাঙবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(গোপীনাথাচার্য্যনা হায়রম্মী)—গৌড় দেশদগী বৈষ্ণব চনীখক থুংলরে। মখোয় পুম্নমক মহাপ্রভুগী ভক্তঙাক্নী অমসুং মহাভগবত ঙাক্নী। মখোয়দু নরেন্দ্র-সরোবরগী মপান্দা থুংদুনা লৈহৌরে। মখোয় লোইনমক্কী লৈফম য়ুম অমসুং প্রসাদ-ফংননবগী থৌরাঙবা পাম্মী।

## মূল ৬৭-৬৮

রাজা কহে—পড়িছাকে আজ্ঞা করিব।
বাসা-আদি যে চাহিয়ে—পড়িছা সব দিব ॥ ৬৭ ॥
মহাপ্রভুর গণ যত আইল গৌড় হৈতে।
ভট্টাচার্য্য! একে একে দেখাহ আমাতে ॥ ৬৮ ॥

### শব্দার্থ

রাজা কহে—নিংথৌনা হায় ; পড়িছাকে—পড়িছাদা ; আজ্ঞা—য়াথং ; করিব—তৌগনী ; বাসা-আদি—লৈফম-য়ুম্ন-চিংবা ; যে চাহিয়ে—অপাম্বদু ; পড়িছা—পড়িছানা ; সব—লোইনা ; দিব—পীগনী ; মহা-প্রভুর গণ—মহাপ্রভুগী পার্ষদ থুংপু ; যত—কয়াদু ; আইল—লাক্লম্মা। গৌড় হৈতে—গৌড়দগী ; ভট্টাচার্য্য—ভট্টাচার্য্য ; একে একে—অমমম ওইনা ; দেখাহ—উহল্লু ; আমাতে—ঐঙোন্দা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিংথৌনা হায়রম্মী—পড়িছাদা ঐ য়াথং তৌগে। লৈফম-য়ুম্নচিংবা অপাম-অপাম্বা পোৎ অদু পড়িছানা লোয়নমক পীগনী। মহাপ্রভুগী পার্ষদ গৌড়-দেশদগী অরাকপা খিবিক্তো অমমম ওইনা ঐঙোন্দা উহল্লু ; হে-ভট্ট!

নৈনরোল

পড়িছা— তীর্থযাত্রীশিংগী লৈফম চাফম নীঙখিনা শিল্লাংবা অমদি লাই খুরুমহন্নবা শিল্লাংববু পড়িছা কৌয়ি।

মূল ৬৯-৭০

ভট্ট কহে—অট্টালিকা কর আরোহণ।
গোপীনাথ চিনে সভাকে করাবে দর্শন ॥ ৬৯ ॥
আমি কাহো না চিনি, চিনিতে মন হয়।
গোপীনাথাচার্য্য সভাকে করাবে পরিচয় ॥ ৭০ ॥

শব্দার্থ

ভট্ট—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য ; কহে—হায় ; অট্টালিকা—দলাল ; কর—তৌরো ; আরোহণ—কাখৎপা ; গোপীনাথ চিনে—গোপীনাথদি শকখঙঙী ; সভাকে—লোইনমক ; করাবে দর্শন—উহনগনী ; আমি—ঐ ; কাহো—কনাগুম্ ; না চিনি—শকখঙদে ; চিনিতে—খঙনবা ; মন—পুক্নীঙ ; হয়—ওইরে ; গোপীনাথাচার্য্য—গোপীনাথাচার্য্যনা ; সভাকে—লোইনমক ; করাবে পরিচয়—শক তাক্কনী।

মৈতৈলোন্দা ওন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা রাজা প্রতাপরুদ্রদা হায়রম্মী—দালালগী ছাদ মথক্তা কাখৎলু। গোপীনাথনা শক্ খঙঙী লোইনমক, মহাক্না উহনগনী। ঐদি কনামতম্বু খঙদে ; ঐস্না মখোয়বু খঙনীঙঙী। গোপীনাথাচার্য্যনা শক তাক্কনী।

মূল ৭১

এত কহি তিনজন অট্টালি চঢ়িলা।
হেন কালে বৈষ্ণবগণ নিকটে আইলা ॥ ৭১ ॥

শব্দার্থ

এত—অসিখক ; কহি—হায়দুনা ; তিনজন—মী অহুম ; অট্টালি—অট্টালিকাদা ; চঢ়িলা—কাখৎখি ; হেনকালে—মতম অসিদা ; বৈষ্ণবগণ—বৈষ্ণবশিংদু ; নিকটে—নাক্তা ; আইলা—লাকখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদিথক হায়রগা মী অহুমা (প্রতাপরুদ্র, সার্বভৌম অমসুং গোপীনাথ) অট্টালিকাদা কারম্মী ; মতম অসিদা বৈষ্ণবশিংনা নাক য়ৌশল্লক্লম্মী।

মূল ৭২

দামোদর স্বরূপ গোবিন্দ দুই জন।
মালা-প্রসাদ লঞা যায় যাহাঁ বৈষ্ণবগণ ॥ ৭২ ॥

শব্দার্থ

দামোদর স্বরূপ স্বরূপ দামোদর ; গোবিন্দ—গোবিন্দ ভৃত্য (মনাই) ; দুই জন—মী অনী ; মালা-প্রসাদ—শ্রীজগন্নাথগী প্রসাদীমালা অমসুং প্রসাদ ; লঞা—পুত্না ; যায়—চৎলী ; যাহাঁ—মফমদা ; বৈষ্ণবগণ—বৈষ্ণবশিংনা ( লৈরম্বা )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীদামোদর স্বরূপকা শ্রীগোবিন্দগা মী অনীনা গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংনা লৈরম্বা মফমদা শ্রীজগন্নাথগী প্রসাদী মালা অমসুং প্রসাদগা পুত্না চৎলী।

মূল ৭৩

প্রথমেই মহাপ্রভু পাঠাইলা দোঁহারে।
রাজা কহে—এই কোন্ চিনাহ আমারে ॥ ৭৩ ॥

শব্দার্থ

প্রথমেই—অহান্বদা ; মহাপ্রভু পাঠাইলা—মহাপ্রভুনা থাবক্লম্মী ; দোঁহারে—মখোয় অনীবু ; রাজা কহে—নিংথৌনা হায়রম্মী ; এই—মসী ; কোন্—কনানো ; চিনাহ—শক খঙহল্লু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ভট্টনা হায়রম্মী)—অহান্বমক্তদা মহাপ্রভুনা মখোয়মীসিবু থারক্পনী। নিংথৌনা হায়রম্মী—অসিনা কনানো হৈঙোন্দা শকতাকউ।

## মূল ৭৪

ভট্টাচার্য্য কহে—এই স্বরূপদামোদর।
মহাপ্রভুর ইহঁ হয় দ্বিতীয় কলেবর ॥ ৭৪ ॥

### শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; কহে—হায় ; এই—মসিদি ; স্বরূপদামোদর—শ্রীদামোদর স্বরূপ-নী ; মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী ; ইহঁ—মহাক্নী ; হয়—ওই ; দ্বিতীয়—অনীশুবা ; কলেবর—দেহ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভট্টাচার্য্যনা হায়— মসী স্বরূপ দামোদরনী। মহাক্নী মহাপ্রভুগী অনীশুবা হকচাঙনী ( হায়বদি অন্তরঙ্গ ওইবা ভক্তনী )।

## মূল ৭৫

দ্বিতীয় গোবিন্দ ভৃত্য, ইঁহা-দোঁহা দিয়া।
মালা পাঠাঞাছেন প্রভু গৌরব করিয়া ॥ ৭৫ ॥

### শব্দার্থ

দ্বিতীয়—অনীশুবা ; গোবিন্দ ভৃত্য—গোবিন্দ কৌবা মনাইনী ; ইঁহা-দোঁহা মখোয় অনীসী ; দিয়া—থোঙ ওইদুনা, শীজন্নদুনা ; মালা—প্রসাদীমালা ; পাঠাঞাছেন—থারক্লিবনী ; প্রভু—প্রভুনা ; গৌরব—সম্মান-মর্য্যাদা ; করিয়া—তৌদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনীশুবসিনা গোবিন্দ কৌবা প্রভুগী (অঙ্গসেবক) মনাইনী। মখোয় অনীসী ( দামোদর অমসুং গোবিন্দ ) শীজন্নদুনা প্রভুনা সম্মানমর্য্যাদাগী মশক ওইনা মালা থারক্পনী।

## মূল ৭৬

আদৌ মালা অদ্বৈতেরে স্বরূপ পরাইল।
পাছে গোবিন্দ দ্বিতীয় মালা তাঁরে দিল ॥ ৭৬ ॥

## শব্দার্থ

আদৌ—ইহান্‌-হান্‌বদা ; মালা—মালা ; অদ্বৈতেরে—অদ্বৈতদা ; স্বরূপ—দামোদর স্বরূপ ; পরাইল—শিজনবিরে ; পাছে—তুংদা ; গোবিন্দ—গোবিন্দনা ; দ্বিতীয় মালা—অনীশুবা মালা ; তাঁরে—মঙোন্দা (অদ্বৈতদা) ; দিল—হুক্লম্মী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহান্‌বদা দামোদর স্বরূপনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যদা প্রসাদী মালা থোন্‌জল্লী, অতুগী তুংদা গোবিন্দনা অনীশুবা মালা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যদা থোন্‌জল্লী ।

## মূল ৭৭

তবে গোবিন্দ দণ্ডবৎ কৈল আচার্য্যেরে ।
তারে না চিনেন আচার্য্য পুছিলা দামোদরে ॥ ৭৭ ॥

## শব্দার্থ

তবে—অতুদগী ; গোবিন্দ দণ্ডবৎ কৈল—গোবিন্দনা দণ্ডবৎ তৌরম্মী ; আচার্য্যেরে—আচার্য্যদা ; তারে—মহাকপু ; না চিনেন—শকখঙদে ; আচার্য্য—আচার্য্যনা ; পুছিলা—হংলম্মী ; দামোদরে—দামোদরদা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লৈ হুক্লগা গোবিন্দনা অদ্বৈতাচার্য্যদা দণ্ডবৎ প্রণাম তৌদুনা থুকস্নম্মী । আচার্য্যনা মাবু শকখঙদবনা দামোদরদা হংলম্মী ।

## মূল ৭৮-৭৯

দামোদর কহেন—ইঁহার গোবিন্দ নাম ।
ঈশ্বরপুরীর সেবক অতি গুণবান্‌ ॥ ৭৮ ॥
প্রভুর সেবা করিতে ইঁহারে পুরী আজ্ঞা দিল ।
অতএব প্রভু ইঁহাকে নিকটে রাখিল ॥ ৭৯ ॥

## শব্দার্থ

দামোদর কহেন—দামোদরনা হায়ৈ ; ইঁহার—মহাক্কিগী ; গোবিন্দ

নাম—মিং গোবিন্দনী ; ঈশ্বরপুরীর সেবক—ঈশ্বরপুরীগী মনাইনী ; অতি —য়াম্না ; গুণবান্—গুণ-চেন্‌বনী ; প্রভুর—প্রভুগী ; সেবা করিতে—সেবা তৌনবা ; ইঁহারে—মহাক্সিবু ; পুরী—ঈশ্বরপুরীনা ; আজ্ঞা—য়াথং ; দিল —পীখি ; অতএব —মবমতুনা ; প্রভু—প্রভুনা ; ইঁহাকে—মহাক্সিবু ; নিকটে—নাক্তা ; রাখিল—থম্লে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দামোদরনা হায়রম্মী—মহাক্সিগী মিংদি গোবিন্দনী । ঈশ্বরপুরীগী সেবক-নী, গুণ য়াম্না চেন্‌বনী । প্রভুগী সেবা তৌননবা মঙোন্দা পুরীনা য়াথং পীখি । মরমতুনা প্রভুনা মহাক্সিবু নাক্তা থম্বিখি ।

## মূল ৮০

রাজা কহে—যাঁরে মালা দিলা তুই জন ।

আশ্চর্য্য-তেজ এই বড় মহান্ত কোন্ ? ॥ ৮০ ॥

শব্দার্থ

রাজা কহে—নিংথৌনা হায় ; যাঁরে—মঙোন্দা ; মালা দিলা—মালা পীরম্মী ; তুইজন—মী অনীনা ; আশ্চর্য্য-তেজ—অঙকপা-তেজ-লৈবা ; এই অসী ; বড়—অচৌবা ; মহান্ত—মহান্ত ; কোন্—কনানো ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিংথৌ প্রতাপরুদ্রনা হংলম্মী—মথোয় অনীনা মালা কৎলিবা অঙকপা-তেজ লৈবা মহান্ত অচৌবসী কনানো ?

## মূল ৮১

আচার্য্য কহে—ইঁহার নাম অদ্বৈত-আচার্য্য ।

মহাপ্রভুর মান্যপাত্র সর্ব্বশিরোধার্য্য ॥ ৮১ ॥

শব্দার্থ

আচার্য্য—গোপীনাথ আচার্য্যনা ; কহে—হায় ; ইঁহার—মহাক্সিগী ; নাম—মিংদি ; অদ্বৈত-আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনী ; মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী ; মান্যপাত্র—মান-তৌকপী ; সর্ব্বশিরোধার্য্য—মী পুম্নমক্কী লাৎনফম্নী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীনাথাচার্য্যনা নিংথৌদা খুম্নম্মী—মহাক্নিগী মিংদি শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনী ; মহাপ্রভুগী মান-তৌকম্মী অতুগা মী পুম্নমক্কী লাৎনফম্মী।

## মূল ৮২

শ্রীবাস পণ্ডিত ইঁহো পণ্ডিত বক্রেশ্বর।
বিদ্যানিধি আচার্য্য ইঁহো পণ্ডিত গদাধর ॥ ৮২ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীবাস পণ্ডিত—শ্রীবাসপণ্ডিতনী ; ইঁহো—মহাক্নিনা, পণ্ডিত বক্রেশ্বর—শ্রীবক্রেশ্বর পণ্ডিতনী ; বিদ্যানিধি আচার্য্য—শ্রীবিদ্যানিধি আচার্য্য ; ইঁহো—মসিনা ; পণ্ডিত গদাধর—শ্রীগদাধর পণ্ডিতনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্নিনা শ্রীবাসপণ্ডিতনী, অসিনা শ্রীবক্রেশ্বর পণ্ডিতনী ; মহাক্না শ্রীবিদ্যানিধি আচার্য্যনী, মহাক্নিনা শ্রীগদাধর পণ্ডিতনী।

## মূল ৮৩

আচার্য্যরত্ন ইঁহো আচার্য্য পুরন্দর।
গঙ্গাদাস পণ্ডিত ইঁহো পণ্ডিত শঙ্কর ॥ ৮৩ ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্নিনা শ্রীআচার্য্যরত্ননী, অসিনা শ্রীপুরন্দর আচার্য্যনী ; অসিমনা শ্রীগঙ্গাদাস পণ্ডিতনী ; অসিনা শ্রীশঙ্কর পণ্ডিতনী।

## মূল ৮৪

এই মুরারিগুপ্ত এই পণ্ডিত নারায়ণ।
হরিদাস ঠাকুর এই ভুবন-পাবন ॥ ৮৪ ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিনা শ্রীমুরারিগুপ্তনী ; অসিনা শ্রীনারায়ণ পণ্ডিতনী। মসিমনা জগৎ-লান্থবিবা শ্রীহরিদাস ঠাকুরনী।

### মূল ৮৫

এই হরিভট্ট এই শ্রীনৃসিংহানন্দ।
এই বাসুদেব দত্ত এই শিবানন্দ ॥ ৮৫ ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসী হরিভট্টনী ; মসিনা শ্রীনৃসিংহানন্দনী ; মসিমনা শ্রীবাসুদেব দত্তনী ; মসিনা শ্রীশিবানন্দ সেন হায়রবনী।

### মূল ৮৬

গোবিন্দ মাধব আর বাসুদেব ঘোষ।
তিন ভাই কীর্ত্তনে করে প্রভুর সন্তোষ ॥ ৮৬ ॥

### শব্দার্থ

গোবিন্দ—শ্রীগোবিন্দ ঘোষ ; মাধব—শ্রীমাধব ঘোষ ; আর—অতুগা ; বাসুদেব ঘোষ---শ্রীবাসুদেব ঘোষ ; তিন ভাই—মচিন্নাও অহুম ; কীর্ত্তনে —কীর্ত্তন শক্না ; করে—তৌয়ি ; প্রভুর—প্রভুগী ; সন্তোষ—পেল্হন্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোবিন্দ ঘোষ, শ্রীমাধব ঘোষ অমসুং শ্রীবাসুদেব ঘোষ—মচিন্মনাও অহুমসিনা কীর্ত্তন শক্না প্রভুব্ পেল্হল্লী।

### মূল ৮৭

রাঘব-পণ্ডিত এই আচার্য্যনন্দন।
শ্রীমান্ পণ্ডিত এই শ্রীকান্ত নারায়ণ ॥ ৮৭ ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসিনা আচার্যগী মচানুপা রাঘব পণ্ডিতনী। মসিনা শ্রীমান্ পণ্ডিতনী। মসিনা শ্রীকান্তনারায়ন্নী।

### মূল ৮৮

শুক্লাম্বর এই, এই শ্রীধর বিজয়।
বল্লভসেন এই পুরুষোত্তম সঞ্জয় ॥ ৮৮ ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসিনা শুক্লাম্বরনী, মসিনা শ্রীধর বিজয়নী ; মসিনা বল্লভসেন-নী ; অদুগা মসিনা পুরুষোত্তম সঞ্জয়নী।

মূল ৮৯

কুলীন-গ্রামবাসী এই সত্যরাজখান।

রামানন্দ-আদি এই দেখ বিদ্যমান॥ ৮৯ ॥

শব্দার্থ

কুলীন-গ্রাম বাসী—কুলীনগ্রামদা লৈবা ; এই সত্যরাজখান—মসি সত্যরাজখান-নী ; রামানন্দ-আদি—রামানন্দনচিংবা ; এই— মসী ; দেখ —য়েংঙু ; বিদ্যমান—য়াওরিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসিনা কুলীনগ্রামবাসী সত্যরাজখান হায়বহুনী। রামানন্দনচিংবা য়াওরিবসে য়েংঙু।

মূল ৯০

মুকুন্দদাস নরহরি শ্রীরঘুনন্দন।

খণ্ডবাসী চিরঞ্জীব আর সুলোচন॥ ৯০ ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসিনা মুকুন্দদাসনী, অসিনা নরহরি-নী, অসিনা শ্রীরঘুনন্দন-নী, অসিনা খণ্ডবাসী চিরঞ্জীবনী অদুগা সুলোচন হায়বনী।

মূল ৯১

কতেক কহিব এই দেখ যতজন।

শ্রীচৈতন্যগণ সব চৈতন্য-জীবন॥ ৯১ ॥

শব্দার্থ

কতেক—কয়াবু ; কহিব—হায়সিগে ; এই দেখ—য়েংঙু মেসে ; যতজন —লাক্লিবা মীয়াম ; শ্রীচৈতন্যগণ—শ্রীচৈতন্যগী পার্ষদ ; সব পুম্বা ; চৈতন্য-জীবন—চৈতন্যনা থবাইনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কয়াবু হায়রিগে ? য়েংহ্নেসে মীয়াম কয়াসে ! শ্রীমন্‌মহাপ্রভুগী পার্ষদভক্তশিংবু ; মখোয় লোয়নমক্তা থরাইদি শ্রীচৈতন্যনা ওইরবনী ।

মূল ৯২

রাজা কহে—দেখি আমার হৈল চমৎকার ।
বৈষ্ণবের ঐছে তেজ নাহি দেখি আর ॥ ৯২ ॥

শব্দার্থ

রাজা কহে—রাজানা হায়রম্মী ; দেখি—উবদা ; আমার—ঐগী ; হৈল—ওইরে ; চমৎকার—ঙকপা ; বৈষ্ণবের—বৈষ্ণবকী ; ঐছে—অসি-গুম্বা ; তেজ—মঙান্দি ; নাহি দেখি—উদ্রি ; আর—অতৈ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাজানা হায়রম্মী—উবদা ঐহাক ইহক ঙকখরে । বৈষ্ণবকী অসিগুম্বা তেজদি অমুক্তম্ উদ্রি ।

মূল ৯৩

কোটি সূর্যসম সভার উজ্জ্বল বরণ ।
কভু নাহি শুনি এই মধুর কীর্ত্তন ॥ ৯৩ ॥

শব্দার্থ

কোটি—কোটি ; সূর্য—নুমীৎ ; সম—মান্নে ; সভার—লোইনমক্কী ; উজ্জ্বল—লংবা ; বরণ—কুচু ; কভু—কদোম্ভৈদসু ; নাহি শুনি—ইনা-কোঙনা তাদ্রি ; এই—অসি ; মধুর কীর্ত্তন—অথুম্বা কীর্ত্তন ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( রাজানা মথা তারম্মী )—বৈষ্ণব পুম্নমকসিগী অরঙবা কুচুদি নুমীৎ কোটিগা মান্নে । অথুম্বা কীর্ত্তন অসিদি কদোম্ভৈদসু ইনাকোঙনা তাখিদ্রি ।

মূল ৯৪

ঐছে প্রেম ঐছে নৃত্য ঐছে হরিধ্বনি ।
কাঁহা নাহি দেখি ঐছে কাঁহা নাহি শুনি ॥ ৯৪ ॥

### শব্দার্থ

ঐছে—অসিগুম্বা ; প্রেম—কৃষ্ণপ্রেম ; ঐছে নৃত্য—অসিগুম্বা জগোই ; ঐছে হরিধ্বনি—অসিগুম্বা হরিশোনবগী মখোন ; কাঁহা—মফম কৈদসু ; নাহি দেখি—উদে ; ঐছে—অসিগুম্বা ; কাঁহা—কদায়দসু ; নাহি শুনি—ইনাকোঙনা তাখিদ্রি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(রাজানা হায়রম্মী)—অসিগুম্বা কৃষ্ণপ্রেম, অসিগুম্বা জগোই, অসিগুম্বা হরিধ্বনিদি কদায়দসু উখিদ্রি ; অসিগুম্বদি মফম কৈদসু ইনাকোঙনা তাখিদ্রি ।

### মূল ৯৫

ভট্টাচার্য্য কহে—তোমার সুসত্য বচন ।

চৈতন্যের সৃষ্টি এই প্রেমসঙ্কীর্ত্তন ॥ ৯৫ ॥

### শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; কহে—হায় : তোমার—নঙগী ; সুসত্য—ফজনা চুম্বা ; বচন—রা-নী ; চৈতন্যের সৃষ্টি—শ্রীচৈতন্যদেবনা হৌদোকপনী ; এই—মসী ; প্রেম সঙ্কীর্ত্তন—নুংশিবদগী শোন্‌বা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা খুম্মী—নঙনা হায়রিবদো ফজনা চুম্বনী । প্রেম-সঙ্কীর্ত্তন হায়বসী শ্রীচৈতন্যদেবনা হৌদোকপনী ।

### মূল ৯৬

অবতরি চৈতন্য কৈল ধর্ম্ম-প্রচারণ ।

কলিকালের ধর্ম্ম—কৃষ্ণনামসঙ্কীর্ত্তন ॥ ৯৬ ॥

### শব্দার্থ

অবতরি—অবতার তৌরগা : চৈতন্য—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা ; কৈল—তৌরিবনী ; ধর্ম্ম-প্রচারণ—ধর্ম্ম শন্দোকপা ; কলিকালের—কলিযুগগী ; ধর্ম্ম—ধর্ম ; কৃষ্ণনামসঙ্কীর্ত্তন—শ্রীকৃষ্ণগী মিংলেন শোন্‌বা ।

মৈতৈলোনগী হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য প্রভুনা অবতার তৌরগা-ধর্ম্ম শন্দোকপনী। কলিযুগগী ধর্ম্মদি কৃষ্ণগী মিংশেন শোনবনী।

## মূল ৯৭

সঙ্কীর্তন-যজ্ঞে তাঁরে করে আরাধন।
সেই ত সুমেধা, আর কলিহত জন ॥ ৯৭ ॥

### শব্দার্থ

সঙ্কীর্তন যজ্ঞে— নাম শোনবা কৌবা যজ্ঞনা ; তাঁরে— মহাকপু ; করে — তৌয়ি ; আরাধন— লাংপা ; সেই ত— মামক্তা ; সুমেধা— বুদ্ধি-লৈবনী ; আর— অতৈনা ; কলিহত জন— কলিনা হাংথুরবা মী।

মৈতৈলোনগী হন্দোকপা

সঙ্কীর্তন যজ্ঞনা মহাকপু ( শ্রীচৈতন্য প্রভুবু ) ইড়াংনৈ। মখোয়হক্তনী বুদ্ধি ফবা হায়বদো। অতৈদি কলিনা থুহুম-চল্লবা মী হায়বহক্তনী।

## মূল ৯৮

কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্রপার্ষদম্।
যজ্ঞৈঃ সঙ্কীর্তন-প্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ ॥ ৯৮ ॥

শকথনচিনবি আদি ৩/৫০ পয়ারগীদা য়েংবিয়ু।

## মূল ৯৯

রাজা কহে— শাস্ত্র প্রমাণে চৈতন্য হয় 'কৃষ্ণ'।
তবে কেনে পণ্ডিত সব তাহাতে বিতৃষ্ণ ॥ ৯৯ ॥

### শব্দার্থ

রাজা কহে— রাজানা হায়রম্মী ; শাস্ত্রপ্রমাণে— শাস্ত্র প্রমাণনা ; চৈতন্য হয়— শ্রী চৈতন্যনা এহৈ ; কৃষ্ণ— কৃষ্ণ ; তবে— অদুগদি ; কেনে— করিগীনো ; পণ্ডিত সব— পণ্ডিত পুম্বনা ; তাহাতে— মহোন্দা ; বিতৃষ্ণ— পাম্দবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা থীরম্বা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী "কৃষ্ণবর্ণংত্বিষাকৃষ্ণং"নচিংবা শ্লোক অদু তারগা রাজানা হায়রম্মী—(অদোম্না পল্লিবা শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌গী শ্লোক মতুং ইন্না) হায়বদি শাস্ত্রগী প্রমান্না শ্রীচৈতন্যদি শ্রীকৃষ্ণমক্নী। অদুগা করিগীনো ( শাস্ত্র-খণ্ডবা ) পণ্ডিত পুম্নমক্না শ্রীচৈতন্যদি শ্রীকৃষ্ণমক্নী খণ্ডনা খণ্ডনা শ্রীচৈতন্যবু ভজন তৌদ্রিবা ?

## মূল ১০০

ভট্ট কহে—তাঁর কৃপা-লেশ হয় যারে।
সেই সে তাঁহারে 'কৃষ্ণ' করি লৈতে পারে॥ ১০০ ॥

## শব্দার্থ

ভট্ট কহে —সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা হায় : তার—মহাক্কী (চৈতন্যগী) : কৃপা-লেশ—থৌজাল খুজিন্মুক্কং ; হয়—ওই ; যারে—কনাগুম্বা মঙোন অমদা ; সেই সে—মহাক্তুদনা ; তাঁহারে- মহাকপু ( চৈতন্যবু ) ; কৃষ্ণ করি—কৃষ্ণনী হায়না ; লৈতে লৌবা ; পারে - ঙম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা (রাজাদা) খুম্নম্মী— শ্রীচৈতন্যপ্রভুনা খুজিন্মুক্কং চান্‌বিবা মীতুতনা শ্রীচৈতন্যবু শ্রীকৃষ্ণনী হায়না লৌবা ঙম্মী।

## মূল ১০১

তাঁর কৃপা নাহি যাঁরে পণ্ডিত নহে কেনে।
দেখিলে শুনিলে তাঁরে ঈশ্বর না মানে॥ ১০১ ॥

## শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী (শ্রীচৈতন্যগী) ; কৃপা নাহি—কৃপা লৈতে ; যাঁরে কনাগুম্বা মঙোন্‌ অমদা ; পণ্ডিত নহে কেনে—পণ্ডিত ওইরে ওইদ্রে ; দেখিলে —উরগা ; শুনিলে—নাকোঙনা তারগা ; তাঁরে—মহাকপু (শ্রীচৈতন্যবু) ; ঈশ্বর না মানে—ঈশ্বরনী হায়বা য়াদে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যগী কৃপা ফংদবা মীওয়দি পণ্ডিত ওইরবসু অতোপা শাস্ত্রনচিংবদা শ্রীচৈতন্যসী স্বয়ং ভগবান্নী হায়রবগী প্রমাণতু মখিৎমক্না উৎরবসু অমসুং প্রামাণিক কনাগুম্বা অমগী মচীন্দগী মনাকোঙনা তাজরবসু—শ্রীচৈতন্যবু ঈশ্বরনী হায়না লৌজবা ঙমলোই।

### মূল ১০২

তথাপি তে দেব পদাম্বুজদ্বয়—
প্রসাদলেশানুগৃহীত এব হি।
জানাতি তত্ত্বং ভগবন্মহিম্নো
ন চান্য একোঽপি চিরং বিচিন্বন্॥ ১০২॥

শব্দার্থনচিংবদি ২/৬/৮৪ মূলগী য়েংবিয়ু।

### মূল ১০৩

রাজা কহে—সভে জগন্নাথ না দেখিয়া।
চৈতন্যের বাসায় আগে চলিলা ধাইয়া॥ ১০৩॥

### শব্দার্থ

রাজা কহে—রাজানা হায় ; সভে—লোইনমক ; জগন্নাথ—শ্রীজগন্নাথদেববু ; না দেখিয়া—দর্শন তৌদতুনা ; চৈতন্যের—শ্রীচৈতন্যগী ; বাসার—সংগায়গী ; আগে মমাঙদা ; চলিলা চৎখ্রে ; ধাইয়া চেন্না চেন্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাজানা হায়রম্মী- মথোয় লোইনমক শ্রীজগন্নাথবু দর্শন তৌদবমখৈ শ্রীচৈতন্য প্রভুগী সংগায় তান্না চেন্না চেন্না চৎথরে।

### মূল ১০৪

ভট্ট কহে—এই স্বাভাবিক প্রেমরীত।
মহাপ্রভু মিলিতে সভার উৎকণ্ঠিত চিত॥ ১০৪॥

শব্দার্থ

ভট্ট কহে—ভট্টাচার্য্যনা খুম্মী ; এই—মসী ; স্বাভাবিক—হৌনশা ওইবা ; প্রেমরীত—নুংশি-লীচংনী ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুবু ; মিলিতে—উনীণবনা ; সভার—মখোয় পুম্বগী ; উৎকণ্ঠিত—খোরাং-চাওবা ; চিত—থম্মোইনী।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা খুম্নম্মী—মসিনী-দো হৌনশা-ওইবা নুংশি-লীচংতি। মহাপ্রভুবু উনীণবনা মখোয়গী থম্মোইনা খোরাংই।

মূল ১০৫

আগে তাঁরে মিলি সভে তাঁরে আগে লঞা।

তাঁর সঙ্গে জগন্নাথ দেখিবে আসিয়া ॥ ১০৫ ॥

শব্দার্থ

আগে—অহান্‌বদা ; তাঁরে—মহাক্কা ; মিলি—উনরগা ; সভে—লোইনমক্ক ; তাঁরে—মহাকপু ; আগে—মাংদা ; লঞা—থাদুনা ; তাঁর সঙ্গে—মহাক্কা লোয়ননা ; জগন্নাথ দেখিবে—শ্রীজগন্নাথপু দর্শন তৌগনী ; আসিয়া—লাক্কুনা।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

অহান্‌বদা মহাপ্রভুগা উনরগা মহাপ্রভুবু মাংদা পাইদুনা মহাপ্রভুগা লোয়ননা মখোয় লোইনমক লাক্কুনা শ্রীজগন্নাথবু দর্শন তৌরগনি।

মূল ১০৬-১০৭

রাজা কহে ভবানন্দের পুত্র বাণীনাথ।

মহাপ্রসাদ লঞা সঙ্গে জন পাঁচ সাত ॥ ১০৬ ॥

মহাপ্রভুর আলয়ে করিল গমন।

এত মহাপ্রসাদ বা চাহে কি কারণ ? ॥ ১০৭ ॥

শব্দার্থ

রাজা কহে—রাজানা হায়; ভবানন্দের পুত্র বাণীনাথ—ভবানন্দ রায়গী মচানুপা বাণীনাথনা; মহাপ্রসাদ লঞা—মহাপ্রসাদ পুদুনা; সঙ্গে—লোয়ননা; জন—মী; পাঁচ সাত—মঙা তরেৎ; মহাপ্রভুর আলয়ে—মহাপ্রভুগী সংগায়দা; করিল—তৌখ্রে; গমন—চৎপা; এত—অসুক য়াম্বা; মহাপ্রসাদ বা—মহাপ্রসাদদু; চাহে—পীয়ু হায়রি; কি কারণ—করি মরমগীনো?

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাজানা হায়রম্মী ভবানন্দ রায়গী মচানুপা বাণীনাথনা মী মঙা তরুক লোয়নদুনা মহাপ্রসাদ পুরগা মহাপ্রভুগী সংগায় তাম্না চৎখ্রে। মহাপ্রসাদ অসুক য়াম্না তাক্লিবা করিগীনো?

মূল ১০৮

ভট্ট কহে—ভক্তগণ আইলা জানিঞা।
প্রভুর ইঙ্গিতে প্রসাদ যায় তাহাঁ লঞা॥ ১০৮॥

শব্দার্থ

ভট্ট কহে—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা হায়রম্মী; ভক্তগণ—ভক্তশিং; আইলা—লাক্লে; জানিঞা—খঙদুনা; প্রভুর—প্রভুগী; ইঙ্গিতে—ইঙ্গিতনা; প্রসাদ যায়—প্রসাদ চৎলিবনী; তাহা—মফমদুদা; লঞা পুদুনা

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টনা নিংথৌদা খুম্মী—প্রভুগী ভক্তশিং লাক্লে হায়বা খঙদুনা প্রভুগী ইঙ্গিতগী প্রসাদ পুদুনা প্রভুগী মফমদা চৎলিবনী।

তাৎপর্য্য

প্রভুর ইঙ্গিতে—প্রভুনা ফোংনা করিমত্তা হায়রমদে; মহাকী অনীশুবক্ত বাণীনাথনা খঙদুনা প্রসাদ পুরকপনী।

মূল ১০৯

রাজা কহে—উপবাস ক্ষৌর তীর্থের বিধান।
তাহা না করিয়া কেনে খান অন্ন-পান?॥ ১০৯॥

## শব্দার্থ

রাজা কহে—নিংথৌনা হায়রম্মী ; উপবাস—চরা হেন্‌বা ; ক্ষৌর—লুকোকপা ; তীর্থের বিধান—তীর্থগী নিয়ম্মী ; তাহা—মহু ; না করিয়া—তৌদহুনা ; কেনে—করিগীনো ; খান—চায় ; অন্ন—অচাপোৎ ; পান—অথক্‌পোৎ ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাজানা হায়রম্মী—তীর্থ লাকপগা তৌগদবা নিয়মদি চরা হেন্‌বা অমসুং শম্-লু-কোক্‌পনী । মহুদি তৌদহুনা করিগীদমক চাবা থক্‌পা তৌগদৌরি ?

## নৈনরোল

উপবাস ক্ষৌর—"তীর্থোপবাসঃ কর্ত্তব্যঃ শিরসোমুণ্ডনং তথা শব্দ-কল্পদ্রুম-ধৃত-কাশীখণ্ডবচন ।" ক্ষুর শব্দদগী ক্ষৌর-শব্দ থোরক্‌পনী ; অথবা ক্ষুরগা মরী লৈনবা থবক হায়বনী, মহুদি কোক্-লু-কোক্‌পনচিংবা ।

## মূল ১১০

ভট্ট কহে—তুমি কহ সেই বিধিধর্ম্ম ।

এই রাগমার্গে আছে সূক্ষ্ম ধর্ম্মমর্ম্ম ॥ ১১০ ॥

## শব্দার্থ

ভট্ট কহে—ভট্টনা হায় ; তুমি—নঙনা ( রাজানা ) ; কহ—হায়রি ; সেই—মহু ; বিধিধর্ম্ম—বেদদা শাস্ত্রদা য়াওবা বিধি (নিয়ম) অহুগী তৌকম থোকপা ধর্ম্মগী রা ; এই রাগ-মার্গে—রাগমার্গসিদদি ; আছে—লৈ ; সূক্ষ্ম—অকুপ্পা ; ধর্ম্মমর্ম্ম—ধর্ম্মগী মমুঙগী ওইবা রা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভট্টনা খুম্লম্মী—রাজানা হায়রিবদো বেদশাস্ত্রনা হায়বা বিধিধর্ম্মগী রানী । রাগমার্গসিদদি অকুপ্পা মওংগী ধর্ম্মগী মর্ম্ম (মনুঙ-হনজনবা রা) লৈ ।

## নৈনরোল

বিধিধর্ম্ম—কয়ম তৌরগা পুণ্য ওইগনী কয়ম তৌরগা পাপ ওইগনী

হায়বগী মরমদা বেদদা স্মৃতিদা য়াওবা বিধি ( তৌগদবা থবক ) পূন্নমক্কী মরী লৈনবা ধর্ম্ম। বিধিধর্ম্মগী লক্ষ্যাদি ইছাগী, ইহকালগী (হন্দকী মপোকী) অমুগা পরকালগী (হয়েংমুক্কী মপোকী) নুংঙাইনবা নত্রগা অরাবা কংদনবগী মায়কৈদনী। তীর্থদা উপবাস অমুগা লু-কোকপনচিংবা তৌবদি বিধিধর্ম্মগী তৌফম থোকপনী ; বিধিধর্ম্ম ভাকুনা চংনগদি পুণ্য ওইগনী, চংত্রগনা পাপ ওইগনী হায়নগী রানী।

রাগমার্গ—ভগবানদ য়াম্না যৌনা নুংশিবনু রাগ কৌয়ি ; অসিগুম্বা রাগ-গী ওইবা ধর্ম্মগী লম্বীনু রাগমার্গ কৌয়ি ; রাগমার্গগী লক্ষ্যাদি (পান্দমদি) ভগবৎ-প্রীতিগী ( ভগবানদ নুংশিবা হায়বমুগী ) মায়কৈদনী ; ইছাগী অরা নুংঙাইবগী নত্রগা পাপ পুণ্যগী রা অমুনা পান্দম ওইবা য়াদে ; ভগবৎ প্রীতিগী ওইবা থবক্তমক ভক্তনা তৌগদবনী ; থবক অমু তৌবদা ভক্ত মছাগী পাপ ওইরবসু, অপরাধ ( অরান-অহুই ) ওইরবসু, নরক তাবা তাববসু ভক্তনা ভগবানগী প্রীতি পোক্নবা থবক অমু তৌথবদা হল্লোইদৌবনী, মছাগী পাপ পুণ্যগী নত্রগা অরা-নুংঙাইগী চিন্তা পোক্তে। মসিনী রাগমার্গগী মর্ম্ম ( অথুপ্পা লোন )।

মূল ১১১

ঈশ্বরের পরোক্ষ আজ্ঞা—ক্ষৌর-উপোষণ।

প্রভুর সাক্ষাৎ আজ্ঞা—প্রসাদ ভক্ষণ ॥ ১১১ ॥

শব্দার্থ

ঈশ্বরের—ঈশ্বরগী ; পরোক্ষ—হকথেংনদবা ; আজ্ঞা—য়াথং ; ক্ষৌর—লু-কোকপা ; উপোষণ চরা চেন্‌বা ( উপবাস ) : প্রভুর—চৈতন্য-প্রভুগী ; সাক্ষাৎ—হকথেংনবা ( পরোক্ষনত্তবা ) ; আজ্ঞা—য়াথং ; প্রসাদ ভক্ষণ—প্রসাদ চাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লু-কোকপা অমসুং চরা চেন্‌বা হায়বসিদি ঈশ্বরগী হকথেংনদবা য়াথংনী। প্রভুগী সাক্ষাৎ ( হকথেংননা পীবা ) য়াথংনা প্রসাদ চাগদবনী হায়বনী।

## নৈনরোল

তীর্থদা চক্লা হেন্‌বা অমসুং লু কোকপা হায়বগী বিধি-দি বেদকী নত্রগা স্মৃতিগী য়াথংনী। বেদগী মত্রগা স্মৃতিগী মশক-ওইমা ঈশ্বরনা য়াথংসী তাউথবনী, ঈশ্বর মছামক্না মটীমক্না য়াথংসী তাউথবা মস্তে। মহূরগদি—ক্ষৌর-উপবাস তৌবসী অনাত্ম ( আত্মাগী নত্তবা ) ধর্ম্মনী।

অহুগা মহাপ্রসাদ চাবগী ৱাদি স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা মছামক্কী শ্রীমুখনা তাউথবা য়াথংনী। হকৃথেংনদবা ( পরোক্ষ ) য়াথংদগী সাক্ষাৎ (হকৃথেংনবা) য়াথংনা কন্‌বা হেল্লী ; থোইদোক হেন্দোক্না প্রভুগী য়াথংদগী মহাপ্রসাদ লৌরগদি প্রভুনা য়াম্না পেনগনী ; মরমহুনা রাগমার্গগী ভক্ত-শিংনা য়াথং অসে লেপ্পমক ভাক্কদবনী।

### মূল ১১২

তাহাঁ উপবাস—যাহাঁ নাহি মহাপ্রসাদ।

প্রভু আজ্ঞা প্রসাদত্যাগ হয় অপরাধ ॥ ১১২ ॥

### শব্দার্থ

তাহাঁ—মফমহুদা ; উপবাস—চরা হেন্‌বা ; যাহাঁ—মফম অহুদা ; নাহি—লৈতে ; মহাপ্রসাদ—মহাপ্রসাদ ; প্রভু-আজ্ঞা—প্রভুগী য়াথং ; প্রসাদ-ত্যাগ—প্রসাদবু থাদোকপদি ; হয়—ওই ; অপরাধ—অয়োন্-অরাল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রসাদ ফংদবা মফমদা ( তীর্থ অহুদা ) চরা হেন্‌বা তাই। প্রভুগী য়াথংদি—প্রসাদ লৌদবা হায়বসী অপরাধনী।

## নৈনরোল

তাহাঁ উপবাস—তাহাঁগী অর্থ 'মফম অহুদা' হায়বনী ; মফমসিদা প্রকরণ মতুং-ইন্না তাহাঁগী অর্থদি 'তীর্থ অহুদা' হায়বনী। যাহাঁ—তীর্থহুদা। তীর্থস্থলদা য়োরগা উপবাস তৌবগী বিধি অসী তীর্থ পূম্নমক্কী বা নত্তে ; মহাপ্রসাদ-ফংদবা তীর্থদা লাকপা মতাংদা উপবাস তৌগদবনী হায়বগী বানী ; মহাপ্রসাদ-ফংবা তীর্থদদি উপবাস তৌগদৌবা নত্তে।

মরমদি তীর্থদা লাক্লগা উপবাস তৌদুনা পুণ্য ওইগদবা শরুক্তগী মহা-প্রসাদ ফংলগা হেন্না মঙ্গল ওইবা য়াই। উপবাস তৌরগা ওইবা পুণ্যনা ইহকাল পরকাল অনীগী সুংঙাইরনচিংবা ওইবা য়াই; অদুগা মহাপ্রসাদ ফংলগদি বিষয়গী আসক্তি কোকনী, ভক্তি ফংবা য়াই। শ্রীকৃষ্ণগী চীনুবান্-অমৃতগী মশক ওইবা মহাপ্রসাদগী মরমদা শ্রীমদ্ভাগবতম্-না হায়—মহা-প্রসাদদি "ইতররাগবিস্মারণং নৃণাং—অতৈ বিষয় পাম্বদুগী কোকুঙাইনী।"

[ "তাহাঁ উপবাস—যাহাঁ নাহি মহাপ্রসাদ"—মসী সাধারণ বিধি নত্তে : "তীর্থোপবাসঃ কর্ত্তব্যঃ"-নচিংবা বাক্যদা তীর্থদা থুংবা মুমীত্তা উপবাসগী বিধি পীরিবদুগী মরমদা "তাহাঁ উপবাস যাহাঁ নাহি মহাপ্রসাদ" হায়বা রাসি হায়বনী ; প্রকরণ তৌদুনা অতোপ্পা অর্থদি নাতৈ চারোই। শ্রীহরিবাসর-নচিংবা ব্রত-উপলক্ষ্যদা উপবাসগী রা হায়রিবদুগী মতাঙদদি "তাহাঁ উপবাস"-নচিংবা বাক্য শীজন্নবা য়ারোই ; মরমদি, হরিবাসরদা বৈষ্ণবশিংগীদি মহাপ্রসাদ থাদোকপগী বিধি তশেংনা গোস্বামিশাস্ত্রদা উবা ফংডী। হরিবাসরদা চাবা থাদোকপগী মরমদা ভক্তিসন্দর্ভদা শ্রীজীব-গোস্বামীনা ইরি—"অত্র বৈষ্ণবানাং নিরাহারত্বং নাম মহাপ্রসাদপরিত্যাগ এব। তেষামন্য ভোজনস্য নিত্যমেব নিষিদ্ধত্বাৎ। মহাপ্রসাদ-নত্তবা অতোপ্পা পোৎ চাবদি বৈষ্ণবশিংগীদমক্তি থিংবনীনা বৈষ্ণবশিংনা চরা হেনবা হায়বসী মহাপ্রসাদ অন্ন থাদোকপবু খওনৈ। ভক্তিসন্দর্ভঃ ॥ ২৯৯ ॥ ]

প্রভুর-আজ্ঞা-নচিংবা—প্রভুগী য়াথং হিক্তোকপা অদুগা প্রসাদ লৌদবা হায়বসী তৌরগদি—প্রসাদ লৌগদৌবনী হায়বা প্রভুগী য়াথং অদু ইন্দদুনা মহাপ্রসাদ লৌদ্রগদি—অপরাধ ওইগনী, পাপ পুগনী। মদুগী মরমদি অসিনী—মহাপ্রসাদ লৌননবা প্রভুনা তৌবা য়াথং অদু মহাক্কী সাক্ষাৎ য়াথংনী, স্বয়ং মহাপ্রভুমক্কী সাক্ষাৎ য়াথংনী, হায়বদি স্বয়ং শ্রীমহা-প্রভুগী শ্রীমুখগী য়াথংনী ; য়াথংসী হিক্তোকক্লবদি পাপ পুগনী।

মূল ১১৩

বিশেষে শ্রীহস্তে প্রভু করে পরিবেশন।
এত লাভ ছাড়ি কোন্ করে উপোষণ ॥ ১১৩ ॥

### শব্দার্থ

বিশেষে—থোইদোক্না ; শ্রীহস্তে—প্রভুগী খুৎমক্না ; প্রভু করে—প্রভুনা তৌখি ; পরিবেশন—য়েন্‌বা ; এত লাভ—অসূক তোংজববু ; ছাড়ি—থাদোক্‌না ; কোন্—কনানা ; করে—তৌগনী ; উপোষণ—উপবাস।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থোইদোক্না প্রভুনা শ্রীহস্ত শীজন্নদুনা চাক য়েন্‌গনী। অসিগুম্বা অতোংবা থাদোক্‌না কনানা উপবাস তৌগনী ?

### নৈনরোল

প্রভুগী য়াথং হিক্‌তোক্‌না প্রসাদ লৌত্রগদি অপরাধ ওইগনী হায়না কিবনা প্রসাদ লৌনীগুঙম্বা ঙাক নম্ভে ; প্রসাদ অদু লৌনীঙবা অমা মখোয়গী লৈরম্মী। মদুদি অসিনী—প্রভু মছামক্না মহাপ্রসাদ য়েন্‌গনী ( পরিবেশন তৌগনী ) ; প্রভুগী শ্রীহস্তমক্না পরিবেশন তৌবা প্রসাদবু মিহ্নৌদবা কনাসু ওমদে।

এত লাভ—প্রভুমক্কী খুৎনমক পায়দুনা য়েন্‌বা প্রসাদ ফংবদু অতোংবা অমনী। কৃপা তৌবিনীঙবগা লোয়ননা প্রভুনা পরিবেশন তৌবা প্রসাদ অদুগা লোয়ন লোয়ননা প্রভুগী কৃপাসু পুম্নমক্কী মফমদা য়েন্‌গনী ; কৃপা ফংবগী লোভ অসী কনাগুম্বা ভক্তনা থাদোকপা ওমদে। অদুগীসু মথক্তা তৌরিবা মতৌসিনা প্রভুবু পেলহন্নবগী রাসু য়াওরি।

### মূল ১১৪

পূর্ব্বে প্রভু প্রসাদান্ন মোরে আনি দিল।
প্রাতে শয্যায় বসি আমি সেই অন্ন খাইল ॥ ১১৪ ॥

### শব্দার্থ

পূর্ব্বে—মমাঙৈঙদা ; প্রভু—প্রভুনা ; প্রসাদান্ন—মহাপ্রসাদ চাক ; মোরে—ঐঙোন্দা ; আনি—পুরক্‌না ; দিল—পীখি ; প্রাতে—অয়ুক্তা ; শয্যায়—ফমুংদা ; বসি—ফমদুনা ; আমি—ঐনা ; সেই—মদু ; অন্ন—চাক ; খাইল—চাখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মহাপ্রভুনা মথুংমক্তা পীবা প্রসাদবু মিহৌবগী রা ফোঙদোক্নবা হায়দুনা সার্ব্বভৌমনা হায়রম্মী )—মমাঙৈঙদা প্রভুনা প্রসাদ-অন্ন পুরক্তুনা ঐঙোন্দা পীখি। (প্রসাদ পীরবা) অয়ুক্তুদা শয্যাদা ফমহুনা ঐনা অন্নহু চাখি।

## তৈনমচোল

অয়ুক ওস্তা প্রভুনা সার্ব্বভৌমদা শ্রিজগন্নাথদেবগী প্রসাদ-অন্ন পুরক্তুনা পীরবা মতমদা সার্ব্বভৌমদো চীন্-য়া শেংদ্রি, হৌগৎলগা ফমুংদা ফম্বদা ভায়রম্মী ; প্রাতঃ-সন্ধ্যাস্থু তৌরমদ্রি। অহুমকপু প্রভুগী থুংমক্তা পীবা পোৎপু মিহৌবনা সার্ব্বভৌমনা প্রসাদ অন্নহু অতুম চাখি।

### মূল ১১৫

যারে কৃপা করি করে হৃদয়ে প্রেরণ।
কৃষ্ণাশ্রয়ে ছাড়ে সেই বেদলোকধর্ম্ম ॥ ১১৫ ॥

### শব্দার্থ

যারে—মাবু ; কৃপা করি চান্‌বিদুনা ; করে—তৌয়ি ; হৃদয়ে—থম্মোইদা : প্রেরণ—থোজনবা ; কৃষ্ণাশ্রয়ে—কৃষ্ণদা চঙজদুনা ; ছাড়ে—থাদোকয়ি ; সেই—মহাক্তুমক্তা : বেদলোকধর্ম্ম—বেদধর্ম্ম অমস্তুং লোকধর্ম্ম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বা মীবু চান্‌বিদুনা মাগী থম্মোইদা থোজন্‌খিরবদি মীহুমক্তা কৃষ্ণদা চঙজরগা বেদধর্ম্ম অমস্তুং লোকধর্ম্ম অনীমক থাদোকয়ি।

## তৈনমচোল

প্রাতঃকৃত্য (অয়ুক ভস্তা তৌগদবা থবক)-নচিংবা লোদহুনা, য়াহৌরক-পগী চীন য়া শেংদোক্তবমথৈ চাবা থকপদি বেদধর্ম্মনা অদুগা লোকধর্ম্মনা ( খ্বাইনা তৌনবা-চৎনবনা ) য়াদে ; অদুবু শুদ্ধা-ভক্তিগী ওইবা শাস্ত্রনদি হায়—হেক ফংবগা মহাপ্রসাদান্ন চাগদবনী ( প্রাপ্তিমাত্রেণ ভোক্তব্যং ), মসী তৌবগীদমক মতমগী বিচার তৌফদে। ভগবৎ-কৃপানা সার্ব্বভৌমদো শুদ্ধাভক্তিদা থাজরম্মে। শুদ্ধাভক্তিগা চাংদম্নরগা বেদধর্ম্মগা লোকধর্ম্মগা

অনীসী কৈছু-লৈতবনী হায়রবহ্ মাগী চিত্তনা থংলম্মে ; মরমহ্না মহাক্না বেদধর্ম্ম অমসুং লৌকধর্ম্মবু থওইদহ্না শুদ্ধাভক্তিগী ওইশন্‌বা শাস্ত্রগী মতুং ইন্না চীনংবা শেংজিবৈদা প্রসাদায় হুকচল্লবনী।

**বেদলোকধর্ম্ম**—বেদনা তৌ হায়বা কর্ম্ম অমসুং আচারনচিংবা বেদধর্ম্মনী, মীওইবগী সমাজদা চৎনবা আচারনা লোকধর্ম্মনী। বেদধর্ম্ম ঙাক্লগা স্বর্গনচিংবা নুংঙাইবা ফংঙী অমসুং লোকধর্ম্ম ঙাক্লগনা মীওইলক্তা মান ফংঙী ; মহ্নদা জীবনা মাগী স্বরূপকী ওইবা মথৌ শ্রীকৃষ্ণসেবা মচেৎ অমফাওবা য়াওদে হায়হ্না বেদধর্ম্মগা লোকধর্ম্মগসী শুদ্ধাভক্তিগা চাংদম্নবদা কৈছু কান্নদবনী। বেদধর্ম্ম ঙাক্রগা নরকচিংবা ভোগ তৌবা য়াই অদুগা লোকধর্ম্ম ঙাক্রগা লোকসমাজদা নিন্দানচিংবা থোকপা য়াই ; অদুবু শ্রীকৃষ্ণসেবা ফংনবগীদমক্তা ভগবৎ-কৃপাদগী চিত্তদা লোভ পোক্লবা মীশিংনা সেবা ফংনবগী হোৎনবদা— মীনা তৌরকপা নিন্দা অমদি নরক ভোগনচিংববু তুচ্ছ ওইনা থল্লী। শ্রীকৃষ্ণসেবা ফংনবগী আশাদা শুদ্ধাভক্তি তৌবদা লৈপাক হৌঃহ্না নিন্দা তৌরবসু অদুগা মতম শাংনা নরক-তাবগী চৈনা-থোল অরাবা ৎংগনী হায়রবসু ভক্তবুদি মহ্না কিহন্‌বা ঙমদে।

দেহগা দেহগগী ওইবা পোত্তাগা পান্নিবমথৈ দেহগা দেহগগী নুংঙাইবা পাঙথোক ভন্না বেদধর্ম্মবু অদুগা লোকধর্ম্মবু মীওইবনা পাম্মে ; ভগবৎ-কৃপাদগী দেহ-দৈহিক ওইবা পোত্তা পাম্নক্রবদি বেদধর্ম্মনচিংবদা পূক্নীঙ থিংজন্‌বহ্ হুম্বরকয়ি। লক্ষ্যবু ( পান্দম্ ) মিহৌরক্রবা মতমদা কনামতনা উপায়বু শীজন্নবা লৈতে।

পয়ারসিদা হায়বা ৱাগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্লোক অমা লৌথংলি।

## মূল ১১৬

যদা যমনুগৃহ্লাতি ভগবানাত্মভাবিতঃ।

স জহাতি মতিং লোকে বেদে চ পরিনিষ্ঠিতাম্ ॥ ১১৬ ॥

## শব্দার্থ

যদা—মতমম্হ্দা ; যম্—কনাঙুম্বা মহাকপু ; অনুগৃহ্লাতি—চান্‌বি ; ভগবান্—ভগবান্না ; আত্মভাবিতঃ—পূক্নীঙদা থন্‌বা ; সঃ—মহাক্না ;

জহাতি—থাদোকয়ি ; মতিং—বুদ্ধিবু ; লোকে—লোকধর্ম্মদা ; বেদে—বেদধর্ম্মদা ; চ—অমসুং ; পরিনিষ্ঠিতাম্—নিষ্ঠা-লৈরবা।

**মৈতৈলোন্দা লোনকথা**

( শ্রীনারদনা প্রাচীনবর্হি-নিংথৌদা হায়রম্মী )—"মহারাজ ! ( মহৎ-শিংগী চীন্দা ভগবানগী রা শ্রবণ তৌরুবদগী শেংদোক্রবা ) চিত্তদা খল্লগা ভগবান্না কনাগুম্বা অমবু চান্নবিরবা মতমত্তুদা মীত্তুনা লোকধর্ম্মদা অমসুং বেদধর্ম্মদা চেংনা থনম্বা বুদ্ধিবু থাদোকয়ি।

**নৈনরোল**

আত্মভাবিতঃ—অত্মাদা ( পুক্নীঙদা ) ভাবিত ( খল্লবা ) ওইত্তুনা। শব্দ সিগী টীকাদা শ্রীজীবগোস্বামীনা হায়রম্মী—"মহদ্দ্বারা কথাশ্রবণেন শুদ্ধে চিত্তে ভাবিতঃ সন্ মহৎশিংদগী থোরকপা ভগবৎ-কথা শ্রবণ তৌরগা শ্রোতাগী চিত্তত্তু শুদ্ধ (মক্রুবা) ওইরবা, অত্তুগুম্বা মহাক্কী শুদ্ধচিত্তদা খল্লিবা ওইত্তুনা।" তাৎপর্য্যাদি অসিনী মত্তুদি—মহৎশিংগী চীন্দা ভগবৎ-কথানচিংবা শ্রবণ তৌবগী ফল ওইনা চিত্ত-শুদ্ধ ওইরবা মীত্তুনা মাগী শুদ্ধ ( মক্রুবা, শেংলবা ) চিত্তদা ভগবান্নু খল্লবদি ভগবান্না মহাকপু কৃপা তৌয়ি। শ্রীপাদ-বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা হায়রম্মী—"আত্মনি মনসি ভাবিতঃ অর্থাদ্ ভক্তৈরেব—হে ভগবন্নিমং জনং সংসারাৎ উদ্ধরন্নঙ্গীকুর্ব্বিতি স্বভক্তৈর্মনসি নিবেদিতঃ—ভগবানগী কনাগুম্বা ভক্ত অমনা কনাগুম্বা মী অমগীদমক ভগবানগী খুয়াখাদা হঙ্গজরবা—হে ভগবন। কৃপা তৌবিত্তুনা মী অসিবু সংসার-ঈপাক্তগী লৌখৎলগা লৌশনবিরো—অত্তু ওইববদি ভক্তত্তুগী মন-দা অসুম্না খন্দুনা" ভগবান্না মীত্তুবু কৃপা তৌসিনা য়াই। তাৎপর্য্যাদি অসিনী মত্তুদি—ভক্ত অমনা ভগবানগী খুয়াখাদা হঙ্গংত্তুনা কনাগুম্বা অমবু কৃপা ফংহন্নীঙলবা অত্তু ওইববদি মীত্তুব ভগবান্না কৃপা তৌবিবদি শোয়দ্রে। কনাগুম্বা মী অমনা শ্রবণ-কীর্ত্তনচিংবা তৌত্তুনা মাগী শেংলবা চিত্তদা খনজত্তুনা, নত্রগা কনাগুম্বা মী অমবু কৃপা তৌবিহনগে হায়ত্তুনা ভক্ত অমনা নিজরবদা ভগবান্না মীত্তুবু চান্নবিবা মতমত্তুদা মীত্তুনা লোকে—লোকধর্ম্মদা, লৌকিক ব্যবস্থাগ্রদা ( খুয়গী চৎনবীদা ) বেদে চ—অমসুং বেদধর্ম্মদা, বৈদিক কর্ম্মকাণ্ডদা পরিনিষ্ঠিতাং—থোক্টদোকপা অমা ওইনা চেংনা পায়রম্বা মতিং—বুদ্ধিত্তুসু জহাতি—থাদোকয়ি।

## মূল ১১৭

তবে রাজা অট্টালিকা হৈতে তলে আইলা।
কাশীমিশ্র পড়িছা-পাত্র দোঁহা বোলাইলা ॥ ১১৭ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; রাজা—নিংথৌনা ; অট্টালিকা—দালাল ; হৈতে—দগী ; তলে—মখাদা ; আইলা—লাকৃখি ; কাশীমিশ্র—কাশীমিশ্র ; পড়িছা-পাত্র—পড়িছা-পাত্র ; দোঁহা—অনীবু ; বোলাইলা—কৌহন্‌খি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী রাজা-প্রতাপরুদ্রনা দালালদগী মখাদা কুম্‌থরম্মী। অদুগা কাশীমিশ্র অমসুং পড়িছা-পাত্র অনীসিবু কৌহন্‌খি।

## মূল ১১৮-১১৯

প্রতাপরুদ্র আজ্ঞা দিল সেই দুইজনে।
প্রভু স্থানে আসিয়াছে যত ভক্তগণে ॥ ১১৮ ॥
সভারে স্বচ্ছন্দ বাসা স্বচ্ছন্দ প্রসাদ।
স্বচ্ছন্দে দর্শন করাইহ, যেন নহে বাদ ॥ ১১৯ ॥

### শব্দার্থ

প্রতাপরুদ্র—রাজা প্রতাপরুদ্র ; আজ্ঞা—য়াথং ; দিল—পীখি ; সেই—মদু ; দুইজনে—মী অনীদা ; প্রভুস্থানে—প্রভুগী মফমদা ; আসিয়াছে—লাকয়ি ; যত—খিবিক ; ভক্তগণে—ভক্তশিংদু ; সভারে—লোইন-মকপু ; স্বচ্ছন্দ—অপাম্বা ; বাসা—লৈফম ; স্বচ্ছন্দ প্রসাদ—অপাম্বা প্রসাদ ; স্বচ্ছন্দে—অপাম্বা মতুং ইন্না ; দর্শন করাইহ দর্শন তৌহল্লু ; যেন—মদুম তৌবদা ; নহে বাদ—চীথবা য়াওফদে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাজা প্রতাপরুদ্রনা মী অনীদুদা য়াথং তাউথরম্মী—"প্রভুগী নাক্তা লাক্লিবা ভক্তশিং খিবিক্তো মখোয়গী পাম্‌লদবা লৈফমদা লৈহল্লু ; মখোয়না চানীঙ-চানীঙবদো পীজো ; মখোয়না য়েংনীঙ-য়েংনীঙবদু য়েংহল্লু, করিমতা চীথহন্‌গনু।

মূল ১২০

প্রভুর আজ্ঞা ধরিহ দোঁহে সাবধান হৈয়া।

আজ্ঞা নহে—তব্ করিহ ইঙ্গিতে বুঝিয়া ॥ ১২০ ॥

শব্দার্থ

প্রভুর প্রভুগী ; আজ্ঞা য়াথং : ধরিহ—ঙাক্‌উ : দোঁহে—অনীনা ; সাবধান—চেক্‌শিন্‌বা ; পুক্নীঙ-চঙবা ; হৈয়া—ওইদুনা ; আজ্ঞা নহে—য়াথং তৌদ্রবা ; তবু—অদু ওইরবসু ; করিহ—ঙাক্‌উ ; ইঙ্গিত বুঝিয়া——প্রভুগী অপাম্বা খঙনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিংথৌনা মখা তারম্মী—প্রভুনা তৌরকপা য়াথং ঙাক্কদবনী ; য়াথং তৌদ্রগনা প্রভুগী ইঙ্গিত খঙনা পাঙথোক্কদবনী।

মূল ১২১

এত বলি বিদায় দিল সেই দুইজনে।

সার্ব্বভৌম দেখি আইলা বৈষ্ণবমিলনে ॥ ১২১ ॥

শব্দার্থ

এত—অসিথক ; বলি হায়রগা ; বিদায় দিল—বিদায় পীখি ; সেই দুইজনে—মখোয় অনীদুবু : সার্ব্বভৌম—ভট্টাচার্যানা ; দেখি—উদুনা ( কাশীমিশ্রগা পড়িছাপাত্রগা অনীবু বিদায় পীবদু উদুনা ) ; আইলা—লাকখি ; বৈষ্ণবমিলনে—বৈষ্ণব ময়াম তিল্লম্বদুদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাজা প্রতাপরুদ্রনা রা অসিথক হায়রগা মখোয়নীদুবু বিদায় তৌখি। মখোয়বু বিদায় পীখিবা উদুনা সার্ব্বভৌমনা বৈষ্ণব তিন্‌বদুদা লাক্‌খি।

মূল ১২২

গোপীনাথাচার্য্য ভট্টাচার্য্য সার্ব্বভৌম।

দূরে রহি দেখে প্রভুর বৈষ্ণবমিলন ॥ ১২২ ॥

### শব্দার্থ

গোপীনাথাচার্য্য—শ্রীগোপীনাথ আচার্য্য ; ভট্টাচার্য্য সার্ব্বভৌম—শ্রীসার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য ; দূরে—আপ্পা ; রহি—লৈরগা ; দেখে—য়েংঙী ; প্রভুর—প্রভুনা ; বৈষ্ণবমিলন—বৈষ্ণবশিংগা উনবা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপীনাথ আচার্য্যগা শ্রীসার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগা অনীনা লাপ্পা লৈদুনা প্রভুগা গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংগা উনরম্বতু য়েংলম্মী ।

### মূল ১২৩

সিংহদ্বার ডাহিনে ছাড়ি সব বৈষ্ণবগণ ।
কাশীমিশ্রগৃহ-পথে করিল গমন ॥ ১২৩ ॥

### শব্দার্থ

সিংহদ্বার—শ্রীজগন্নাথগী কোর চংফম থোঙ ; ডাহিনে—য়েৎলোমদা ; ছাড়ি—থাদোক্নুনা ; সব—পুম্নমক ; বৈষ্ণবগণ—বৈষ্ণবশিং ; কাশীমিশ্রগৃহ-পথে—কাশীমিশ্রগী য়ুম য়োনবা লম্বীদা ; করিল গমন—চৎলম্মী ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথদেবগী মন্দির সিংহদ্বারগী য়েৎলোমদা থাদোরগা কাশীমিশ্রগী য়ুম য়োনবা লম্বীদা বৈষ্ণব পুম্নমক্কো চৎখিরম্মী ।

### মূল ১২৪

হেনকালে মহাপ্রভু নিজগণ সঙ্গে ।
বৈষ্ণব মিলিলা আসি পথে মহারঙ্গে ॥ ১২৪ ॥

### শব্দার্থ

হেনকালে—মতমসিদা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; নিজগণ—মহাগী পার্ষদশিংগা ; সঙ্গে—লোয়ননা ; বৈষ্ণব মিলিলা—বৈষ্ণবশিংগা উনরে ; আসি—লাক্নুনা ; পথে—লম্বীদা ; মহারঙ্গে—য়াম্না নুংঙাইনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম অসিদা মহাপ্রভুনা মছামক্কী পার্ষদশিংগা লোয়ননা লমথাঙদা যাম্না নুংঙাইনা বৈষ্ণবশিংগা উনরৈ।

## নৈনরোল

হেনকালে—সিংহদ্বার থাদোক্তুনা কাশীমিশ্রগী য়ুম পাংনা মখা মায়কৈ পাংনা ময়ামতুনা চৎপা মতমদা।

মূল ১২৫

অদ্বৈত করিল প্রভুর চরণবন্দন।

আচার্য্যেরে করিলা প্রভু প্রেম-আলিঙ্গন॥ ১২৫॥

শব্দার্থ

অদ্বৈত—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য; করিল—তৌরম্মী; প্রভুর—প্রভুগী; চরণবন্দন—খুয়াদা খুরুম্বা; আচার্য্যেরে—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যবু; করিল—তৌরম্মী; প্রভু—প্রভুনা; প্রেম-আলিঙ্গন—নুংশিবগী কোন্‌বা;

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতনা প্রভুগী খোঙদা খুরুম্মী অদুগা প্রভুনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যবু নুংশিনা কোল্লম্মী।

মূল ১২৬

প্রেমানন্দে হৈলা দোঁহে পরম অস্থির।

সময় দেখিয়া প্রভু হৈলা কিছু ধীর॥ ১২৬॥

শব্দার্থ

প্রেমানন্দে—নুংশিবগী নুংঙাইবদা; হৈল—ওইখি; দোঁহে—অনীনা; পরম—অয়োবী ওইনা; অস্থির—লৈফম থঙদবা, পাখৎপা; সময়—মতম; দেখিয়া—য়েংদুনা; প্রভু—প্রভুনা; হৈলা—ওইখি; কিছু—খরা; ধীর—তপ্‌থবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুংশিবগী দমক মুংঙাইখিবনা প্রভুগা অদ্বৈতাচার্য্যগা অনীমক য়ৌনা পাখৎনরম্মী। মতম য়েংহৌনা প্রভুনা খর তপ্থখি।

মূল ১২৭

শ্রীবাসাদি কৈল প্রভুর চরণবন্দন।
প্রত্যেকে করিলা প্রভু প্রেম-আলিঙ্গন ॥ ১২৭ ॥

শব্দার্থ

শ্রীবাসাদি—শ্রীবাস-নচিংবা ; কৈল—তৌরম্মী ; প্রভুর—প্রভুগী ; চরণবন্দন—মখোঙদা খুরুম্বা ; প্রত্যেকে—খুদিংমক ; করিলা—তৌখি ; প্রভু—প্রভুনা ; প্রেম-আলিঙ্গন—মুংশিবগী কোণ্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবাস-নচিংবা বৈষ্ণবশিংনা প্রভুগী চরণখাদা খুরুমখি। মখোয় খুদিং-মকপু প্রভুনা প্রেম আলিঙ্গন তৌখি।

মূল ১২৮

একে একে সবভক্তে কৈল সম্ভাষণ।
সভা লঞা অভ্যন্তরে করিলা গমন ॥ ১২৮ ॥

শব্দার্থ

একে একে—অমমম ওইনা ; সবভক্তে—ভক্তপুম্নগা ; কৈল—তৌখি ; সম্ভাষণ—ৱারী শান্নবা ; সভা লঞা—লোইনমক পুদুনা ; অভ্যন্তরে—ইমুং মনুঙদা ; করিলা—তৌয়ি ; গমন—চৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমমম ওইনা ভক্ত পুম্নমক্কা কৌনরগা প্রভুনা লোইনমক্পু ইমুংদা পুশল্লম্মী।

মূল ১২৯

মিশ্রের আবাস সেই হয় অল্পস্থান।
অসংখ্য বৈষ্ণব তাহাঁ হৈল পরিমাণ ॥ ১২৯ ॥

## শব্দার্থ

মিশ্রের—কাশীমিশ্রগী ; আবাস—য়ুম ; সেই—মহ ; হয়—ওই ; অল্পস্থান—লম্ খিত্ত ; অসংখ্য—শীঙথা-ঙমদবা ; বৈষ্ণব—বৈষ্ণবশিং ; তাহাঁ—মফমহুদা ; হৈল—ওইখি ; পরিমাণ—ওকৃপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাশীমিশ্রগী য়ুমহু লম্খিত্তনী ; শীঙথা-ঙমদবা বৈষ্ণবশিংহু মফমহুদা অহুম চল্লম্মী ।

## নৈনরোল

কাশীমিশ্রগী য়ুমদা প্রভুনা লৈরম্বা মফমহুদা গৌড়দেশদগী লাক্লম্বা বৈষ্ণবশিং পূম্নমক্তো লৈবদা চন্বা নত্তে ; অহুমকপু লমখিত্তহুগী মনুঙদা মখোয় লোইনমক চল্লম্মী । মরমদি অসিনী :—প্রকটলীলাগী মতমদা ভগবান্না প্রকট ওইরু ওইরুবা ব্রহ্মাণ্ডগী মফম মফমহুদা মহাক্কী ধামস্থ প্রকট ওইহল্লী । মরমসিনা মহাক্না লেঙবা লেঙবা মফমহুদা মহাক্কী চিন্ময় ধামস্থ অহুম লৈবনী ; ধাম অসিস্থ "সর্ব্বগ, অনন্ত, বিভু-কৃষ্ণ-তনুসম /১/৫/১৮ ॥" মহু প্রাকৃত ওইবা মীশিংগী মীত্তা ঙমখৈনাইবা ওইনা নীঙলবস্থ তশেংবদি ঙমখৈ-নাইবা নত্তে—বিভুনী (ঙমখৈ-নাইদবনী) । মরমহুনা কাশীমিশ্রগী য়ুমদা প্রভুনা লৈবা মফমহুস্থ বিভুনী, হেক য়েংবদদি ঙমখৈ-নাইবা ওইবা মাল্লবস্থ মহু বিভুনী, ঙমখৈ-নাইদবনী ; মরমসিনা মহুদা শীঙথা-ঙমদবা মী ময়াম চন্বা য়ারম্বনী । মসী ভগবান্গী ধামগী অচিন্ত্য ( মীওইবগী রাখন্না লাম্ন-ফংদবা ) শক্তি অমনী । অচিন্ত্যশক্তিসিগী মপান্না দ্বাপরদা ব্রহ্মামোহন ( ব্রহ্মাবু ঙুম্হংপা ) লীলাদা গোবর্দ্ধনগী চীঙখোঙদা লৈবা—মীওইবনা উবদদি পীক্না উবা মফমহুদস্থ শীঙনাইদবা নারায়ণ ময়াম চল্লম্মিবহুনী ।

## মূল ১৩০

আপন নিকটে প্রভু সভারে বসাইল ।
আপনে শ্রীহস্তে সভায় মালা-চন্দন দিল ॥ ১৩০ ॥

## শব্দার্থ

আপন মছামক্কী ; নিকটে—নাক্তা ; প্রভু—প্রভুনা ; সভারে—

ময়াম পুম্বদুবু ; বসাইল—ফম্‌হল্লী ; আপনে—মছামক্কা ; শ্রীহস্তে—খুৎনা ; সভায়—মী পুম্বদা ; মালা-চন্দন দিল—শ্রীজগন্নাথগী প্রসাদী মালা অমসুং প্রসাদী চন্দন পীখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা মছামক্কী নাক্তা পুম্নমক্কুবু ফম্‌হল্লম্মী । মছামক্কা মথুৎমক্কা মী পুম্নমক্কুদা শ্রীজগন্নাথগী প্রসাদী মালা অমসুং প্রসাদী চন্দন পীখি ।

মূল ১৩১

ভট্টাচার্য্য আচার্য্য আইলা প্রভুর স্থানে ।

যথাযোগ্য মিলন করিল সভাসনে ॥ ১৩১ ॥

শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য ; আচার্য্য—গোপীনাথ আচার্য্য ; আইলা—লাকখি ; প্রভুর স্থানে—প্রভুগী মফমদা ; যথাযোগ্য—মতীক-চাবা ; মিলন—মউন্নছু ; করিল—তৌখি ; সভাসনে—মখোয় পুম্বগা লোয়ননা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগা গোপীনাথ আচার্য্যগা প্রভুগী মফমদা লাকখি । মন্নামন্নবা লোয়ননা মাগী মাগী মতীক ওকপা উন্নখি ।

মূল ১৩২

অদ্বৈতেরে প্রভু কহে বিনয়-বচনে— ।

আজি আমি পূর্ণ হৈলাঙ তোমার আগমনে ॥ ১৩২ ॥

শব্দার্থ

অদ্বৈতেরে—শ্রীঅদ্বৈত প্রভুদা ; প্রভু কহে—গৌর প্রভুনা হায় ; বিনয়-বচনে—নোল্লুকপা ৱাহৈনা ; আজি—ঙসী ; আমি—ঐ ; পূর্ণ হৈলাঙ—মপুঙ ফারে, অনীঙবা পুম্নমক থাক্তবমথৈ থুংলে ; তোমার আগমনে—নঙনা লাক্নপসিদা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যদা নোল্লুকপা ৱাহৈনা হায়রম্মী—নঙনা লাকপসিদা ঐগী অনীঙবা পুন্নমক অমতা খাক্তবমখৈ থুংলে।

মূল ১৩৩-১৩৪

অদ্বৈত কহে—ঈশ্বরের এই স্বভাব হয়।
যদ্যপি আপনে পূর্ণ ষড়ৈশ্বর্য্যময় ॥ ১৩৩ ॥
তথাপি ভক্তসঙ্গে তাঁর হয় সুখোল্লাস।
ভক্তসঙ্গে করে নিত্য বিবিধ বিলাস ॥ ১৩৪ ॥

শব্দার্থ

অদ্বৈত কহে—অদ্বৈতনা হায়; ঈশ্বরের—ঈশ্বরগী, এই—মসী; স্বভাব হয়—মতৌনী; যদ্যপি—বসু; আপনে—মছামক্তা; পূর্ণ—মপুঙফাবা; ষড়ৈশ্বর্য্যময়—ঐশ্বর্য্য-তরুকতিনবা; তথাপি—অদুম ওইনমক; ভক্তসঙ্গে—ভক্তগা লোয়নননা; তাঁর—মাগী (ঈশ্বরগী); হয়—ওই; সুখোল্লাস—নুংঙাইবা; ভক্তসঙ্গে—ভক্তগা লোয়নননা; করে—তৌয়ি; নিত্য—মতম পুম্বদা; বিবিধ—মখল মখাগী; বিলাস—লীলা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা হায়—ঈশ্বরগী স্বভাব-তি অসিনী। মছামক্তা মপুঙফাবা ঐশ্বর্য্য-তরুক-তিনবা ওইরবসু ভক্তগা লোয়নবগা মহাক্কী নুংঙাইবা ওই, অদুনা ভক্তগা লোয়নননা মতম পুম্বদা মখল মখাগী লীলা শান্নৈ।

মূল ১৩৫-১৩৬

বাসুদেব দেখি প্রভু আনন্দিত হৈয়া।
তাঁরে কিছু কহে তার অঙ্গে হস্ত দিয়া— ॥ ১৩৫ ॥
যদ্যপি মুকুন্দ আমার সঙ্গে শিশু হৈতে।
তাহা হৈতে অধিক সুখ তোমাকে দেখিতে ॥ ১৩৬ ॥

শব্দার্থ

বাসুদেব দেখি—বাসুদেববু উবগা; প্রভু—প্রভুনা; আনন্দিত—

নুংঙাইবা ; হৈয়া—ওইদুনা ; তাঁরে—মঙোন্দা ; কিছু—খরা ; কহে—হায় ; তার—মাগী ; অঙ্গে—হকচাঙদা ; হস্ত—খুৎ ; দিয়া—শোক্লুনা ; যদ্যপি—বসু ; মুকুন্দ—মুকুন্দ ; আমার সঙ্গে—ঐগা লোয়নননা লৈরকয়ি ; শিশু হৈতে—অঙাঙ ওইরকঙৈদগী ; তাহা হৈতে—মঙোন্দগী ; অধিক—হেন্বা ; সুখ—নুংঙাইবা ( ওই ) ; তোমাকে—নঙবু ; দেখিতে—উবনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা-

বাসুদেববু উরগা প্রভুনা নুংঙাইরদুনা মছাদা খুৎনা পায়রগা খরা হায়রম্মী—অঙাঙ ওইরিঙৈদগী মুকুন্দদু ঐগা লোয়নরক্লবসু মাবু উরগা নুংঙাইবদগী নঙবু উবনা নুংঙাইবা হেল্লী।

মূল ১৩৭

বাসু কহে—মুকুন্দ আদৌ পাইল তোমার সঙ্গ।
তোমার চরণপ্রাপ্তি সেই পুনর্জ্জন্ম ॥ ১৩৭ ॥

শব্দার্থ

বাসু কহে—বাসুদেবনা হায় ; মুকুন্দ—মুকুন্দনা ; আদৌ—হান্নানা ; পাইল—ফংলে ; তোমার সঙ্গ—নঙগা লোয়নবা ; তোমার—নঙগী ; চরণ-প্রাপ্তি—খোঙ ফংবদি ; সেই—মদু ; পুনর্জ্জন্ম—হন্না পোকপা মপোক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাসুদেবনা হায়রম্মী—মুকুন্দদি ঐহোন্নগী হান্নান নঙগী সঙ্গ ফংলবনী। নঙগী চরণ ফংবদুনা মাগী মপোক হন্না পোক্লবনী।

## তৈনমচেরাল

পুনর্জ্জন্ম—অমুকহন্না পোকপা, ভাগবত জন্ম। মমাগী গর্ভদা পোকপা মপোক অদু মী খ্বায়গী হায়রগদি বিষয়দা আসক্তি লৈবগী ওইবা মপোক কৌয়ি ; মসিনা অহানবা মপোক্নী ; করিগুম্বা লাইবক ফবদগী বিষয়াসক্তি কোক্লগদি বিষয়াসক্তি মায়কৈদগী য়েংলগদি মহাক শিরে ( মহাক্কী মৃত্যু ওইরে ) হায়বা য়াই। ভগবানগী চরণ ফংবা খোক্লগদি নৌনা অমুক মাগী

পুন্সী হৌয়ি। ভগবান্গী চরণ ফংদ্রিবৈদদি বিষয়গী সেৱাদা মাগী বিষয়াসক্তিগী পুন্সী লেপ্লী। অদুগা ভগবান্গী চরণ ফংবা থোক্লপা হৌবা পুন্সীদু ভগবান্গদা মরী লৈনবা থবকভক্তিগী ওই। অসিগুম্বা পুন্সীবু ভাগবত-জীবন কৌবা য়াই অদুগা অসিগুম্বা পুন্সী হৌববু ভাগবত-জন্ম ( ভক্তিগী মপোক ) কৌবা য়াই। ভাগবতকী মপোকপু লাইবকফবা জীবগী পুনর্জ্জন্ম—বিষয়গী ওইবা পুন্সীগী মৃত্যু ওইরবগী তুংতাবা ভগবৎ-সেবাগী ওইবা পুন্সী হৌনবগী পুনর্জন্ম হায়নসু কৌবা য়াই। বাসুদেব-মুকুন্দন-চিংবা শ্রীমন্মহাপ্রভুগী নিত্যপার্ষদ নী, প্রাকৃত জীবগী মতৌগুম্না মপামম্বাগী ফম্বী অমসুং ইনা ওইবা মপোক নত্তু, মখোয়গীদি নরলীলা ওইনবগীদমক্তা মখোয়না পোকপগী অভিনয় তৌবনী। অদুম ওইনমক লীলাশক্তিনা ওইহনবদগী মখোয়না মচা মচাবু মীচম্নী হায়না খনজবত্তনী অমসুং মদুগী ভাব পুডুনা সংসারী জীবগুম্না চৎপা-মান্বা লীলাগী অভিনয় তৌদুনা শ্রীশ্রীগৌরসুন্দরগী চরণ-প্রাপ্তিগী মশক ওইবা লীলাগী অভিনয় তৌবা হৌবা মতমদা মখোয়না মখোয়গী ভাগবতজন্ম—পুনর্জ্জন্ম ওইরে হায়না খনবত্তনী। মসৌসি বৈষ্ণব-শাস্ত্রগী অপাম্বা মত-নী।

ইশালচেল্লোল

পাইল তোমার সঙ্গ— নংগী ( মহাপ্রভুগী ) সঙ্গ ফংদুনা ভাগবত-জন্ম ফংলে।

মূল ১৩৮

ছোট হৈয়া মুকুন্দ এবে হৈলা মোর জ্যেষ্ঠ।
তোমার কৃপাপাত্র তাতে সর্ব্বগুণশ্রেষ্ঠ ॥ ১৩৮ ॥

শব্দার্থ

ছোট চহীগী নহা ; হৈয়া—ওইরগা ; মুকুন্দ—মুকুন্দনা ; এবে—হৌজিক ; হৈলা ওইখি ; মোর ঐগী ; জ্যেষ্ঠ— অহন্ ; তোমার—নংগী ( মহাপ্রভুগী ) ; কৃপা-পাত্র— কৃপা ফংবা মী ; তাতে—মরমদুনা ; সর্ব্বগুণশ্রেষ্ঠ— গুণ পুম্নমক লৈতেংনবা মরম্না থোইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(বাসুদেবনা মখা তারম্মী)—মুকুন্দদি কোম্না পোকপা মরম্না ঐত্তোন্দগী

নহা ওইরবস্নু ঐতোন্দগী হুনবা অমনী হৌজিক্তি। মরমদি মহাক নঙগী কৃপা ফংবনী, অমুনা গুণ পূমমক্কা লৈতেংলহুনা থোইবনী।

## লৈনমরোল

মুকুন্দদি মমানা পোকপদগী হায়রগদি বাসুদেবদগী নহানী হায়বদি চহীদদি মুকুন্দবু বাসুদেবনা হন্নী। অতুবু শ্রীমন্মহাপ্রভুগী চরণ ফংবগী মশক ওইবা পুনর্জন্ম হায়বহুনা (ভাগবতজন্মগী হিসাবতা) বাসুদেবদগী হেনবা অহন্নী। অমুন্না বাসুদেবনা হায়রম্মী।

## মূল ১৩৯

পুন প্রভু কহে—আমি তোমার নিমিত্তে।
দুই পুস্তক আনিয়াছি দক্ষিণ হইতে॥ ১৩৯॥

## শব্দার্থ

পুন—অমুক হন্না ; প্রভু—প্রভুনা ; কহে—হায় ; আমি—ঐ ; তোমার নিমিত্তে—নঙগীদমক ; দুই—অনী ; পুস্তক—লাইরীক ; আনিয়াছি—পুরকয়ি ; দক্ষিণ—দক্ষিণ ভারত ; হইতে—দগী।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমুক হন্না প্রভুনা হায়রম্মী—ঐনা নঙগীদমক হায়দুনা দক্ষিণদগী লাইরীক অনীথক পুরকয়ি।

## মূল ১৪০

স্বরূপের ঠাঞি আছে—লহ লেখাইয়া।
বাসুদেব আনন্দিত পুস্তক পাইয়া॥ ১৪০॥

## শব্দার্থ

স্বরূপের ঠাঞি—স্বরূপ দামোদরগী মফমদা ; আছে—লৈ ; লহ—লৌও ; লেখাইয়া—শিন্দোকহল্লগা , বাসুদেব—বাসুদেব ; আনন্দিত—নুংঙাইরম্মী ; পুস্তক—লাইরীক ; পাইয়া—ফংদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—স্বরূপ দামোদরগী মফমদা ( লাইরীক ) লৈবনী ; শিন্দোকহল্লগা লৌও। বাসুদেবদো লাইরীক ফংলদুনা নুংঙাইজরম্মী।

মূল ১৪১

প্রত্যেকে সকল বৈষ্ণব লিখিয়া লইল।
ক্রমে ক্রমে দুই পুস্তক জগৎ ব্যাপিল ॥ ১৪১ ॥

শব্দার্থ

প্রত্যেকে—খুদিংনা ; সকল বৈষ্ণব—বৈষ্ণব পুম্নমক্না ; লিখিয়া—ইশিন্দুনা ; লইল—লৌখি ; ক্রমে ক্রমে—মথঙ মথঙ ; দুই—অনী ; পুস্তক—লাইরীক ; জগৎ ব্যাপিল—জগৎ শন্‌খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈষ্ণব পুম্নমক্না খুদিংমক্না ( লাইরীকশিংদু ) শিল্ল শিল্ল লৌখি। লাইরীক অদু মথঙ মথঙ ওইনা জগৎ শন্‌খি।

মূল ১৪২

শ্রীবাসাদ্যে কহে প্রভু করি মহাপ্রীত।
তোমা চারি ভাইর আমি হই মূল্যক্রীত ॥ ১৪২ ॥

শব্দার্থ

শ্রীবাসাদ্যে—শ্রীবাস-নচিংবদা ; কহে—হায় ; প্রভু—প্রভুনা ; করি—তৌদুনা ; মহাপ্রীত—য়াম্না নুংশিবা ; তোমা—নখোয় ; চারি—মরি ; ভাইর—নচিন্ননাওগী ; আমি—ঐ ; হই—ওই ; মূল্য—মল্, তীক্ ; ক্রীত—লৈরবা ; ( মূল্যক্রীত—ইমল পীদুনা লৈবা )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবাস-নচিংবদা প্রভুনা য়াম্না নুংশিনা হায়রম্মী—নখোয় নচিন্ননাও মরিগী ঐসে ইমল পীদুনা লৈরবা মীনী।

মূল ১৪৩

শ্রীবাস কহেন—কেনে কহ বিপরীত।
কৃপামূল্যে চারি ভাই হই তোমার ক্রীত ॥ ১৪৩ ॥

শব্দার্থ

শ্রীবাস কহেন—শ্রীবাসনা হায়রম্মী ; কেনে—করিগীনো : কহ—হায়রিবা ; বিপরীত—ওন্ন-তৈনবা ; কৃপামূল্যে—থৌজান্‌গী মশক ওইবা ইমন্না ; চারি ভাই—( ঐখোয় ) ইচিন্নাও মরি ; হই—ওই ; তোমার—নহাক্কী ; ক্রীত—লৈঃরবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবাসনা থুম্নম্মী—করিগীনো ওন্ন-তৈননা হায়রিবা ? কৃপাগী মশক ওইবা ইমন্না ঐখোয় ইচিন্নাও মরিবু নঙনা লৈঃবনী।

মূল ১৪৪-১৪৫

শঙ্করে দেখিয়া প্রভু কহে দামোদরে—।
সগৌরব প্রীতি আমার তোমার উপরে ॥ ১৪৪ ॥
শুদ্ধ কেবল প্রেম আমার ইহার উপর।
অতএব মোর সঙ্গে রাখহ শঙ্কর ॥ ১৪৫ ॥

শব্দার্থ

শঙ্করে—শঙ্করবু ( মহাক্কী দামোদরগী মনাওনুপানী ) ; দেখিয়া—উরগা ; প্রভু—প্রভুনা ; কহে—হায় ; দামোদরে—দামোদরদা ; সগৌরব—সম্মানগা লোয়নবা ; প্রীতি মন্নুংশি ; আমার—ঐগী ; তোমার উপরে—নঙোন্দা ; শুদ্ধ—অশেঙবা ; কেবল—মক্তবা ; প্রেম—মন্নুংশি ; আমার—ঐগী ; ইহার—মহাকসিগী ; উপরে—মথক্তা, মফমদা : অতএব—মরমতুনা ; মোর সঙ্গে—ঐগা লোয়নননা ; রাখহ শঙ্কর—শঙ্করবু থম্লো।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শ্রীদামোদরগী মনাওনুপা) শঙ্করবু উরগা প্রভুনা দামোদরদা হায়খি—নঙবু ঐনা নুংশিবদি সম্মানগা লোয়নবনী ; অদুগা মহাকসিবু নুংশিবদি সম্মান-য়াওদবা মন্নুংশি হায়বা অদুতা ওইবা মন্নুংশিনা নুংশিবনী। মরমতুনা শঙ্করসে ঐগা লোয়ননা থম্লো।

মূল ১৪৬

দামোদর কহে—শঙ্কর ছোট আমা হৈতে।
এবে আমার বড় ভাই তোমার কৃপাতে ॥ ১৪৬ ॥

## শব্দার্থ

দামোদর কহে—দামোদরনা হায়রম্মী ; শঙ্কর—শঙ্করদি ; ছোট—নহানী ; আমা হৈতে—ঐঙোন্দগী ; এবে—হৌজিক্তি ; আমার—ঐগী। বড় ভাই—ইয়াম্বা ( ওইরে ) ; তোমার—নঙগী ; কৃপাতে—থৌজান্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীদামোদর থুয়ম্মী—শঙ্করদি ঐঙোন্দগী নহানী। হৌজিক মহাক নঙগী কৃপানা ইয়াম্বা ওইরে ( হায়বদি ঐঙোন্দগী মহাক্না হেন্না কৃপা ফংলবনীনা মহাক ইয়াম্বগা মান্নরে )।

মূল ১৪৭

শিবানন্দে কহে প্রভু—তোমার আমাতে।
গাঢ় অনুরাগ হয়—জানি আগে হৈতে ॥ ১৪৭ ॥

## শব্দার্থ

শিবানন্দে—শ্রীশিবানন্দ সেন-দা ; কহে প্রভু—প্রভুনা হায় ; তোমার—নঙগী ; আমাতে—ঐঙোন্দা ; গাঢ়—অচেৎপা ; অনুরাগ—প্রেম, লুংশিবা ; হয়—ওই ; জানি—খঙ্গী ; আগে হৈতে—হান্নদগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শিবানন্দ সেন-দা প্রভুনা হায়রম্মী—নঙনা ঐঙ্গী য়াম্না চেৎনা লুংশি। অদু হান্নদগী ঐহাক খঙ্গী।

মূল ১৪৮

শুনি শিবানন্দ সেন প্রেমাবিষ্ট হৈয়া।
দণ্ডবৎ হৈয়া পড়ে শ্লোক পঢ়িয়া ॥ ১৪৮ ॥

## শব্দার্থ

শুনি—নাকোঙনা তাহুনা ; শিবানন্দ সেন—সেন শিবানন্দনা ; প্রেমাবিষ্ট—প্রেমাবেশদা চঙবা ; হৈয়া—ওইহুনা ; দণ্ডবৎ—চৈশাংগুম্বা ; হৈয়া—ওইহুনা ; পড়ে—লৈমায়দা তুরম্মী ; শ্লোক পঢ়িয়া—শ্লোক পাহুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী য়া মনাকোঙনা তারগা শিবানন্দ সেন অহু প্রেমাবেশদা লৈখিহনা দণ্ডবৎ তৌহুনা শ্লোক থীহুনা লৈমায়থক্তা তুরম্মী।

মূল ১৪৯

নিমজ্জতোঽনন্তভবার্ণবান্ত-
শ্চিরায় মে কূলমিবাসি লব্ধঃ।
ত্বয়াপি লব্ধং ভগবন্নিদানী-
মনুত্তমং পাত্রমিদং দয়ায়াঃ ॥ ১৪৯ ॥

শব্দার্থ

নিমজ্জতঃ—লূপ্লবা ; অনন্ত—ঙমখৈ-লৈতবা ; ভব-অর্ণব—সংসার-ঈপাক্কী ; অন্তঃ—মনুঙদা ; চিরায়—মতম কুইনা ; মে—ঐগী ; কূলম্—তোর্ব্বান্ ; ইব—গুম্বা ; অসি—নঙনা ওইরে ; লব্ধঃ—( ঐনা ) ফংলবা ; ত্বয়া—নঙনা ; অপি—সু ; লব্ধম্—ফংবা ওইরে ; ভগবন্ হে ভগবন্ ; ইদানীং—হৌজিক ; অনুত্তমং—খ্বাইদগী হেন্বা ; পাত্রম্—(দয়া) হাপ্পম্ ; ইদং—মসী ; দয়ায়াঃ—দয়াগী, থৌজানগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে অনন্ত ( ঙম্খৈ-নাইদবা )। মতম য়াম্না কুইনা সংসার-ঈপাক্তা লূপ্তুনা লৈরক্লে ; হৌজিক্তি মহাক্না ( সংসার-ঈপাক অহুগী ) তোর্বান্‌গুম্বা নহাকপু ঐনা ফংজরে ; হে ভগবন্ ! নঙসু হৌজিক খ্বাইদগী হেন্বা দয়া-তৌফম অমা ওইনা ঐবু ফংবিরেদো।

## বৈনরোল

সেন শিবানন্দনা থীরিবা শ্লোকসী মচান্নুপা কবিকর্ণপুরনা মাগী চৈতন্যচন্দ্রোদয়-নাটক অহুদা থেৎচল্লম্মী।

শিবানন্দ সেন অসিনা থীরম্বা শ্লোকসী অস্থম্না ব্যাখ্যা তৌবা য়াই ; মহাক্না—হে প্রভু, ঐসে মতম কুইনা য়াম্না পাক্লবা সংসার ঈপাক্তা লূপ্তুনা লৈরকপনী ; কদৌঙৈদসু ঈপাকসিগী তোর্বান্দু উজদ্রি ; হৌজিক্তি নঙনা

কৃপা তৌবিদুনা খুয়া-খাদা লৌশন্‌বিবনা ঐনে সংসার-ঈপাক্লী লাম্থোক্তুনা ঈপাক্লীগী তোর্বাল্লমতু য়োজরে। প্রভু, অদুক্কী মতীক তোল্ল-তারবা মহাক্তুনা নঙগী দয়া-ফংফম থোক্পনী; মরমদি নঙদি পরম দয়াল-নী; পতিত ওইবা মীবু দয়া তৌবদি পতিত-পাবন ওইবা নঙগী লীচংনী; অদুবু প্রভু ঐগুম্না পতিত ওইবা, ঐগুম্না ভক্তি-য়াওদবা অতোন্‌বদি জগত্তা অতৈ অমা লৈত্রে; মরমদুনা ঐসে নঙগী দয়া-ফংবদা খ্বায়দগী হেন্না মতীক-চাবা পাত্রনী।

অনুত্তম- নঙ (লৈত্তে) মচোন্দগী হেন্‌বা উত্তম (য়াম্না হন্তবা, য়োনা পতিত ওইরবনী—সংসার ঈপাক্তা তারবনী হায়দুনা দয়াগী—নুংশিবগী—মতীক চারবা) মহাক অদু অনুত্তম-নী।

মূল ১৫০

প্রথমেই মুরারিগুপ্ত প্রভুরে না মিলিয়া।

বাহিরে পড়িয়া আছে দণ্ডবৎ হৈয়া॥ ১৫০॥

শব্দার্থ

প্রথমেই—ইহান্ হান্‌বদা; মুরারিগুপ্ত—মুরারিগুপ্তনা; প্রভুরে—প্রভুদ; না মিলিয়া—উনদদুনা; বাহিরে—মাপান্দা; পড়িয়া—তুদুনা; আছে—লৈ; দণ্ডবৎ হৈয়া দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুম্জগা।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

অহানবদা প্রভুগা উনদদুনা মুরারিগুপ্তনা মাপান্দা দণ্ডবৎ তৌদুনা অদুম্ তুদুনা লৈরম্মী।

মূল ১৫১

মুরারি না দেখি প্রভু করে অন্বেষণ।

মুরারি লইতে ধাঞা আইলা বহুজন॥ ১৫১॥

শব্দার্থ

মুরারি—মুরারিগুপ্তবু; না দেখি—উদদুনা; প্রভু করে—প্রভুনা তৌয়ি; অন্বেষণ—থিবা; মুরারি লইতে—মুরারিবু লৌবগীদমক; ধাঞা—চেন্দুনা; আইলা—লাক্খি; বহুজন—মী ময়াম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা মুরারিগুপ্তবু ইমুংদা উদদুনা মহাকপু প্রভুনা থিরম্মী। অদুদা মী য়াম্না চেম্বোরকুনা মুরারিবু পুশিন্নবা লাকৃখি।

## মুল ১৫২

তৃণ দুই গুচ্ছ মুরারি দশনে ধরিয়া।

মহাপ্রভুর আগে গেল দৈন্যদীন হঞা॥ ১৫২॥

## শব্দার্থ

তৃণ—নাপী; দুই—অনী; গুচ্ছ—চরোং; মুরারি—মুরারিগুপ্তনা; দশনে ধরিয়া—য়ানা চীকুনা; মহাপ্রভুর আগে—মহাপ্রভুগী মাঙদা; গেল—চংখি; দৈন্য—মছাবু ভক্তি-লৈতবনী হায়না তোম্বা মরম্না; দীন—হন্থবা; হঞা—ওইরদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নাপী চরোং অনীথক ময়ানা চীকুনা মুরারিগুপ্তনা প্রভুগী মাঙদা দৈন্যদীন ওইরদুনা চঙখিরম্মী।

## নৈনরোল

দৈন্যদীন—মছাগী দৈন্য (নোম্থবা) মরম্না য়াম্না কাতর (কি হঙ্গোইবা) ওইরম্মী। "অভিমানী ভক্তিহীন জগমাঝে সেই দীন। শ্রীলনরোত্তমদাস ঠাকুর।" ঐদি য়ৌনা নাপল চাউবনী অমসুং ভক্তি-লৈতবনী—হায়না খঙবদু দৈন্য-নী। মতৌ অদুম্না নাপল চাউবদু অমসুং ভক্তি-লৈতবদু খঙদুনা মীদুনা মছাবু লাইবকথীবা অমনী হায়না য়ৌনা কাতর (থর ই-মুংঙাইজদবা, কি হঙ্গোইগনবা) ওইরবা, অদু ওইরবদি মহাকপু 'দৈন্যদীন' কৌবা য়ারে। মুরারিগুপ্তনা অসিগুম্না দৈন্যদীন ওইনা প্রভুগী নাক্তা চঙখি—মচীন্দা নাপী চীকুনা। শা-শন্‌শিংনা নাপী চায়; দৈন্য লৈবা মরম্না নাপী-চীকপা মীনা খল্লম্বা রাখন্দি অসিনী—"মীওইবগী শক লৈজরবসু ঐদি তশেংনা হায়বা তারবদি মী নত্তে, ঐ শা অমনী; মরমদি, শা হায়বসিনা মতম পুম্নমক্তা মছাগী দেহেগী অমসুং ইন্দ্রিয়গী মুংচাইনবদা হোৎনৈ;

জীবগী স্বরূপকী হৌনবী মথৌ শ্রীকৃষ্ণসেবাগী রা শাশিংনা কদৌঙৈদস্তু খন্দে, ঐহাকস্তু মতৌ অহুগুম্বা মতম পূম্বদা দেহেগী অমদি ইন্দ্রিয়শিংগী পেম্নবদা হোৎনহুনা লৈ ; করিগুম্বা মরমদস্তু ভগবান্বু নীঙবগী রা খন্দে। মীওইবনা মীওইবগী দেহে ফংবদি ভজনগী (কৃষ্ণ সেবাগী) দমক্তনী ; মীওইরগী মপোক ফংলগা ভজন-বু তৌত্রবদি, শাগুম্না দেহেগী ইন্দ্রিয়গী মুংঙাইনবগী রাদমক খন্দুনা হোৎনহুনা লৈরগদি মহুগুম্বা মীগা শা অমগা করি খেন্নরিবগে ?" মুরারিগুপ্তনা দৈন্য-লৈবদগী মথক্কী রাখলসী খন্দুনা, মাগী স্বভাব-তি শাগী স্বভাবকুম্বনী হায়বহু খঙহন্নবা হায়হুনা ময়াদা নাপী চীক্লম্বনী।

## মূল ১৫৩

মুরারি দেখিয়া প্রভু উঠিলা মিলিতে।
পাছে পাছে ভাগে মুরারি লাগিলা বলিতে॥ ১৫৩॥

## শব্দার্থ

মুরারি দেখিয়া—মুরারিবু উবদা ; প্রভু উঠিলা—প্রভুনা লেঙখৎলম্মী ; মিলিতে—উনগে, কোনুগে হায়না ; পাছে পাছে—অম্তুম অম্তুম তুংলোমদা ; ভাগে—চেন্থোকয়ি , মুরারি—মুরারিনা : লাগিলা—হৌখি ; বলিতে—হায়বা।

### মৈতেলোন্দা হন্দোকপা

মুরারিবু উবদা প্রভুনা কোনুগে হায়না লেঙখৎলম্মী ; মহুদা মুরারিনা তুং হন্না হন্না চেন্থোকয়ি অহুগা রা হায়বা হৌয়ি।

## মূল ১৫৪

মোরে না ছুঁইহো, মুই অধম পামর।
তোমার স্পর্শযোগ্য নহে পাপ কলেবর॥ ১৫৪॥

## শব্দার্থ

মোরে—ঐবেন্দা ; না ছুঁইহো—ছোকপীগনু ; মুই—ঐদি ; অধম—অতেম্নবা ; পামর—অতোনবা, তাংতৌবা, মুর্খ ; তোমার—নহাক্কী ; স্পর্শযোগ্য নহে—ছোকপদা য়াবা নত্তে ; পাপ কলেবর—পাপ-পল্লবা হকচাঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মুরারিনা হায়রম্মী)—ঐগোন্দা ছোকপিগনু ; ঐদি অতোনবা লৈখা-তারবা মীনী। নঙনা ছোকপা য়াবা নত্তে ; ঐগী দেহদি পাপ-পঙ্কবা দেহনী।

## মূল ১৫৫

প্রভু কহে—মুরারি ! কর দৈন্য সংবরণ।
তোমার দৈন্য দেখি মোর বিদীর্ণ হয় মন ॥ ১৫৫ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; মুরারি—হে মুরারি ; কর—তৌও ; দৈন্য—তোম্থবা ; সংবরণ—তোক্পা ; তোমার দৈন্য—নঙগী তোম্থবসী ; দেখি—উরগা ; মোর—ঐগী ; বিদীর্ণ—কায়বা ; হয়—ওই ; মন—পুক্নীঙ, থম্মোই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—হে মুরারি ! তোম্থবদু লোক্লো। নঙগী তোম্থবদু উরগা ঐগী থম্মোই শেং কায়রে।

## মূল ১৫৬

এত বলি প্রভু তারে করি আলিঙ্গন।
নিকটে বসাইয়া করে অঙ্গ সম্মাজ্জন ॥ ১৫৬ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসিথক ; বলি—হায়রগা ; প্রভু—প্রভুনা ; তারে মহোন্দা ; করি—তৌদুনা ; আলিঙ্গন—কোন্‌বিবা ; নিকটে—নাক্তা ; বসাইয়া—ফম্‌হন্দুনা ; করে—তৌয়ি ; অঙ্গ—হকচাঙ ; সম্মার্জ্জন—নাম্থোক্পা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিথক হায়রগা প্রভুনা মহাকপু কোম্লম্মী। নাক্তা ফম্‌হল্লগা মহা-মউ নানবিরম্মী ( অমোংপা কোক্লবা )।

মৈরমথোক

লমীদা দণ্ডবৎ শাতুনা হিপ্পুবশীঙমক উক্পুল থাংজখছ্ কোরুবা প্রভুনা মুরারিগী হকচাঙভু নাহ্মোক্লম্মী।

মূল ১৫৭

আচার্য্যরত্ন বিদ্যানিধি পণ্ডিত গদাধর।

হরিভট্ট গঙ্গাদাস আচার্য্য পুরন্দর॥ ১৫৭॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আচার্য্যরত্ন বিদ্যানিধি, গদাধর পণ্ডিত, হরিভট্ট, গঙ্গাদাস আচার্য্য, অমসুং পুরন্দর।

মূল ১৫৮

প্রত্যেকে সভার প্রভু করি গুণগান।

পুনঃ পুনঃ আলিঙ্গিয়া করিল সম্মান॥ ১৫৮॥

শব্দার্থ

প্রত্যেকে—খুদিঙমক; সভার—ময়ামপুম্বগী; প্রভু—প্রভুনা; করি—তৌদুনা; গুণগান—মগুণ শক-শোন্বা; পুনঃ পুনঃ—হন্না হন্না; আলিঙ্গিয়া কোন্দুনা; করিল সম্মান—ইকায় খুম্নরম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মথোয় খুদিঙমক্কী মগুন প্রভুনা শক-শোন্বিরগা হন্না হন্না কোন্বিদুনা সম্মান তৌরম্মী।

মূল ১৫৯

সভারে সম্মানি প্রভুর হইল উল্লাস।

হরিদাস না দেখিয়া কহে—কাহাঁ হরিদাস॥ ১৫৯॥

শব্দার্থ

সভারে—লোইনমকপু; সম্মানি—সম্মান তৌরগা; প্রভুর—প্রভুগী; হইল—ওইখি; উল্লাস—হর্ষাওবা; হরিদাস—হরিদাসবু; না দেখিয়া—উদদুনা; কহে—হায়; কাহাঁ—কদায়দা লৈ; হরিদাস—হরিদাস ঠাকুর।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় পুম্নমক্ সম্মান তৌরগা প্রভু হল্লাওখি। শ্রীলহরিদাস ঠাকুরবু উদহুনা প্রভুনা হায়রম্মী—হরিদাস কদায়দা লৈ ?

## মূল ১৬০

দূরে হৈতে হরিদাস গোসাঞি দেখিয়া।

রাজপথ-প্রান্তে পড়ি আছে দণ্ডবৎ হঞা ॥ ১৬০ ॥

শব্দার্থ

দূরে হৈতে—অরাপ্পদগী ; হরিদাস—হরিদাসনা ; গোসাঞি—প্রভুবু ; দেখিয়া—য়েংহুনা ; রাজপথ-প্রান্তে—সোড়োক্কী চিদাইদা ; পড়ি—তুহুনা ; আছে—লৈ ; দণ্ডবৎ হঞা—দণ্ডবৎ তৌহুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অরাপ্পদগী হরিদাসনা প্রভুবু য়েংহুনা সোড়োক্কী চিদাইদা দণ্ডবৎ তৌহুনা তুহুনা লৈরম্মী।

**নৈনরোল**

শ্রীলহরিদাস ঠাকুরদো দৈন্য লৈবা মরম্না মনুঙদা চঙলমদে। অরাপ্পদগী প্রভুবু দর্শন তৌহুনা লম্বী-চিদাইদা দণ্ডবৎ তৌহুনা খুরুমহুনা লৈরম্মী। প্রভুনা মাপান্দা লৈরম্বা মতমদসু হরিদাসদো প্রভুগী নাক্তা চঙলমদে ; অরাপ্পদগী মহাক প্রভুবু দর্শন তৌরম্মী। যবনগী ইমুংদা পোকয়ি হায়হুনা হরিদাসঠাকুরনা মছাবু শোক্ক-পন্ন-য়াদবনী হায়না খল্লী ; মরমহুনা মহাক মতম পুম্বদা লাপ্পা-লাপ্পা লৈ। শ্রীচৈতন্যভাগবত ( আদি ১৪ শুবা অঃ ) গী মত তুংইন্না যবন-শাগৈদা মহাক পোকয়ি হায়।

## মূল ১৬১

মিলনস্থানে আসি প্রভুরে না মিলিলা।

রাজপথ-প্রান্তে দূরে পড়িয়া রহিলা ॥ ১৬১ ॥

**শব্দার্থ**

মিলনস্থানে—উনফমদা ; আসি লাক্তুনা ; প্রভুরে—প্রভুবু ; না মিলিলা—উনরমদে ; রাজপথপ্রান্তে—সোড়োক্কী চিদায়দা ; পড়িয়া—তুহুনা ; রহিলা—লৈখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( হরিদাস ঠাকুরদো ) উনফমদা লাক্লুনা প্রভুবু উনখিদে। সোড়োকী চিদায়দা লাপ্না তুম্লুনা লৈখি।

মূল ১৬২

ভক্তসব ধাঞা আইলা হরিদাস নিতে।
প্রভু তোমায় মিলিতে চাহে, চলহ ত্বরিতে ॥ ১৬২ ।

শব্দার্থ

ভক্তসব—ভক্তপুম্নমা ; ধাঞা—চেন্দুনা ; আইলা—লাক্খি ; হরিদাসে—হরিদাসবু ; নিতে—লৌবা ; প্রভু—প্রভুনা ; তোমায়—নঙবু ; মিলিতে—উনবা ; চাহে—পাম্মী ; চলহ—চৎলু ; ত্বরিতে—থুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তপুম্না চেল্লক্লুনা হরিদাসবু লৌবা লাক্খি। ( অমুগা হায়রম্মী )—প্রভুনা নঙবু উননীঙঙী ; চৎলু থুনা।

মূল ১৬৩

হরিদাস কহে মুঞি নীচজাতি ছার।
মন্দির-নিকট যাইতে নাহি অধিকার ॥ ১৬৩ ॥

শব্দার্থ

হরিদাস কহে—হরিদাসনা হায়রম্মী ; মুঞি—ঐ ; নীচ জাতি—জাতি-তোন্‌বনী ; ছার—তুক্কচনঙাই ওইবা মী ; মন্দির-নিকটে—শ্রীজগন্নাথকী মন্দিরগী নাক্তা ; যাইতে—চৎনবা ; নাহি—লৈতে ; অধিকার—হক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হরিদাসনা হায়রম্মী—ঐদি জাতি-তোন্‌বা তুক্কচনঙাই ওইবা মীনী। শ্রীজগন্নাথকী মন্দিরগী মনাক তাম্না চঙবগী হক ঐগী লৈতে।

নৈনরোল

হরিদাস ঠাকুরদো মুসলমান (পাঙল) অমনী। অমুনা মহাক্না মহাক্ 'নীচজাতি ছার' অমনী হায়না হায়রিবনী।

## মূল ১৬৪

নিভৃতে টোটামধ্যে যদি স্থান খানিক পাঙ্।
তাহাঁ পড়ি রহোঁ একা কাল গোঁয়াঙ্ ॥ ১৬৪ ॥

### শব্দার্থ

নিভৃতে—মীপোং-লৈতবদা, অচীক্পদা : টোটা—বাগান ; মধ্যে—মনুঙদা ; যদি—বদি ; স্থান—মফম ; খানিক—খজিত্তং ; পাঙ্—ফংলবা ; তাহাঁ—মহুদা ; পড়ি—তুম্ননা ; রহোঁ—লৈগে ; একা—ইথন্তমক ; কাল—মতম ; গোঁয়াঙ্—লেন্গে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অচীক্পদা বাগান মনুঙদা মফম খজিক্কং ফংলবদি, মহুদা তুম্ননা লৈজগে ; ইথন্তমক মতম লেনজগে।

## মূল ১৬৫

জগন্নাথের সেবক মোর স্পর্শ নাহি হয়।
তাহাঁ পড়ি রহোঁ—মোর এই বাঞ্ছা হয় ॥ ১৬৫ ॥

### শব্দার্থ

জগন্নাথের সেবক—শ্রীজগন্নাথগী সেবক-না (সেবা তৌবা মীনা) ; মোর স্পর্শ—ঐগী শোক্পা ; নাহি হয়—ভুইরোইদোবা ; তাহাঁ—মফম-দুদা ; পড়ি—তাদুনা ; রহোঁ—লৈগে ; মোর—ঐগী ; এই—অসী ; বাঞ্ছা—অপাম্বা ; হয়—ওইরে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথগী সেবকশিংনা ঐবু শোক্লোইদোবা মফমদা তুম্ননা লৈজগে হায়না ঐনা নীঙজে।

## নৈনরোল

জগন্নাথগী সেবকশিংনা হরিদাসবু শোক্লবদি সেবকশিংদু মাংলগনী, অদুগা ওইরবদি জগন্নাথগী সেবা তৌবদা অতীক চারবোইদ্রে হায়বা ওয়াখল অসী হরিদাসনা পুখি।

## মূল ১৬৬

**এই কথা লোক গিয়া প্রভুরে কহিল।**
**শুনি মহাপ্রভু মনে সুখ বড় পাইল ॥ ১৬৬ ॥**

### শব্দার্থ

এই—মসী ; কথা—ৱা ; লোক—মী ; গিয়া—চৎতুনা ; প্রভুরে—প্রভুদা ; কহিল—হায়কুরে ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; মনে—পুক্তা ; সুখ—নুংঙাইবা ; বড়—য়াম্না ; পাইল—ফংখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( হরিদাসগী ) ৱাসী মী চৎতুনা প্রভুদা হঙ্গৎখি। ৱাহু তারগা মহাপ্রভুনা পুক্নীংদা য়াম্না নুংঙাইখি।

### তৈনবোল

**সুখ বড় পাইল**—হরিদাসগী দৈন্য তাকপা ৱাহৈদুদা প্রভুনা য়াম্না নুংঙাইখি। ভক্তিৱাণীনা মাগী থম্মোইদা ঙাক্লিবা অতুগুম্বা মীওনা তাৎ-নত্তবা দৈন্য ফোঙদোকপা ঙম্মী ; হরিদাসকী চীন্দা তাৎ-নত্তবা দৈন্যগী ৱা নাকোঙনা তাবদা, মহাকপু ভক্তিৱাণীনা নীঙবা থুংনা কৃপা তৌবিরে খন্দুনা. মহাক্কী লাইবক ফবগী ৱা খল্লুবগা প্রভুনা নুংঙাইখি।

'সুখ' গী মহুত্তা 'দুঃখ' পাঠান্তর থেংনবসু য়াওয়ি। মহুগী অর্থদি অসুম্না ওইবা য়ারে মহুলি—দৈন্যগী অওইবা মরম অমা নৈত্রবসু দৈন্য অনুভব তৌদুনা হরিদাসনা অৱাবা ফংলম্বদু খল্লুরগা প্রভুনা য়াম্না নুংঙাই-রমদে হায়বসিনা।

নত্রগা, যবনগী ইমুংদা পোকখ্রি হায়দুনা হরিদাসনা মহাবু থাপ্প-থাপ্পা খনজৈ ॥ মরমদি হিন্দু সমাজনা মাদু নত্তনা অমনী হায়দুনা শোক্কবা-য়াদবনী হায়না খনগনী হায়বগী মহাক্কা পুক্নীং তাব অমনী। অশেংবদি মতমদুদা ওইরম্বা হিন্দু সমাজগী অবস্থাগী ৱা হায়রগদি পরম-ভাগবত নত্তবা হিন্দু-শিংনা হরিদাসগী কৈরম্বা শক্তি দুবু মহাক্কা যবন ওইনা পোক্লম্বা মপোক্তুংবুদা থোইদোক্না খল্লম্মী অদুগা মরমদুনা অদোম্বা যবনশিংবু শোক্কু শন্ননা-য়াদবনী হায়না খনবদুম থোইদোক্না হরিদাসনা মতাব হিন্দুনা শোককপা-য়াদবা মী অমনী হায়না খনজরম্মী হায়বসিদা করিমত্তা চিংনমঙাই নৈতে।

হিন্দুশিংনা থবক খুদিঙমক্তা শাস্ত্রগী মাদ-ডাক্ ঙাই, মখোয়না রাঙাং খুদিঙদা—"চণ্ডালোহপি দ্বিজশ্রেষ্ঠো হরিভক্তিপরায়ণঃ।"— হায়দুনা হৌনা উৎলী। অদুগদি হিন্দুদুমক্তা অমূক ভক্ত-কাণ্ডবুগী মুকুট-মণি ওইরিবা হরিদাসবু যবন-শাগৈদা পোকপনী হায়দুনা শোক্ল-শম্ন-য়াদবা অমনী হায়না থনবা শাই! ভগবান্‌গী শাস্ত্রদগী মীনা শেম্বা লোকাচারনা হেল্‌হন্‌বা, নাতৈ চাদবা রাসিগুম্বদু শন্নুবগা, সমাজদা ভক্তিদগী লোকাচারনা হেন্দোকহন্‌বসী উরগা প্রভুনা নুংঙাইরমদে।

মূল ১৬৭

হেনকালে কাশীমিশ্র পড়িছা দুইজন।

আসিয়া করিল প্রভুর চরণ-বন্দন॥ ১৬৭॥

শব্দার্থ

হেনকালে—মতম অসিদা; কাশীমিশ্র-পড়িছা—কাশীমিশ্র অমসুং পড়িছা; দুইজন—মী অনী; আসিয়া—লাক্লুনা; করিল—তৌখি; প্রভুর—প্রভুগী; চরণবন্দন—খোঙদা খুরুম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম অসিরাইদা কাশীমিশ্রগা পড়িছাগা মখোয় অনী লাক্লুনা প্রভুগী খুয়া-খাদা খুরুম্লে।

মূল ১৬৮

সর্ব্ববৈষ্ণবেরে দেখি সুখী বড় হৈলা।

যথাযোগ্য সভার সনে আনন্দে মিলিলা॥ ১৬৮॥

শব্দার্থ

সর্ব্ববৈষ্ণবেরে—বৈষ্ণব পুম্নমক্তো; দেখি—উবদা; সুখী—নুংঙাইবা; বড়—য়াম্না; হৈলা—ওইখি; যথাযোগ্য—মাগী মাগী হৌনবী; সভার—লোইনমক্কা; সনে—লোইননা; আনন্দে—নুংঙাইনা; মিলিলা—উনখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈষ্ণব পুম্বদুবু উরগা মখোয় অনী য়াম্না নুংঙাইজখি। মাগী মাগী মতীক-চাবা হৌনবী য়েংদুনা লোইনমক্কা লোয়ননা নুংঙাইনা উনখি।

মূল ১৬৯

প্রভুপদে দুইজন কৈল নিবেদন— ।
আজ্ঞা দেহ বৈষ্ণবের করি সমাধান ॥ ১৬৯ ॥

শব্দার্থ

প্রভুপদে—প্রভুগী খুয়াদা : দুইজন—মখোয় অনীনা ( কাশীমিশ্রগা পড়িছাগা ) ; কৈল—তৌরম্মী : নিবেদন—হঙ্গৎপা ; আজ্ঞা—য়াথং ; দেহ—পীবিরো ; বৈষ্ণবের—বৈষ্ণবশিংগী ; করি—তৌজরগে ; সমাধান —চঙগদবা পোৎলম থৌবাঙবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় অনীহুনা প্রভুগী খুয়া-খাদা হঙ্গৎখি— বৈষ্ণবশিংগী করি করি থৌরাংজো হায়বগে ; অদুগী য়াথং তাউথবিরো ।

মূল ১৭০

সভার করিয়াছি বাসাগৃহ-সংস্থান ।
মহাপ্রসাদান্ন সভার করি সমাধান ॥ ১৭০ ॥

শব্দার্থ

সভার—ময়াম পুম্নমক্কী ; করিয়াছি—তৌরে ; বাসাগৃহ—লৈননবা য়ুম ; সংস্থান—থৌবাঙ (ব্যবস্থা) ; মহাপ্রসাদান্ন—মহাপ্রসাদ-অচাপোৎ ; সভার—লোইনমক্কী ; করি—তৌরে ; সমাধান—থৌরাঙবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মখোয় অনীনা হঙ্গৎলম্মী)— ময়াম পুম্নমক্কী লৈননবা য়ুম থৌরাঙলে। মহাপ্রসাদ ফংননবসু লোইনমক্কী শুইনা থৌরাঙলে ।

মূল ১৭১

প্রভু কহে—গোপীনাথ ! যাহ সভা লৈয়া ।
যাহাঁ যাহাঁ কহে তাহাঁ বাসা দেহ যাঞা ॥ ১৭১ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়রম্মী ; গোপীনাথ—হে গোপীনাথ ; যাহ—চৎলো ; সভা লৈয়া—লোইনমক পুদ্রুনা ; যাহাঁ যাহাঁ কহে—হায়বা হায়বা মফমদা ; যাহাঁ—মফমদুদা ; বাসা—লৈফম ; দেহ—পীরু ; যাঞা—চত্তুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—হে গোপীনাথ ! বৈষ্ণবশিং পুম্নমক পুদ্রুনা চৎলো। লৈগে লৈগে হায়বা মফমদা লৈহল্লুচো।

## তৈননরোল

মতুঙদা লাক্কদৌরিবা পয়ার মূল ১৭৮/১৭৯-দা হায়রিবদি অসিনী মদুদি—গোপীনাথ আচার্যানা হান্নবা চৎত্তুনা মম-কৈ শেংদোক্তুনা থম্লগে ; মুম শেংদোক্তুনা থম্লে হায়বগী পাও খঙদুনা প্রভুনা বৈষ্ণবশিংন মাগী মাগী লৈফম য়ুমদা লৈরুনবা হায়রম্মী। মরমসিনা ১৭৬ পয়ারগী অর্থসি মথাগী-সুম্না হন্বা তাই ; মদুদি—হে গোপীনাথ ! (কাশীমিশ্রগা পরিছাগনা হায়রি, বৈষ্ণবশিংগী লৈননবা য়ুম থোরাঙ তৌরে) : নঙনা পুম্নমক (মী অনীসিবু নঙগা লোয়ননা) পুবগা চৎলো ; চৎলগা (য়ুম-লৈফম থোরাঙ তৌরে হায়না মখোয়না) হায়বা মফম মফমদুদা (বৈষ্ণবশিংগী) লৈফম শীন্দুনা পীহল্লু।

মূল ১৭২

মহাপ্রসাদান্ন দেহ বাণীনাথ-স্থানে।
সর্ববৈষ্ণবের ইঁহো করিবে সমাধানে ॥ ১৭২ ॥

শব্দার্থ

মহাপ্রসাদ-অন্ন—জগন্নাথগী প্রসাদ অন্ন ; দেহ—পীয়ু ; বাণীনাথ-স্থানে—বাণীনাথগী মফমদা ; সর্ববৈষ্ণবের—বৈষ্ণবপুম্নগী ; ইঁহো—মহাক্না (বাণীনাথনা) ; করিবে—তৌগনী ; সমাধানে—থোরাঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা গোপীনাথদা হায়রম্মী)—বাণীনাথগী মফমদা মহাপ্রসাদ পীয়ু। বাণীনাথনা বৈষ্ণব পুম্নমকপু প্রসাদ পীক্তনবা শীনগনী।

## মূল ১৭৩-১৭৪

আমার নিকটে এই পুষ্পের উদ্যানে।
একখানি ঘর আছে পরম-নির্জ্জনে ॥ ১৭৩ ॥
সেই ঘর আমাকে দেহ, আছে প্রয়োজন।
নিভৃতে বসিয়া তাঁহা করিব স্মরণ ॥ ১৭৪ ॥

## শব্দার্থ

আমার নিকটে  ঐগী নাক্তা ; এই— অসী ; পুষ্পের—লৈরাংগী ; উদ্যানে—লৈকোন্দা ; একখানি—অমা ; ঘর— য়ুম ; আছে—লৈ ; পরম -যৌনা ; নির্জ্জনে—মীপোং-চঙদবা অচৌকপদা ; সেই ঘর— য়ুম অদু ; আমাকে—ঐঙোন্দা ; দেহ —পীয়ু ; আছে—লৈ ; প্রয়োজন—কানবা ; নিভৃতে—অচৌকপদা ; বসিয়া—ফম্লগা ; তাঁহা—মহাকপু ; করিব—তৌগনী ; স্মরণ ( শ্রীকৃষ্ণবু নত্রগা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাবু ) নীঙশীঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী নাক্তা লৈবা লৈকোন্সিদা য়াম্না চৌক্না য়ুম অমথক লৈ। য়ুমদু ঐঙোন্দা পীয়্ ; থবক মরম অমা কানগদবা লৈ। অচৌকপদা ফমদুনা মফমদুদা ( শ্রীকৃষ্ণবু নত্রগা শ্রীকৃষ্ণলীলাবু ) নীঙশীঙগে।

## নৈনরোল

হরিদাস ঠাকুরনা লৈকোয়্বদা অচৌবা মফম মচেৎ অমত্তং পায়রম্মী ; মাগীদমক প্রভুনা লৈকোনগী অচৌবা য়ুমদো পীয়্ হায়রম্মী।

পুষ্পের উদ্যান- লৈকোন ; লৈকোন্ অসী কাশীমিশ্রগী য়ুমগা ( প্রভুনা লৈরম্বা য়ুমদুগা ) থংনন্না হংলোমদা লৈরম্মী।

## মূল ১৭৫-১৭৬

মিশ্র কহে— সব তোমার, মাগ কি কারণ।
আপন ইচ্ছায় লহ— চাহ যেই স্থান ॥ ১৭৫ ॥
আমি দুই হই তোমার দাস আজ্ঞাকারী।
যেই চাহি, সেই আজ্ঞা কর কৃপা করি ॥ ১৭৬ ॥

## শব্দার্থ

মিশ্র কহে—কাশীমিশ্রনা হায় ; সব—লোইনমক ; তোমার—নঙগীনী ; মাগ—নিরি ; কি—করি ; কারণ—মরমগী ; আপন ইচ্ছায়—নছানা পাম্লগদি ; লহ—লৌ ; চাহ—পাম্বা : যেই স্থান—মফমত্তু ; আমি দুই—ঐখোয় অনী : দুই দুই : তোমার দাস—ননাই ; আজ্ঞাকারী—য়াথং-ইন্‌বা ; যেই চাহি অপাম্বত্তু ; সেই—মতুমক ; আজ্ঞা কর—য়াথং তাউথাবিয়ু ; কৃপা করি—চান্‌বিহুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাশীমিশ্রনা হায়রম্মী— লোইনমক নঙগী ভাক্নী ; করিগী নিরিবনো ? নীঙক নীঙকপদা অপাম্বা মফমত্তু হেক্তা লৌবিয়ু। ঐখোয়নীদি নঙগী য়াথং-ইন্‌বা মীনী। অপাম্বত্তুমক চান্‌বিহুনা য়াথং তাউথবীয়ু।

## মূল ১৭৭

এত কহি দুইজন বিদায় করিলা।
গোপীনাথ বাণীনাথ দুই সঙ্গে দিলা॥ ১৭৭ ॥

শব্দার্থ

এত—অসিখক ; কহি হায়রগা : দুইজন—মী অনীতু ; বিদায় করিলা—বিদায় তৌখ্রে ; গোপীনাথ বাণীনাথ দুই গোপীনাথ বাণীনাথ অনী ; সঙ্গে—লোয়ননা : দিলা—পীখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মা অসিথক হায়রগা মী অনীতু ( কাশীমিশ্রগা পণ্ডিতগা ) বিদায় লৌতুনা চংখ্রে। গোপীনাথ অমসুং বাণীনাথবু অনীতুগা লোয়ননা পীখ্রে।

## মূল ১৭৮

গোপীনাথে দেখাইল সব বাসাঘর।
বাণীনাথ ঠাঞি দিল প্রসাদ বিস্তর॥ ১৭৮ ॥

### শব্দার্থ

গোপীনাথে—গোপীনাথদা ; দেখাইল—উৎখি ; সব—পুম্নমক ; বাসাঘর—লৈননবা য়ুম ; বাণীনাথ ঠাকুরে—বাণীনাথগী মফমদা ; দিল—পিখি ; প্রসাদ বিস্তর—প্রসাদ মরাং কায়না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীনাথদা লৈননবা য়ুম পুম্নমক উৎখি। বাণীনাথগী মফমদা প্রসাদ য়াম্না মথৈ পীখি।

### মূল ১৭৯

বাণীনাথ আইলা অন্ন-পিঠা-পানা লৈয়া।
গোপীনাথ আইলা বাসার সংস্কার করিয়া॥ ১৭৯॥

### শব্দার্থ

বাণীনাথ আইলা—বাণীনাথনা লাকখি ; অন্ন—চাক ; পিঠা—তল ; পানা—থক্নবা পোৎ ( সরবৎকুম্বা ) ; লৈয়া—পুদুনা ; গোপীনাথ আইলা—গোপীনাথনা লাক্খি ; বাসার—য়ুমগী ; সংস্কার—শেংদোকপা , করিয়া—তৌদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাণীনাথনা চাক, তল, সরবৎনচিংবা থক্নবা পোৎ পুদুনা লাক্খি। গোপীনাথনা য়ুম শেংদোক-চাম্থোক্লগা লাক্খি।

### মূল ১৮০

মহাপ্রভু কহে—শুন সব বৈষ্ণবগণ।
নিজ নিজ বাসা সভে করহ গমন॥ ১৮০॥

### শব্দার্থ

মহাপ্রভু কহে—মহাপ্রভুনা হায়রম্খী ; শুন—নাকোঙনা তাবিয়ু ; সব—পুম্নমক ; বৈষ্ণবগণ—বৈষ্ণবশিং ; নিজ নিজ—নছা নছাগী ; বাসা ঘুমদা ; সভে—পুম্নমক্না ; করহ—তৌরো ; গমন—চৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা হায়রম্মী—বৈষ্ণবশিং পুম্নমক তাও, নহা নহাক্সী চুমদা লোইনমক চৎলো।

মূল ১৮১

সমুদ্র স্নান করি কর চূড়া দরশন।

তবে এথা আসি আজি করিবে ভোজনে॥ ১৮১ ॥

শব্দার্থ

সমুদ্র স্নান—সমুদ্রদা ইরুজবা ; করি—তৌরগা ; কর—তৌ ; চূড়া-দরশন—জগন্নাথগী মন্দিরগী চূড়া-দরশন ; তবে—অদুদগী ; এথা—মফমসিদা ; আসি—লাকুনা ; আজি—ঙসি ; করিবে—তৌও ; ভোজনে—চাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা হায়রম্মী )—সমুদ্র স্নান তৌরগা জগন্নাথগী মন্দির-চূড়া দর্শন তৌ। অদুদগী মফমসিদা লাকুনা ঙসি প্রসাদ খুল্লরো।

তাৎপর্য

চূড়া-দরশন—নুমীৎতুগী মতমদুদা শ্রীজগন্নাথ দর্শন তৌবদু খুদোং চাররোই হায়দুনা চূড়া দর্শন তৌরগা হল্লকবা হায়রম্মী।

মূল ১৮২

প্রভু নমস্করি সভে বাসাতে চলিলা।

গোপীনাথাচার্য্য সভায় বাসা স্থান দিলা॥ ১৮২ ॥

শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুবু ; নমস্করি—খুরুম্লগা ; সভে—লোইনমক ; বাসাতে—য়ুমদা ; চলিলা—চৎখি ; গোপীনাথাচার্য্য—গোপীনাথ আচার্য্যনা ; সভায়—( বৈষ্ণব ) পুম্নমক্তা ; বাসাস্থান—লৈফম ; দিলা—পীখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈষ্ণব পুম্নমক প্রভুবু খুরুম্লগা য়ুমদা চৎখি। গোপীনাথাচার্য্যনা মখোয় পুম্বদা লৈফম য়ুম পীখি।

## মূল ১৮৩

তবে প্রভু আইলা হরিদাস-মিলনে।
হরিদাস করে প্রেমে নাম-সংকীর্ত্তনে ॥ ১৮৩ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; প্রভু আইলা—প্রভুনা লেঙলকৃখি ; হরিদাস-মিলনে—হরিদাসগা উননবা ; হরিদাস করে—হরিদাসনা তৌয়ি ; প্রেমে—নুংশিনা ; নাম সংকীর্ত্তনে—হরি-নাম শোন্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী প্রভুনা হরিদাসগা উনগে হায়না থোরকৃখি। হরিদাসনা প্রেম য়াওনা নাম শোল্লম্মী।

## মূল ১৮৪

প্রভু দেখি পড়ে আগে দণ্ডবৎ হৈয়া।
প্রভু আলিঙ্গন কৈল তারে উঠাইয়া ॥ ১৮৪ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু দেখি—প্রভুব উবদা ; পড়ে—তুরম্মী ; আগে—মাঙদা ; দণ্ডবৎ হৈয়া—চৈথাংগুম্না তিংদগা খুকম্জনা , প্রভু—প্রভুনা ; আলিঙ্গন—খোন্বা ; কৈল—তৌখি ; তারে—মহাকপু ; উঠাইয়া—হোৗগৎপিরগা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা উবদা প্রভুগী মাঙদা হরিদাসনা দণ্ডবৎ তোরম্মী ; প্রভুনা মাবু হোৗগৎপিরগা কোন্বিরম্মী।

## মূল ১৮৫

দুইজনে প্রেমাবেশে করেন ক্রন্দনে।
প্রভুগুণে ভৃত্য বিকল প্রভু ভৃত্যগুণে ॥ ১৮৫ ॥

### শব্দার্থ

দুইজনে—অনীমক ; প্রেমাবেশে—কৃষ্ণপ্রেমদা নুম্লনা ; করেন—

তৌয়ি ; ক্রন্দনে--কপ্পা ; প্রভুগুণে—প্রভুগী গুন্না ; ভৃত্য—মনাই ; বিকল—হীক্থবা ; প্রভু—প্রভুনা ; ভৃত্যগুণে—মনাইগী গুন্না।

মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা

অনীমক্কা ( প্রভুগা হরিদাসগা ) প্রেমদা মূন্খিহুনা কপ্লম্মী। প্রভুগী গুণ নীঙশীঙলগা মনাই হরিদাস হীক্থরম্মী অহুগা মনাইগী গুণ নীঙশীঙলগা প্রভুসু হীক্থরম্মী।

## তৈনবরোল

প্রভুগুণে—প্রভুগী ভক্তবাৎসল্যানচিংবা গুণ অহুনা। ভৃত্যগুণে—ভক্তগী প্রীতিগী মশক ওইবা ( নম্রগা দৈন্যগী মশক ওইবা ) গুণ অহুনা।

## মূল ১৮৬

হরিদাস কহে--প্রভু ! না ছুঁইহ মোরে।

মুঞি নীচ অস্পৃশ্য পরম পামরে ॥ ১৮৬ ॥

## শব্দার্থ

হরিদাস কহে—হরিদাসনা হায় ; প্রভু—হে প্রভু ; না ছুঁইহ—শোকন্নু ; মোরে—ঐবু ; মুঞি—ঐ ; নীচ—অপীক্পা জাৎনী ; অস্পৃশ্য—শোক্কবা-য়াদবা ; পরম-পামরে--য়ৌনা জাৎ তোন্বনী।

মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা

হরিদাসনা হায়রম্মী—প্রভু ! ঐবু শোক্পীগনু। ঐদি অপীক্পা শোক্কবা-য়াদবা য়ৌনা তোন্বা জাৎনী।

## মূল ১৮৭

প্রভু কহে—তোমা স্পর্শি পবিত্র হইতে।

তোমার পবিত্র-ধর্ম্ম নাহিক আমাতে ॥ ১৮৭ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; তোমা—নঙবু শোকয়ি ; পবিত্র—অশেঙবা ; হইতে—ওইননবা ; তোমার নঙগী ; পবিত্র-ধর্ম্ম—অশেঙবা ধর্ম্মদো ; নাহিক—লৈতে ; আমাতে ঐঙোন্দা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—ঐহাক পবিত্র ওইননবা হায়দুনা নঙবু শোকৃখিবনী। নঙোন্দা য়াওবা পবিত্র-ধর্ম্মদু ঐঙোন্দা য়াওদে।

মূল ১৮৮-১৮৯

ক্ষণে ক্ষণে কর তুমি সর্ব্বতীর্থে স্নান।
ক্ষণে ক্ষণে কর তুমি যজ্ঞ তপ দান ॥ ১৮৮ ॥
নিরন্তর কর চারি-বেদ-অধ্যয়ন।
দ্বিজন্যাসী হৈতে তুমি পরম-পাবন ॥ ১৮৯ ॥

শব্দার্থ

ক্ষণে ক্ষণে—ক্ষণ খূদিংদা ; কর—তৌয়ি ; তুমি—নঙনা ; সর্ব্বতীর্থে—তীর্থ পুম্নদা ; স্নান—ইরুজবা ; ক্ষণে ক্ষণে—ক্ষণ খূদিংগী ; কর তুমি—নঙনা তৌখি ; যজ্ঞ—কৎপা ; তপ—অরাবা নঙনা লাইনীঙবা ; দান—পীথোকপা ; নিরন্তর—তত্তনা ; কর—( নঙনা ) তৌয়ি ; চারি—মরি ; বেদ-অধ্যয়ন—বেদ তম্বা ; দ্বিজ—ব্রাহ্মণ ; ন্যাসী—সন্ন্যাসী ; হৈতে—দগী ; তুমি—নহাক ; পরম-পাবন—য়েৌনা শেংদোকঙম্বনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা মখা তাথরম্মী )—হরিদাস নঙদি ক্ষণ খূদিংগী তীর্থ পুম্নদা স্নান তৌয়ি। ক্ষণ খূদিংগী যজ্ঞ-তপ-দান তৌয়ি। তত্তনা বেদ মরি তম্মী। অদুনা নহাক্তি ব্রাহ্মণ অমসুং সন্ন্যাসীদগী নঙনা পরম-পাবন ( হেন্না শেং-দোকঙম্বা ) হায়বনী।

কৈনরোল

সর্ব্বতীর্থে স্নান-তীর্থ পুম্নমক্দা স্নান তৌরগা ফংগদবা ফল—পবিত্রতা ( শেংবা ) হায়বদু নামসঙ্কীর্তন মথন্তমক তৌরগা ফংবা য়াই। তীর্থস্নান, যজ্ঞ, তপ, দান হায়বনচিংবগী ফল ওইনা পাপ কোকৃপা, ভুক্তি-মুক্তি নচিংবা ফংবা য়াই। অদুবু মসী পুম্নমক শ্রীহরিনামগী আভাস-তনা ফংবা য়ায় ; নামাভাসগী মতেঙনা অজামিল হায়বদুনা বৈকুণ্ঠ ফাওবা ফংখি। নামগী আভাস-তনা ফল ময়ামসে ফংবা য়াবা অদুগুম্বা নাম হায়বদু হরিদাসনা অতং-অখম লৈতনা য়াম্না পাম্‌শন্না শোল্লম্মী। নামগী ফল

মঙাগুবা পুরুষার্থ ওইরিবা প্রেম হায়বছু ফংবগা লোয়ননা সংসার মাঙজী, দেহনা পিম্ময় ওইবা ঙম্মী। মরমছুনা শ্রীহরিদাস ঠাকুরগী দেহদি পরম পবিত্রনী হায়বদা চিংননঙাই করিমতা লৈতে; মরমছুনা কলিবু পাবন তৌগে হায়না তৌরকপা অবতার শ্রীমন্‌মহাপ্রভুনা—ভজনগী মাহাত্ম্য ফোঙদোকপনা মহাক্কী উদ্দেশ্য মকোক ওইরিবা মহাক্না—হায়রম্মী, "হে হরিদাস! নাম-গী পাঙ্গন্না নঙগী দেহ পরম পবিত্র ওইরে; তীর্থস্নান-যজ্ঞ-তপনচিংবা তৌরগা ওইবা ফল-দগী য়াম্না হেন্না ফল ফংলে নহাক্তি; ঐ ইছামক পবিত্র ওইনবা হায়দুনা নঙবু শোক্‌পনী। বেদ মরি তম্লগা কনাগুম্বনা ভগবান্‌গী কৃপাদগী বেদগী মর্ম্ম ফংবা ঙম্লবদি মহাক্কুনা খঙবা ঙম্মী, মতুদি—শ্রীকৃষ্ণ ভজন হায়বতুদনা বেদনা মুখ্য ওইনা তাক্লিবা বিষয়নী; হরিদাস, নঙদি তত্তুনা শ্রীকৃষ্ণ-ভজন অদুতা তৌরিবনী, মরমছুনা নঙ তত্তুনা বেদ পাঠ তৌরিবনী।"

**পরম-পাবন**—পরম পবিত্র, অতোপ্পবু শেংদোক্লবা খ্বাইদগী থোইবা উপায়। মতম পূম্বদা শ্রীহরিনাম কীর্ত্তন তৌবা মীওনা শ্রদোনামা শাগৈদা পোক্লবসু, শ্রীকৃষ্ণ-নীঙদবা ব্রাহ্মণ নত্রগা সন্ন্যাসীদগীসু মহাক্ন হেন্না পবিত্র ওই; মহাক্না শোক্‌পীরবদি জীবনা পাপ-চেন্দবা অমসুং অশেঙবা (পবিত্র) ওইবা ঙম্মী।

পয়ার অনীসিগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌দগী শ্লোক অমা লৌখংলি।

মূল ১৯০

অহো বত শ্বপচোঽতো গরীয়ান্‌
যজ্জিহ্বাগ্রে বর্ত্ততে নাম তুভ্যম্‌।
তেপুস্তপস্তে জুহুবুঃ সস্নুরার্য্যা
ব্রহ্মানূচুর্নাম গৃণন্তি যে-তে ॥ ১৯০ ॥

**শব্দার্থ**

অহো বত—অহো কয়াদা ঙক্‌প্রবা; শ্বপচ:—কুক্কুর-চাবা; অতঃ—মরমছুনা; গরীয়ান্‌—অথোইবনী, পূজা-তৌফম্মী; যৎ—মহাক্কী;

জিহ্বাগ্রে—লৈয়েংমতোন্দা ; বর্ত্ততে—লৈ ; নাম—মিংলেন্ ; তুভ্যম্—নহাক্কী ; তেপুঃ—তোপ তৌরবনী ; তপঃ—তপ ; তে—মখোয়হুনা ; জুহুবুঃ—যজ্ঞ তৌরবনী ; সস্নুঃ—স্নান তৌরবনী ; আর্য্যাঃ—সদাচার-চৎপনী ; ব্রহ্ম—বেদ ; অনূচুঃ—পাঠ তৌরবনী ; গৃণন্তি—লৌয়ি ; যে—মখোয়হুনা ; তে—নহাক্কী।

মৈতৈলোন্দা শ্লোকপা

দেবহূতিনা শ্রীকপিলদেবদা হায়রম্মী—কনাগুম্বা মী মহাক্কী লৈয়েং-মতোন্দা নঙগী নাম লৈরবা, অদুগুম্বা মীদো শাহুয়-চাবা ওইরবসু মরমহুনা (মাগী লৈয়েং মতোন্দা নাম লৈ হায়হুনা) পূজা-তৌকম ওইয়ে। নঙগী-নামবু কীর্ত্তন তৌহুনা লৈবা মখোয় অদুতনা সদাচার চৎপনী, মখোয়তনা তপস্যা তৌরবনী, মখোয়তনা যজ্ঞ তৌরবনী, মখোয়তনা তীর্থস্নান তৌরবনী অমসুং মখোয়তনা বেদ অধ্যয়ন তৌরবনী।

## নৈনরোল

জিহ্বাগ্রে—লৈয়েঙগী মতোন্দা ; ধ্বনিদি (খোন্থাংদি) অসিনী মহুদি—লৈয়েঙ পূম্বনা হরিনাম উচ্চারণ তৌবগী রাদি থমগ্রহুনা, লৈয়েঙগী মতোন্দদা নাম অদু লৈরবদি। নাম—শ্রীভগবানগী মিং। একবচনগী ওইবা নাম শব্দ শীজিন্নবগী তাৎপর্য্যদি অসিনী মহুদি, ভগবানগী মিংলেনময়ামগী রাদি থমগ্রহুনা, মিংলেন অমথক্তা লৈয়েঙগী মতোন্দা লৈরবদি, লৈয়েঙ মপুহুনা হূঈ-শা-চাবা অতোন্বা জাত্তা পোক্লবসু অদুগা সমাজগী মায়কৈরোমদা য়েংলগা যাম্না তুকচনঙাই ওইরবসু—মাগী লৈয়েঙ-মতোন্দা ভগবানগী নাম লৈবা মরম্না মহাক—গরীয়ান্—যাম্না হেন্না থোইবা অমনী, মরমহুনা মহাক নাম মন্ত্রগী পাউত্ত রুচিংবা পীবদা মতীকচাবা গুরু অমগুম্বনী (চক্রবর্ত্তী); জপ-হোম-তপস্যা-বেদাধ্যয়ন-তৌবা মীশিংদগী-ফাওবা মহাক্না হেল্লী (ক্রমসন্দর্ভ)। কনাগুম্বনা য়েৎপা য়াই, মরৈ-মতোন্দা ভগবানগী নাম লৈরবসু মহাক্না হূঈ-শা-চাবা ওইনা যজ্ঞ-তপস্যা বেদাধ্যয়ন-চিংবা তৌবা য়াগদরা ? পাউখুম—লোকাচার মতুং ইন্না বেদ-অধ্যয়ন তৌবগী অধিকার শ্বপচ অমগী লৈত্রবসু, ভগবন্নামগী কৃপানা স্বরূপকী হায়রগদি অধিকারহু পোক্লকয়ি ; সমাজনা কোংনা মতোন্দা অধিকারহু

পীত্রকস্তু, মেপোন্মো মহাক্না বেদ অধ্যয়ন তৌত্রবস্তু তশেংবদি হোম-তপস্যা-বেদ-অধ্যয়নচিংবহু নামকীর্ত্তনগা লোয়ন-লোয়ননা মহাক তৌরবনী। মরমদি "ত্বন্নামকীর্ত্তনে তপ আহুস্তর্ভূতং—হোম-তপস্যা-বেদ-অধ্যয়নচিংবহু ভগবানগী নাম শোন্‌বগী মতুং চল্লবনী ( স্বামী অমসুং শ্রীজীব )।" মসিগী তাৎপর্য্যদি অসিনী মহুদি— ভগবানগী নাম শোনবগী ফল অহুদা তপস্যান-চিংবগী ফল-সু য়াওরবনী, ভগবন্নামকীর্ত্তন তৌবনা তপস্যানচিংবগী ফল-সু ফংবা য়াই ; মরমহুনা তোঙান্না তপস্যানচিংবা তৌবদি নাম-কীর্ত্তন-তৌবা মীগীদি কান্নত্রে। তশেংবমকস্তু, ভগবানগী নাম-শোন্‌বা মীশিংদনা আর্য্যঃ— সদাচার-চৎলবনী ; সদাচার পুল্লপকী মূল দি ( মরুদি ) ভগবৎ-স্মৃতি ( ভগবানব নীঙশীঙবা ) নত্রগা ভগবন্নাম-স্মৃতি ( ভগবানগী মিংলেনবু নীঙশীঙবা) হায়বহুনী ( সততং স্মর্ত্তব্যো বিষ্ণুর্বিস্মর্ত্তব্যো ন জাতুচিৎ। সর্ব্বে বিধিনিষেধাঃ স্যুরেতয়োরেব কিঙ্করাঃ। ভ, র, সি, ১/২/৫ ) ; সদাচার অতৈদি ভগবৎ স্মৃতিমূলক আচারগী তুংইন্‌বা আচার ওাক্নী ; মরমহুনা ভগবানগী নাম শোন্‌বা মখোয়হুনা অশেংবা সদাচার তৌবনী। অহুদগী হেন্দোক্না, মখোয়দি তপস্যা তৌবনী, হোম তৌরনী, তীর্থ পুস্বদা স্নান তৌবনী অমসুং ব্রহ্ম—বেদ অনূচুঃ— পাঠ তৌবনী। নাম কীর্ত্তনগা লোয়ন-লোয়ননা মখোয়গী হোম-তপস্যা নচিংবা ওইরবনী—মসিমক তেপুঃ-নচিংবা ক্রিয়াদা অতীতকাল শীজন্নবা অসিনা তাক্লবনী। "তেপুরিত্যাদিষু ভূত-নির্দ্দেশাৎ গৃণন্তীতি বর্ত্তমাননির্দ্দেশাৎ ত্বন্নামানি গৃহ্নমাণ এব তপোযজ্ঞাদয়ঃ সর্ব্বে কৃতা এব ভবন্তি। চক্রবর্ত্তী।

মূল ১৯১

এত বলি তাঁরে লঞা গেলা পুষ্পোদ্যানে।

অতিনিভৃত সেই গৃহে দিল বাসস্থান ॥ ১৯১ ॥

শব্দার্থ

এত—অসিথক ; বলি—হায়রগা ; তারে—মহাকপু ; লঞা—পুহুনা ; গেলা—চৎখি ; পুষ্পোদ্যানে—লৈকোন্দা ; অতি—য়াম্না ; নিভৃত—চীকপা ; সেই গৃহে—যুম অহুদা ; দিল—পীখি ; বাসস্থান—লৈফম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাসী হায়রগা প্রভুনা মহাকপু ( হরিদাসবু ) লৈকোন্দা পুহনা লেঙখি। য়াম্না চীকপা য়ুমদা লৈফম পীরম্মী।

মূল ১৯২

এই স্থানে রহ — কর নামসঙ্কীর্ত্তন।

প্রতিদিন আসি আমি করিব মিলন ॥ ১৯২ ॥

শব্দার্থ

এই স্থানে— মফমসিদা ; রহ—লৈয় ; কর—তৌও ; নামসঙ্কীর্ত্তন—হরিনাম শোল্লো ; প্রতিদিন— হুমিং থৃদিংগী ; আসি—লাক্লুনা ; আমি—ঐ ; করিব মিলন—উনরগনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মহাপ্রভুনা হায়রম্মী )—মফমসিদা লৈরো ; নাম শোল্লো ; হুমীং থৃদিংগী ঐহাক লাক্লগা উনরগে।

মূল ১৯৩

মন্দিরের চক্র দেখি করহ প্রণাম।

এই ঠাঞি তোমার আসিবে প্রসাদান্ন ॥ ১৯৩ ॥

শব্দার্থ

মন্দিরের চক্র— জগন্নাথগী মন্দিরগী মতোন্দা থিল্লিবা চক্র ; দেখি — য়েংহুনা ; করহ—তৌ ; প্রণাম—খুরুম্বা ; এই ঠাঞি— মফমসিদা ; তোমার—নঙগী ; আসিবে—লাক্কনী ; প্রসাদান্ন—লাইদা কৎপা চাক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা মথা হায়খম্মী—শ্রীজগন্নাথগী মন্দিরগী মতোন্দা যুংলিবা চক্রহু উরগা খুরুম্জু। মফমসিদা নঙনা থৃন্নবা জগন্নাথগী প্রসাদ অন্ন পুবক্কনী।

মূল ১৯৪

নিত্যানন্দ জগদানন্দ দামোদর মুকুন্দ।

হরিদাসে মিলি সভে পাইল আনন্দ ॥ ১৯৪ ॥

শব্দার্থ

নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ ; জগদানন্দ—শ্রীজগদানন্দ ; দামোদর—স্বরূপ দামোদর ; মুকুন্দ—শ্রীমুকুন্দ দত্ত ; হরিদাসে—হরিদাসবু ; মিলি—উনবদা ; সভে—লোইনমক্না ; পাইল—ফংখি ; আনন্দ—নুংঙাইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীজগদানন্দ, শ্রীদামোদর, শ্রীমুকুন্দ—মখোয় পুম্নমক্না হরিদাস ঠাকুরবু উনবদা হরাওজখি।

মূল ১৯৫

সমুদ্র-স্নান করি প্রভু আইল নিজস্থানে।
অদ্বৈতাদি গেলা সিন্ধু করিবারে স্নানে॥ ১৯৫ ॥

শব্দার্থ

সমুদ্র-স্নান—সমুদ্রদা ইরুজবা ; করি—তৌবগা ; প্রভু আইল—প্রভু লেঙলকৃখি ; নিজস্থানে—মরন্নাই মফমদা ; অদ্বৈতাদি—শ্রীঅদ্বৈতনচিংবনা ; গেলা—লেঙখি ; সিন্ধু—সমুদ্রদা ; করিবারে—তৌননবা ; স্নানে—ইরুজবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সমুদ্রস্নান তৌরগা প্রভুনা লন্নাই মফমদা লেঙলকৃখি। শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনচিংবা ময়াম্না সমুদ্র স্নান তৌনবা লেঙখি।

মূল ১৯৬

আসি জগন্নাথের কৈলা চূড়া-দরশন।
প্রভুর আবাসে আইলা করিতে ভোজন॥ ১৯৬ ॥

শব্দার্থ

আসি—লাক্নুনা ; জগন্নাথের—জগন্নাথগী ; কৈলা—তৌরম্মী ; চূড়া-দরশন—মন্দিরগী মতোন থুরুম্বা ; প্রভুর আবাসে—প্রভুগী শঙ্গায়দা ; আইলা—লাকৃখি ; করিতে—তৌবা ; ভোজন—চাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শ্রীঅদ্বৈতনচিংবন্থ সমুদ্র-স্নান তৌবদগী) লাক্লগা শ্রীজগন্নাথগী মন্দিরগী চূড়া য়েংলগা থুরুম্‌থুনা প্রভুগী শঙ্গায়দা প্রসাদ থুন্নবা হল্লকখি।

মূল ১৯৭

সভারে বসাইল প্রভু যোগ্য ক্রম করি।
শ্রীহস্তে পরিবেশন কৈল গৌরহরি ॥ ১৯৭ ॥

শব্দার্থ

সভারে—পুম্নমকপু; বসাইল—ফম্‌হল্লম্মী; প্রভু—প্রভুনা; যোগ্য—মতীক চানা; ক্রম—মথং মনাও; করি—তৌদুনা; শ্রীহস্তে—প্রভুগী খৎমক্না; পরিবেশন—য়েন্‌বা-হাপ্পা; কৈল—তৌখি; গৌরহরি—শ্রীগৌর ঙ প্রভুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ন তৈচাব মথঙ-মনাও নাইনা মখোয় লোইনমকপু প্রভুনা ফম্‌হল্লম্মী। শ্রীগৌরহরিনা মখৎমক্না চাক-য়েন্‌ছাং য়েন্‌-হাপ্পা তৌরম্মী।

মূল ১৯৮

অল্প অন্ন না আইসে দিতে প্রভুর হাথে।
দুই তিনজনার ভক্ষ্য দেন একেক পাতে ॥ ১৯৮ ॥

শব্দার্থ

অল্প অন্ন—খর খরদা; না আইসে—লাক্তে; দিতে—হাপ্পদা; প্রভুর হাথে—প্রভুগী খুত্তা; দুই—অনি; তিন—অহুম; জনার—মীগী; ভক্ষ্য—চাননবা; দেন—হাপ্পী; একেক—অমমম; পাতে—চাক্লুক্লাদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী খুৎনা লৌখৎপদা চাক অদু খর খরদমক পায়রমদে। চাক্লুক্লা অমমমদা মী অনী-অহুম্না চাগদবা শক্লকমক হাপ্লম্মী।

## মূল ১৯৯

প্রভু না খাইলে কেহো না করে ভোজন ।

উর্দ্ধ হস্তে বসিয়া বসিলা ভক্তগণ ॥ ১৯৯ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুনা ; না খাইলে—হাদ্রগদি ; কেহো—কনামতা ; না করে—তৌদে ; ভোজন—চাবা ; উর্দ্ধহস্তে—খূৎ রাংনা থাঙ্গৎতুনা ; বসিয়া—ফমহৌনা ; রহিলা—লৈখি ; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হাদ্রিমখৈ কনামতনা চারমদে । অদুনা ভক্তশিংদুনা খূৎ রাংনা থাঙ্গৎলগা ফমহৌনা লৈরম্মী ।

## মূল ২০০

স্বরূপ গোসাঞি প্রভুরে কৈল নিবেদন ।

তুমি না বসিলে কেহো না করে ভোজন ॥ ২০০ ॥

### শব্দার্থ

স্বরূপ গোসাঞি—স্বরূপ দামোদর গোস্বামীনা ; প্রভুরে—প্রভুদা ; কৈল—তৌরম্মী ; নিবেদন—হঙ্গৎপা ; তুমি—নহাক্না ; না বসিলে—ফমদ্রগদি ; কেহো—কনামতনা ; না করে—তৌরোই ; ভোজন—চাবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বরূপ দামোদর গোস্বামীনা প্রভুদা হঙ্গৎলম্মী নহাক্না ফমদ্রগদি কনামতা চাররোই ।

## মূল ২০১

তোমার সঙ্গে সন্ন্যাসী রহে যতজন ।

গোপীনাথাচার্য্য তারে করিয়াছে নিমন্ত্রণ ॥ ২০১ ॥

### শব্দার্থ

তোমার সঙ্গে—নঙগা লোয়ননা ; সন্ন্যাসী রহে—সন্ন্যাসী লৈবা ; যতজন—মী খিবিক্তো ; গোপীনাথাচার্য্য—শ্রীগোপীনাথাচার্য্যনা ; তারে—মখোয়দু ; করিয়াছে—তৌয়ে ; নিমন্ত্রণ—থাৰ্জোন ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( দামোদরনা হায়থরম্মী )—নঙগা লোয়ননা সন্ন্যাসী খিবিক্তুবু গোপীনাথাচার্য্যনা বার্ত্তোন তৌয়ে।

মূল ২০২

আচার্য্য আসিয়াছে ভিক্ষার প্রসাদান্ন লঞা।
পুরী ভারতী আছে অপেক্ষা করিয়া ॥ ২০২ ॥

শব্দার্থ

আচার্য্য--গোপীনাথ আচার্য্য ; আসিয়াছে—লাক্লে ; ভিক্ষার—লূক হানবগী ; প্রসাদান্ন--শ্রীজগন্নাথদেবদা কৎলুবা চাক ; লঞা—পুতুনা ; পুরী—পরমানন্দ পুরী ; ভারতী—ব্রহ্মানন্দ ভারতী ; আছে—লৈরে ; অপেক্ষা—ঙাইবা ; করিয়া—তৌদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( দামোদরনা অমুক্কা হায়রম্মী )—গোপীনাথাচার্য্যনা প্রভুগী হাননবা শ্রীজগন্নাথদেবগী প্রসাদ অন্ন পুতুনা লাক্লে। শ্রীপরমানন্দ পুরী অমসুং শ্রীব্রহ্মানন্দ ভারতীগসু প্রভুবু ঙাইদুনা লৈরে।

মূল ২০৩

নিত্যানন্দ লঞা ভিক্ষা করিতে বৈস তুমি।
বৈষ্ণবেরে পরিবেশন করিতেছি আমি ॥ ২০৩ ॥

শব্দার্থ

নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দবু ; লঞা—পুতুনা ; ভিক্ষা করিতে—ভিক্ষা ফংনবা ; বৈস—ফম্মুবো ; তুমি—নঙ ; বৈষ্ণবেরে—বৈষ্ণবশিংদা ; পরিবেশন—চাক য়েঙ্খাং য়েন্বা ; করিতেছি—তৌরগে ; আমি—ঐ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( দামোদরনা হায়থরম্মী )—শ্রীনিত্যানন্দবু পুরগা ভিক্ষা ফংনবা ফম্মুরো নহাক, বৈষ্ণবশিংদা পরিবেশন তৌবদু ঐ তৌহৌরগে।

মূল ২০৪

তবে প্রভু প্রসাদান্ন গোবিন্দ হাথে দিল।

যত্ন করি হরিদাস ঠাকুরে পাঠাইল ॥ ২০৪ ॥

শব্দার্থ

তবে--অতুদগী ; প্রভু—প্রভুনা ; প্রসাদান্ন—প্রসাদী-চাক ; গোবিন্দ-হাথে—গোবিন্দগী খুত্তা : দিল—পীখি ; যত্ন করি—যতন তৌনা : হরিদাস ঠাকুরে—হরিদাস ঠাকুরদা ; পাঠাইল---থাখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী প্রভুনা প্রসাদান্নহু গোবিন্দগী খুত্তা পীখি। যতন তৌনা হরিদাস ঠাকুরগীদা থারম্মী।

মূল ২০৫

আপনে বসিল সব সন্ন্যাসী লইয়া।

পরিবেশন করে আচার্য্য হরষিত হঞা ॥ ২০৫ ॥

শব্দার্থ

আপনে—মহামক্না ; বসিল—ফম্লম্মী ; সব—লোইনমক : সন্ন্যাসী—লম্বোইবা ; লইয়া—লোয়নননা ; পরিবেশন করে—চাক-য়েঙ্গাং য়েল্লী ; আচার্য্য—গোপীনাথ আচার্যনা ; হরষিত—হরাওবা ; হঞা—ওইদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভু মহামক সন্ন্যাসী পুম্নমক্কা লোয়নননা ফমথরম্মী। গোপীনাথ আচার্য্যনা হরাওনা পরিবেশন তৌখি।

মূল ২০৬

স্বরূপ গোসাঞি দামোদর জগদানন্দ।

বৈষ্ণবেরে পরিবেশন করে তিনজন ॥ ২০৬ ॥

শব্দার্থ

স্বরূপ গোসাঞি দামোদর—স্বরূপ দামোদর গোস্বামী ; জগদানন্দ—শ্রীজগদানন্দ ; বৈষ্ণবেরে—বৈষ্ণবশিংদা ; পরিবেশন করে—পরিবেশন তৌয়ি ; তিনজন—মী অহুম্মা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বরূপদামোদর গোস্বামীনে জগদানন্দনে (গোপীনাথাচার্য্যগা লোয়ননা) মখোয় মী অহুম্মা বৈষ্ণবশিংদা পরিবেশন তৌখি।

মূল ২০৭

নানা পিঠা-পানা খায় আকণ্ঠ পূরিয়া।
মধ্যে মধ্যে 'হরি' কহে উচ্চ করিয়া ॥ ২০৭ ॥

শব্দার্থ

নানা— মখল মখাগী ; পিঠা— তল ; পানা—থক্লনবা পোং ; খায় —চায়থকখি ; আকণ্ঠ— খৌরি য়োনা থুম্না : পূরিয়া—থন্না ; মধ্যে মধ্যে — মরক মরক্তা , হরি কহে— হরি শোল্লী ; উচ্চ করিয়া—খোন্-রাংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( বৈষ্ণবশিংনচিংবা ময়াম পুম্নমা ) মখল মখাগী পিঠা পানা খৌরি য়োনা থন্না থন্না চারম্মী। মরক মরক্তা খোন রাংনা হরি হরি শোল্লম্মী।

মূল ২০৮

ভোজন সমাপ্তি হৈল—কৈল আচমন।
সভারে পরাইল প্রভু মালা-চন্দন ॥ ২০৮ ॥

শব্দার্থ

ভোজন—চাবা : সমাপ্তি— লোইবা : হৈল— ওইরে ; কৈল আচমন —আচমন তৌরে ; সভারে লোইনমক্তা ; পরাইল - শিতল্লে ; প্রভু— প্রভুনা ; মালাচন্দন— মালাগা চন্দনগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( বৈষ্ণব পুম্নমক ) চাবা থুনবা লোইরে অদুগা আচমন তৌরে (চীন্-তেংলে)। প্রভুনা লোইনমক্না নিম্মাংগ চন্দনগা পীখি।

মূল ২০৯

বিশ্রাম করিতে সভে নিজবাসা গেলা।
সন্ধ্যাকালে আসি পুন প্রভুরে মিলিলা ॥ ২০৯ ॥

### শব্দার্থ

বিশ্রাম—পোথাবা ; করিতে—তৌনবা ; সভে ( বৈষ্ণবশিং ) লোইনমক ; নিজ—মশাগী ; বাসা—য়ুমদা ; গেলা—চৎখি ; সন্ধ্যা—য়াচঙবা ; কালে—মতমদা ; আসি—লাক্লুনা ; পুন—অমুক হন্না ; প্রভুরে—প্রভুবু ; মিলিলা—উনখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পোথানবগীদমক বৈষ্ণবশিং পুম্নমক্কো মশা মশাগী য়ুমদা চৎনরম্মী। য়াচঙবা মতমদা লাক্লুনা অমুক প্রভুগা উনখি।

### মূল ২১০

হেনকালে রামানন্দ আইলা প্রভু-স্থানে।

প্রভু মিলাইলা তারে সব বৈষ্ণব-সনে ॥ ২১০ ॥

### শব্দার্থ

হেনকালে—মতম অসিদ্রাইদা ; রামানন্দ—রামানন্দ রায়না ; আইলা—লাক্খি ; প্রভু-স্থানে—প্রভুগী মফমদা ; প্রভু—প্রভুনা ; মিলাইলা—উনহন্খি ; তারে—মহাকপু ( রামানন্দবু ) ; সব বৈষ্ণব সনে—বৈষ্ণব পুম্নমক্কা লোয়নননা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম অসিদ্রাইদা শ্রীরামানন্দ রায়না প্রভুগী নাক্তা লাক্খি। মহাকপু প্রভুনা বৈষ্ণবশিং পুম্নমক্কা উনহন্খি।

### মূল ২১১

সভা লঞা গেলা প্রভু জগন্নাথালয়।

কীর্ত্তন আরম্ভ তাহাঁ কৈলা মহাশয় ॥ ২১১ ॥

### শব্দার্থ

সভা—পুম্নমকপু ; লঞা—পুরগা ; গেলা—চৎখি ; প্রভু—প্রভুনা ; জগন্নাথ-আলয়—শ্রীজগন্নাথদেবগী মন্দিরদা ; কীর্ত্তন আরম্ভ—কীর্ত্তন হৌবা ; তাহাঁ—মফমদুদা (মন্দিরদা) ; কৈলা—তৌখি ; মহাশয়—প্রভুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ময়াম পুন্নমকপু পুদুনা প্রভুনা শ্রীজগন্নাথগী মন্দির তাপ্পা লেঙভী। মন্দিরদুদা প্রভুনা কীর্তন তৌখি।

মূল ২১২

সন্ধ্যাধূপ দেখি আরম্ভিলা সঙ্কীর্তন।

পড়িছা আনি দিল সভারে মালাচন্দন ॥ ২১২ ॥

শব্দার্থ

সন্ধ্যাধূপ—সন্ধ্যাগী ধূপ আরতি; দেখি—উবগা; আরম্ভিলা—তৌখি; সঙ্কীর্তন—সঙ্কীর্তন; পড়িছা আনি—পড়িছানা পুরক্লনা; দিল—পীখি, সভারে—পুন্নমক্তা; মাল্যচন্দন—নির্মাল্যগা চন্দনগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়াচঙবগী ধূপ আরতি উবগা সঙ্কীর্তন হৌরম্মী। পড়িছানা মাল্যগা চন্দনগা পুবক্লনা পীরম্মী।

মূল ২১৩

চারিদিকে চারি সম্প্রদায় করে সঙ্কীর্তন।

মধ্যে নৃত্য করে প্রভু শচীর নন্দন ॥ ২১৩ ॥

শব্দার্থ

চারিদিকে—মায়কৈ মরিদা; চারি সম্প্রদায়—দল (কাণ্ডবু) মরিনা; করে সঙ্কীর্তন—সঙ্কীর্তন তৌই; মধ্যে—ময়ায়দা; নৃত্য—জগোই; করে—শাই; প্রভু—প্রভু; শচীর নন্দন—শচীগী মচানা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়কৈ মরিদা কীর্তনগী দল মরিনা সঙ্কীর্তন তৌয়ি; ময়ায়দা শ্রীশচী-দেবীগী মপারি প্রভুনা জগোই শাই।

মূল ২১৪

অষ্ট মৃদঙ্গ বাজে বত্রিশ করতাল।

হরিধ্বনি করে বৈষ্ণব কহে 'ভাল ভাল' ॥ ২১৪ ॥

শব্দার্থ

অষ্ট—নীপাল ; মৃদঙ্গ—পুঙ ; বাজে—য়ৈ ; বত্রিশ—কুন্থ্রানীথোই ; করতাল—করতাল ; হরি-ধ্বনি—হরি শোন্‌বগী খোল্লাও ; করে—তৌয়ি ; বৈষ্ণব—বৈষ্ণবশিংনা ; কহে—হায় ; ভাল ভাল—ভালো ভালো ( ফজৈদা ফজৈদা )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সঙ্কীর্ত্তনদা পুঙ (খোল) নীপাল য়ৈরম্মী অদুগা কোর্ত্তাল কুন্থ্রানীথোই খিঙলম্মী। হরিধ্বনি তৌরম্মী অদুগা বৈষ্ণবশিংনা ভালো ভালো হায়রম্মী।

মূল ২১৫

কীর্ত্তনের মহামঙ্গল ধ্বনি যে উঠিল।

চতুর্দ্দশ লোক ভরি ব্রহ্মাণ্ড ভেদিল॥ ২১৫ ॥

শব্দার্থ

কীর্ত্তনের—কীর্ত্তনগী ; মহামঙ্গলধ্বনি—মহামঙ্গল ওইবা ধ্বনি (খোল্লাও) ; যে—মদু ; উঠিল—থোরক্‌খি ; চতুর্দ্দশলোক—মরোল তরামরি ; ভরি—থল্লা ; ব্রহ্মাণ্ড ভেদিলা—ব্রহ্মাণ্ড ফাওদোকখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কীর্ত্তনগী মহামঙ্গল-ধ্বনি থোরক্‌পদুনা মরোল তরামরি থল্লা নিল্লগা ব্রহ্মাণ্ড ফাওদুনা খোল্‌ তৌখি।

মূল ২১৬

পুরুষোত্তমবাসী লোক আইল দেখিবারে।

কীর্ত্তন দেখি উড়িয়ালোক হৈল চমৎকারে॥ ২১৬ ॥

শব্দার্থ

পুরুষোত্তমবাসী—শ্রীক্ষেত্রদা লৈবা ; লোক—মী ; আইল—লাক্‌খি ; দেখিবারে—য়েংননবগীদমক ; কীর্ত্তন দেখি—কীর্ত্তন উবদা ; উড়িয়ালোক—উড়িষ্যাবাসী মী পুম্নমক ; হৈল—ওইখি ; চমৎকারে—ঙকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীক্ষেত্রবাসী পুম্নমক কীর্তন য়েংবা লাক্‌খি। কীর্তন উবদা উড়িয়া পুম্নমক ঙকখি।

মূল ১১৭

তবে প্রভু জগন্নাথের মন্দির বেড়িয়া।
প্রদক্ষিণ করি বুলে নর্তন করিয়া॥ ১১৭॥

শব্দার্থ

তবে—অদুদগী, প্রভু—প্রভুনা; জগন্নাথের—জগন্নাথগী, মন্দির—লাইশঙ, বেড়িয়া—কোয়শন্দুনা; প্রদক্ষিণ—য়েৎলোমদা থম্বা; করি—তৌদুনা, বুলে—কোয়না চৎলী; নর্তন—জগোই শাবা; করিয়া—তৌদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী প্রভুনা জগন্নাথগী মন্দির কোয়শল্লগা মন্দিরদু য়েৎতা থম্নগা জগোই শানা শানা কোয়না চৎলম্মী।

মূল ১১৮

আগে পাছে গান করে চারি সম্প্রদায়।
আছাড়ের কালে ধরে নিত্যানন্দ রায়॥ ১১৮॥

শব্দার্থ

আগে—মমাংদা; পাছে—তুংদা; গান—ঈশৈ; করে—শক্‌লি; চারি—মরি; সম্প্রদায়—কাংলুপ; আছাড়ের—হাইথুদুনা তুগদবগী; কালে—মতমদা; ধরে—ফাই; নিত্যানন্দ রায়—শ্রীনিত্যানন্দনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাঙদা তুংদা সম্প্রদায় মরিনা ঈশৈ শকলি। হাইথুদুনা তুগদৌরকপা মতমদা প্রভুবু শ্রীনিত্যানন্দনা ফারম্মী।

## মূল ২১৯

অশ্রু পুলক কম্প প্রস্বেদ হুঙ্কার।
প্রেমের বিকার দেখি লোক চমৎকার ॥ ২১৯ ॥

### শব্দার্থ

অশ্রু—পিরাং ; পুলক—তু-জুং ; কম্প—নীক্পা ; প্রস্বেদ—হুমাং ; হুঙ্কার—হুড্ হুড্ ঙংবা ; প্রেমের—কৃষ্ণপ্রেমগী ; বিকার—মওং ; দেখি—উরগা ; লোক চমৎকার—মী য়াম্না ঙক্রম্মী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পিরাং শিন্থবা, তুুংবা, নীক্পা, হুমাং চেন্থবা, অমসুং হুঙ্কার কৌবা প্রেমগী সাত্ত্বিক-বিকার থোরক্পদু হাক্মনখিবা উবদা মী পুম্নমক ঙক্খি।

## মূল ২২০

পিচকারীর ধারা যেন অশ্রু নয়নে।
চারিদিগের লোক সব করয়ে সিনানে ॥ ২২০ ॥

### শব্দার্থ

পিচকারীর ধারা—পিচকারীগী ঈচেন ; যেন—হুম্না ; অশ্রু—পিরাং ; নয়নে—মীৎলুদা ; চারিদিগের—মায়কৈ মরিগী ; লোক—মী ; সব—পুম্বা ; করয়ে—তৌয়ি ; সিনানে স্নান।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী মীৎলুদগী শিন্থরম্বা পিরাংদু পীচকারীনা বাপ্পগুম্ শিন্থরম্মী। পিরাংদুনা মায়কৈমরিদা লৈরম্বা মী পুম্বা পুম্চোৎ চোৎতুনা স্নান তৌবগা মান্নরম্মী।

### নৈনরোল

প্রভুনা জগোই শাবা মতমদা ফাওরক্পা সাত্ত্বিক বিকারদু কয়ামুক কনবগে হায়বদু উৎননবা হায়দুনা বিকার অমতং থুদম উংলি। প্রেমা-বেশদা প্রভুনা কোয়চৎ কোয়চৎ চৎতুনা জগোই শারম্মী, অদুগা মীৎলু

অনীদগী পীচকারীগী ধারাগুম পিন্নাং শিন্থরম্মী ; মতুদা প্রভুগী মায়কৈ মরিদা লৈরম্বা মী পুম্নমক্তা পুম্চোৎ চোৎলম্মী, মতু উবদা মীয়ামতু স্নান তৌরে হায়না খোবা য়ারম্মী।

মূল ২২১

বেঢ়ানৃত্য মহাপ্রভু করি কথোক্ষণ।
মন্দিরের পাছে রহি করেন কীর্ত্তন ॥ ২২১ ॥

শব্দার্থ

বেঢ়া নৃত্য—মন্দিরগী মায়কৈ মরিদা কোয়না হুরু হুরু লৈরগা শাবা জগোই ; মহাপ্রভু করি— মহাপ্রভুনা তৌরগা ; কথোক্ষণ—মতম কয়ামা ; মন্দিরের পাছে— মন্দিরগী তুংথংবা শরক্তা ; করেন কীর্ত্তন - কীর্ত্তন তৌয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কোয়না হুরু হুরু লৈনা জগোই মতম কয়ামা শারগা মহাপ্রভুনা মন্দিরগী তুংথংবা শরক্তা লৈরগা কীর্ত্তন তৌরম্মী।

মূল ২২২

চারিদিগে চারি সম্প্রদায় উচ্চস্বরে গায়।
মধ্যে তাণ্ডব নৃত্য করে গৌররায় ॥ ২২২ ॥

শব্দার্থ

চারিদিগে— মায়কৈ মরিদা ; চারি সম্প্রদায়—সম্প্রদায় মরিনা ; উচ্চস্বরে—খোল্ হৌনা ; গায় ঈশৈ শক্য়ি ; মধ্যে—ময়ায়দা ; তাণ্ডব নৃত্য—তাণ্ডব কৌবা জগোই ; করে শাই ; গৌররায়—গৌরাঙ্গ প্রভুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়কৈ মরিদা সম্প্রদায় মরিনা খোল হৌনা ঈশৈ শক্য়ি, অদুগা ময়ায়দনা গৌর প্রভুনা তাণ্ডব জগোই শারম্মী।

মূল ২২৩

বহুক্ষণ নৃত্য করি প্রভু স্থির হৈলা।
চারি মহান্তেরে তবে নাচিতে আজ্ঞা দিলা ॥ ২২৩ ॥

শব্দার্থ

বহুক্ষণ— মতম কুইনা ; নৃত্য—জগোই ; করি—শারগা ; প্রভু—প্রভুনা ; স্থির—লেপ্পা ; হৈলা—ওইখি ; চারি মহান্তেরে—মহান্ত মরিদা ; তবে—অতুদগী ; নাচিতে— জগোই শাননবা ; আজ্ঞা— য়াথং ; দিলা— পীখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা মতম শাংনা জগোই শারম্লগা লেপ্খি। অতুদগী মহান্ত মরিদা জগোই শাননবগীদমক য়াথং পীখি।

তৈন্নরোল

চারি মহান্ত—অদ্বৈতাচার্য্য, নিত্যানন্দ, বক্রেশ্বর অমসুং শ্রীবাস।

মূল ১১৪

অদ্বৈত-আচার্য্য নাচে এক সম্প্রদায়।
আর সম্প্রদায়ে নাচে নিত্যানন্দ রায় ॥ ১১৪ ॥

শব্দার্থ

অদ্বৈত-আচার্য্য নাচে— শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা জগোই শাই ; এক— অমা ; সম্প্রদায়—দল ; আর—অতোপ্পা ; সম্প্রদায়ে সম্প্রদায়দা ; নাচে— জগোই শাই ; নিত্যানন্দ রায় শ্রীনিত্যানন্দ রায়।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সম্প্রদায অমদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা জগোই শারম্মী। অতোপ্পা সম্প্রদায়-দনা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা জগোই শারম্মী।

মূল ১১৫

আর সম্প্রদায়ে নাচে পণ্ডিত বক্রেশ্বর।
শ্রীবাস নাচেন আর সম্প্রদায়-ভিতর ॥ ১১৫ ॥

শব্দার্থ

আর সম্প্রদায়ে—অতোপ্পা সম্প্রদায় অমদা ; নাচে— জগোই শাই ;

পণ্ডিত বক্রেশ্বর—শ্রীবক্রেশ্বর পণ্ডিতনা ; শ্রীবাসআচে—শ্রীবাসনা জগোই শাই ; আর—অতোপ্পা ; সম্প্রদায় ভিতর—সম্প্রদায়গী ময়াংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতোপ্পা সম্প্রদায় অমদা পণ্ডিত বক্রেশ্বরনা জগোই শাই ; শ্রীবাসনা অতোপ্পা সম্প্রদায় অমদা জগোই শারম্মী।

মূল ২২৬

মধ্যে রহি মহাপ্রভু করেন দর্শন।

তাহাঁ এক ঐশ্বর্য্য তাঁর হৈল প্রকটন ॥ ২২৬ ॥

শব্দার্থ

মধ্যে ময়াংদা ; রহি—লৈদুনা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; করেন—তৌয়ি ; দর্শন—য়েংবা ; তাহাঁ—মফমদা ; এক—অমা ; ঐশ্বর্য্য—ঈশ্বর ওইবগী থৌদম ; তাঁর—মহাক্কী ; হৈল—ওইখি ; প্রকটন—ফোঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভু ময়াংদা লৈদুনা জগোই দর্শন তৌয়ি ; মফমদুদা মহাক্কী ঐশ্বর্য্য অমা ফোঙখি।

মূল ২২৭-২৩০

চারিদিকে নৃত্যগীত করে যতজন।

সভে দেখে বলে প্রভু আমারে দর্শন ॥ ২২৭ ॥

চারিজনের নৃত্য প্রভু দেখিতে অভিলাষ।

সেই অভিলাষে করে ঐশ্বর্য্য প্রকাশ ॥ ২২৮ ॥

দর্শনে আবেশ তাঁর দেখিমাত্র জানে।

কেমতে চৌদিগে দেখে ইহা নাহি জানে ॥ ২২৯ ॥

পুলিন ভোজনে যেন কৃষ্ণ মধ্যস্থানে।

চৌদিগের সখা কহে—চাহে আমাপানে ॥ ২৩০ ॥

শব্দার্থ

চারিদিকে মায়কৈ মরিদা ; নৃত্যগীত—জগোইগা ঈশৈগা ; করে—

তৌয়ি ; যতজন—মী কয়াদো ; সভে—লোইনমক্কা ; দেখে—উই ; প্রভু—প্রভুনা ; আমারে—ঐবু ; দর্শন—য়েংবা ; চারিজনের মী মরিশী ; নৃত্য—জগোই ; প্রভুর—প্রভুগী ; দেখিতে—য়েংবা ; অভিলাষ পাম্বা (অহুনা) ; করে—তৌয়ি ; ঐশ্বর্য্য প্রকাশ—ঐশ্বর্য্য ফোঙদোকপা ; দর্শন আবেশ—য়েংবদা আবেশ ; তাঁর—মাগী ; দেখিমাত্র—হেক য়েংবগা ; জানে—খঙভী ; কেমতে—করম্না ; চৌদিগে—মায়কৈ মরিদা ; দেখে—য়েংবনো ; ইহা—মসী ; নাহি জানে—খঙদে ; পুলিন ভোজনে—তোর্বান্দা চাবদা ; যেন—গুম্না ; কৃষ্ণ—কৃষ্ণনা ; মধ্যস্থানে—ময়ায়দা ; চৌদিগের সখা—মায়কৈ মরিশী সখানা ; চাহে—য়েংভী ; আমাপানে—ঐঙোন্দা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়কৈ মরিদা জগোই শারম্বা ঈশৈ শক্লম্বা মীশিংদো, মখোয় লোয়নমক্কা 'প্রভুনা ঐঙোন্দা য়েংভী' হায়না উই। মখোয় মী মরিগী ( অদ্বৈত, নিত্যানন্দ, বক্রেশ্বর অহুগা শ্রীবাসগী ) জগোইদু প্রভুনা য়েংনীঙঙম্মী। য়েংনীঙঙম্বদুনা প্রভুনা ঐশ্বর্য্য ফোঙদোকখি। য়েংনীঙঙবগী আবেশ ওইবদু উবতদা খঙভী। মতৌ করম্না মায়কৈ মরিদা য়েংলিবনো হায়বসী খঙদে। যমুনা তোর্বান্দা শ্রীকৃষ্ণনা ময়ায়দা লৈরগা মায়কৈ মরিগী সখাশিংনা হায়—'কৃষ্ণনা ঐঙোন্দা য়েংভী'। মদুগী মতৌগুম্মী।

## কৈনরোল

প্রভুনা উৎলম্বা ঐশ্বর্য্যদু পয়ার শরসিদা হায়রি।

মহাপ্রভুগী য়াথং ফংদুনা শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য, শ্রীমন্নিত্যানন্দ, শ্রীবক্রেশ্বর অমসুং শ্রীবাস-মহান্ত মরিসিনা সম্প্রদায় মরিদা জগোই শাবা হৌখি। মতম অমতদা পুল্লপ ওইনা মখোয় পুম্নমক্কী জগোইদু য়েংগে হায়না প্রভুনা নীঙখি। মহাক্তি পূর্ণতম ( মপুঙ-ফারেন-ফাবা ) ভগবান্নী, ঐশ্বর্য্য তন্নক্কা সেবা তৌগদবগী মতম পৃম্বদা শেম্ শাদুনা লৈরিবনী। মহাক্কা জগোই পুল্লপ য়েংননবা ইচ্ছাশক্তিদুগী ইঙ্গিত হেক য়ংবগা ঐশ্বর্য্যশক্তিনা মাবুদি খঙহন্দব মতৌদা মহাক্কী থৌগল চঙখি : ঐশ্বর্য্যশক্তিশিগী ময়াইনা মহাক্কা মতম অমতদা মকম মরিদা শারম্বা মী মরিগী জগোইদু য়েংবা ঙমখি।

জগোই শারম্বা মী খুদিংমক্না থল্লমী—প্রভুনা মাগী মায়কৈদা ওন্দুনা লৈরে, মাগী জগোই য়েংলি। প্রভুনা লোইনমক্কী জগোই য়েংঙী, অদুবু করম্না য়েংবনো, শক্তি করিনা মতম অমতদা মী খুদিংগী মায়কৈদা ওন্দুনা মী খুদিংগী জগোই য়েংলম্বনো হায়বদুদি প্রভুদি খঙদে। মাধুর্য্য চোংথোকপা মফম মফমদা ফীভম অসী ওইরিবনী। মফম খুদিংদা ভগবান্গী ঐশ্বর্য্য লৈ, অদুবু মহাক্না মাধুর্য্যভাক্তা ওইবা মফম মফমদা ঐশ্বর্য্যনা মাধুর্য্যগী তুংইন্দুনা, ইচ্ছাশক্তিগী ইঙ্গিত হেক লাক্পগা ভগবান্না খঙদবা মওংদা মহাক্কী ইচ্ছাদু থুংহল্লী। ব্রজেন্দ্রনন্দন শ্রীকৃষ্ণদু মাধুর্য্যময়-নী হায়দুনা মওোন্দা ঐশ্বর্য্য লৈতবা নত্তে, ঐশ্বর্য্য লৈতগদি মহাক করম্না স্বয়ং ভগবান্, পূর্ণতম ভগবান্ করম্না ওইগদোরি? ঐশ্বর্য্য লৈরিবনী, অদুবু ঐশ্বর্য্যনা মরু ওইদবা মফমদা, মাধুর্য্যনা মরু ওইনা লৈবা মফমদা, ঐশ্বর্য্যনা মাধুর্য্যগী তুং-ইন্দুনা শ্রীকৃষ্ণদগী লোৎ লোৎতুনা লৈবগুম্ লৈ, লোৎতুনা লৈরগা থৌগন্গী খুদোংচাবা কোয়থি থিদুনা লৈ। ইচ্ছা-শক্তিগী ইঙ্গিত হেক ফংবগা শ্রীকৃষ্ণনা খঙদবা মতৌদা মহাকপু থৌগল্লী। ব্রজদা পুলিন-ভোজন তৌবদসু মতৌ অসুম লৌখি। গোপ-বালকশিংনা মণ্ডলী শাদুনা মায়কৈ মরিদা ফমদুনা লৈ, অদুগা মখোয়গী সখা শ্রীকৃষ্ণনা ময়ায়দা ফম্মী। মাগী সখা খুদিংমক্না য়েংবা অদুনা মাগী ইচ্ছানী। ইচ্ছাশক্তি অসিগী ইঙ্গিত ফংদুনা ঐশ্বর্য্যশক্তিনা মতৌ অসুম্না শান্নখি, শান্নবদুদা শ্রীকৃষ্ণ মথন্তুনা মতম অমতদা মাগী মায়কৈ মরিদা ফম্লিবা সখা লীশীঙ লীশীঙদুগী মী খুদিংগী মায়কৈদা মরুওনদা ডমখি, মখোয় খুদিংগা ৱারী শান্নখি; সখা খুদিংনসু শ্রীকৃষ্ণনা মওোল্লোমদা য়েংদুনা লৈ হায়না খন্খি। অদুবু বরি শক্তিনা শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না তৌবম্বনো হায়বদো শ্রীকৃষ্ণদি খঙদে; মরমদি মহাক্না মাধুর্য্যময় ওইবা মফমদা ঐশ্বর্য্যনা খুদুম চন্বা ডমদে। তশেংনা ঐশ্বর্য্যনা মহাকপু থাদোকপা ডমদে, ডমদদুনা লোৎ-লোৎতুনা লৈ, তাঞ্জা ফংবগা মহাক্না খঙদবা মতৌদা মাগী সেবা তৌরি।

মূল ২৩১

নৃত্য করিতে যেই আইসে সন্নিধানে।

মহাপ্রভু করে তারে দৃঢ় আলিঙ্গনে ॥ ২৩১ ॥

শব্দার্থ

নৃত্য—জগোই ; করিতে—তৌবদা ; যেই—মতাক ; আইসে—লাক্লিবি ; সন্নিধানে—নাক্তা ; মহাপ্রভু করে—মহাপ্রভুনা তৌরি ; তারে—মাবু ; দৃঢ়—চেৎপা ; আলিঙ্গনে—মকোন্।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগোই শাবদা মনাক নক্না লাক্লব্বা মীহুবু মহাপ্রভুনা চেৎনা কোন্‌শল্লী।

মূল ২৩২

মহা-নৃত্য মহা-প্রেম মহা-সঙ্কীর্তন।

দেখি প্রেমানন্দে ভাসে নীলাচলের জন ॥ ২৩২ ॥

শব্দার্থ

মহা-নৃত্য—জগোই অচৌবা ; মহাপ্রেম—অয়েৌবী কৃষ্ণপ্রেম ; মহা-সঙ্কীর্তন—সঙ্কীর্তন অচৌবা ; দেখি—য়েংবদা ; প্রেমানন্দে—প্রেমগা লোয়ননা মুংঙাইবদা ; ভাসে—তাউরম্মী ; নীলাচলের জন—নীলাচলগী মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নীলাচলগী মীশিংদো মহানৃত্য, মহাপ্রেম অমসুং মহাসঙ্কীর্তন য়েংবদা প্রেমগী মুংঙাইবদা তাউখি।

মূল ২৩৩

গজপতি রাজা শুনি কীর্তন মহত্ত্বে।

অট্টালী চড়িয়া দেখে স্বগণ-সহিতে ॥ ২৩৩ ॥

শব্দার্থ

গজপতি রাজা—রাজা প্রতাপরুদ্র ; শুনি—নাকোঙনা তাদুনা ; কীর্তন মহত্ত্বে—কীর্তনগী মচাও-মরাক ; অট্টালী—অট্টালিকা (দালাল) ; চড়িয়া—কাখৎতুনা ; দেখে—য়েংঙী ; স্বগণ—মাগী মীশিংগা ; সহিতে—লোয়ননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাজা প্রতাপরুদ্রনা সঙ্কীর্তনগী মচাও-মরাক অদু মনাকোঙনা তারদুনা অট্টালিকাদা কাখৎতুনা মাগী মীশিংগা য়েংলম্মী।

### মূল ২৩৪

সঙ্কীর্ত্তন দেখি রাজার হৈল চমৎকার।
প্রভুরে মিলিতে উৎকণ্ঠা বাঢ়িল অপার ॥ ২৩৪ ॥

### শব্দার্থ

সঙ্কীর্ত্তন দেখি—সঙ্কীর্ত্তনদু উরগা; রাজার—নিংথৌগী; হৈল—ওইখি: চমৎকার—ঙকপা; প্রভুরে—প্রভুবু; মিলিতে—উননবগী; উৎকণ্ঠা—থৌরাংবা; বাঢ়িল—হেন্‌গৎলম্মী; অপার—ঙমথৈ নাইদবমখৈ।

### মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

সঙ্কীর্ত্তন উবদা রাজা প্রতাপরুদ্র ঙকখি। প্রভুগা উননবগী থৌরাংবদু ঙমথৈ নাইদনা হেন্‌গৎলকখি।

### মূল ২৩৫

কীর্ত্তন সমাপি প্রভু দেখি পুষ্পাঞ্জলি।
সর্ব্ববৈষ্ণব লঞা প্রভু আইলা বাসা চলি ॥ ২৩৫ ॥

### শব্দার্থ

কীর্ত্তন সমাপি—কীর্ত্তন লোইশল্লগা: প্রভু—প্রভুনা; দেখি—য়েংলগা; পুষ্পাঞ্জলি—শ্রীজগন্নাথগী মৈ-চাক্তুগী বেশ থোন্‌বা লোইরগা জগন্নাথগী চরণথাদা হৎপা লৈ; সর্ব্ববৈষ্ণব—বৈষ্ণব লোইনমক; লঞা—পুন্থনা; প্রভু—প্রভুনা; আইলা—লাক্‌খি; বাসা—শঙ্গায়দা; চলি—চৎতুনা।

### মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

কীর্ত্তন লোইশল্লগা প্রভুনা পুষ্পাঞ্জলি দর্শন তৌরগা বৈষ্ণবশিং পুম্নমক্কা লোয়ননা শঙ্গায়দা হল্লা লাক্লকখি।

### মূল ২৩৬

পড়িছা আনিয়া দিল প্রসাদ বিস্তর।
সভারে বাঁটিয়া তাহা দিলেন ঈশ্বর ॥ ২৩৬ ॥

শব্দার্থ

পড়িছা—পড়িছানা ; আনিয়া—পুরকুনা ; দিল—পীররে ; প্রসাদ—প্রসাদ ; বিস্তর—য়াম্না ; সভারে ময়ামদা ; বাঁটিয়া—য়েন্দুনা ; তাহা—মহু ; দিলেন—পীরম্মী ; ঈশ্বর—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পড়িছানা জগন্নাথগী প্রসাদ য়াম্না পুরকুনা পীরম্মী। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা প্রসাদ অদু ময়াম পুম্বদা য়েন্থোক্তুনা পীজরম্মী।

মূল ২৩৭

সভারে বিদায় দিল করিতে শয়ন।

এইমত লীলা করে শচীর নন্দন ॥ ২৩৭ ॥

শব্দার্থ

সভারে—ময়াম পুম্নমকপু ; বিদায় দিল—বিদায় পীখি ; করিতে—তৌনবা ; শয়ন—তুম্বা ; এইমত—মতৌ অসুম্না ; লীলা করে—লীলা করে—লীলা তৌয়ি ; শচীর নন্দন—শ্রীশচীদেবীগী মপারি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা বৈষ্ণব পুম্নমকপু তুম্নুনবা বিদায় পীখি। মতৌ অসুম্না শচীগী মচাবুংঙোনা লীলা শান্নে।

মূল ২৩৮

যাবৎ আছিলা সভে মহাপ্রভুর সঙ্গে।

প্রতিদিন এইমত করে কীর্ত্তন রঙ্গে ॥ ২৩৮ ॥

শব্দার্থ

যাবৎ—মতমদো ; আছিলা—লৈরম্মী ; সভে—পুম্নমক্না ; মহাপ্রভুর সঙ্গে—মহাপ্রভুগা লোয়নননা ; প্রতিদিন—নুমীৎ খুদিংগী ; এইমত—মতৌ অসুম্না ; করে—তৌখি ; কীর্ত্তন—সঙ্কীর্তন ; রঙ্গে—নুংঙাইনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ময়াম পুম্বনা মহাপ্রভুগা লৈমিন্নরম্বা মতমদো হুমিৎ খুদিংগী মতৌ অহুম্মা নুংঙাইনা কীর্ত্তন তৌখি।

মূল ১৩৯

এইমত কহিল প্রভুর কীর্ত্তন-বিলাস।

যেই ইহা শুনে হয় চৈতন্যের দাস॥ ১৩৯॥

শব্দার্থ

এইমত—অসিনীদো ; কহিল—লীজরে ; প্রভুর—প্রভুগী ; কীর্ত্তন-বিলাস—কীর্ত্তন লৌবা ; যেই—কনাগুম্বা মীনা ; ইহা—(কীর্ত্তন) অসী ; শুনে—নাকোংঙনা তায় ; হয়—(মহাক) ওইয়ে ; চৈতন্যের দাস—চৈতন্যগী মনাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিনী ঐনা প্রভুগী কীর্ত্তন বিলাসগী রা লীজবা। কনাগুম্বনা বারিসী মনাকে ভনা তারবদি মহাক শ্রীচৈতন্য প্রভুগী মনাই ওইয়ে।

মূল ১৪০

শ্রীরূপ রঘুনাথ পদে যার আশ।

চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস॥ ১৪০॥

শব্দার্থ

শ্রীরূপ রঘুনাথ-পদে—শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথগী খোংদা ; যার—মহাক্কী ; আশ—আশা (অমজুরবা) ; চৈতন্যচরিতামৃত—চৈতন্যচরিতামৃত ; কহে—হায়রি ; কৃষ্ণদাস—কৃষ্ণদাসনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথকী খোংথাংদা আশা অমজুরিবা কৃষ্ণদাস কবিরাজনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত লীজরি।

ইতি শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে মধ্যখণ্ডে বেঢ়াকীর্ত্তনবিলাসবর্ণনম্ নাম একাদশপরিচ্ছেদঃ।

# শীতলজিৎকী লাইব্রীকাশিং

উপন্যাস—ইমা, থাদোকপা, রোহিণী, মুংশিরাখৈবা।

রারী-মচা—লৈকোন্নুংদা, লৈমুংশি।

শৈরেং—কেতুকী, বাল্মীকি, ইখৌলাংবা, শকুন্তলা,
শৈরাংবা ( ১বা শরুক্ )।

অতৈ অতৈ—

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ

২। শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা ( মৈতৈলোন্দা )

৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল অমসুং মৈতৈরোনগী অনুবাদকা কোন্নবা ) মমল লুপা ২০৲

৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শায়োন-শৈখন

৫। Friends' English to Manipuri Dictionary.

৬। Friends' Pocket Dictionary.
( English to Manipuri )

৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (আদিলীলা) খণ্ড অহানবা—লুপা ২০৲

৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অনীশুবা— লুপা ১৮৲

৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অহুমশুবা— লুপা ১৫৲

১০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মরিশুবা— লুপা ৩২৲

১১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মঙাশুবা— লুপা ২০

১২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরুকশুবা— লুপা ২৮৲

১৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরেৎশুবা— লুপা ২৫৲

১৪। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড নিপালশুবা— লুপা ২০৲

১৫। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মাপলশুবা—লুপা ৪০৲

১৬। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (মধ্যলীলা) খণ্ড অহানবা—লুপা ২৫৲

১৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অনীশুবা— লুপা ৪৮৲

১৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অহুমশুবা— লুপা ৪০৲

১৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মরিশুবা—লুপা ১০৲

২০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মঙাশুবা—লুপা ১০০৲

২১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরুকশুবা—লুপা ৪৫৲

২২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরেৎশুবা—লুপা ২৫৲

২৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড নিপালশুবা—লুপা ৩০৲